ꯎꯃꯪ ꯂꯥꯏ ꯍꯔꯥꯎꯕ ꯁꯦꯃꯤꯅꯥꯔꯒꯤ ꯃꯥꯔꯣꯜ

# উমঙ লাই হরাওবা
# সেমিনারগী মারোল



[illegible] & Education Cell

[illegible]RITAGE COUNCIL

[illegible]HERICOUN)

# ꯎꯃꯪ ꯂꯥꯏ ꯍꯔꯥꯎꯕ
# ꯁꯦꯃꯤꯅꯥꯔꯒꯤ ꯋꯥꯔꯣꯜ

## উমঙ লাই হরাওবা সেমিণারগী ৱারোল






[illegible]

# উমঙ লাই হরাওবা সেমিনারগী ৱারোল

ফোংজবা ঃ
রিছার্স এন্দ ইডুকেসন সেল
ইথাবা হেরিটেজ কাউন্সিল (হেরিকোন)

অহানবা ফোংবা ঃ
জানুৱারি ৩০, ২০০৮ য়াকচিংগী ২৩ নি পানবা য়ুমশকৈশা

মখুম ঃ লাইশ্রম নবাজাওবা মীতৈ, সেক্রেটরি পব্লিসিটি, হেরিকোন

মশিং ঃ ৫০০ (চামঙা)

মমল ঃ লুপা ১০০/- (চামা)

নম্ফম ঃ সিরোই ওফসেট, পাউনা কৈথেল, ইম্ফাল।

টাইপ সেটিং ঃ টুদেস কম্প্যুটর, পাউনা কৈথেল, ইম্ফাল।

# য়াওফম তাকপা

# উমঙ লাই হরাওবা

রীভ. রেংহাঙ চোথে
প্রসিডেন্ট, হেরিকোন

লমদম অমগী খুন্নাইবোলদা মীশিং অদুগী জেনসিস অমসুং জেনেট্রিক নাৎকী ওইবা য়ুম্ফম লৈ। য়ুম্ফম অদুদা হোংফদ্রবা ট্রেদিসনগী ওইবা পাথাঙ-পুথাঙগী শাঙলবা লিচৎলোনগী নাংনা খুন্নাইবোলগী মনুংদা মীয়াম্না কোন্দুনা চৎলি।

অসিগুম্বা নাৎ অসি কংলৈ মণিপুবগী কংলৈচাশিংনা লূদা তোংদা থাগোম্বনা ষৎলি। মসিমক খুন্নাই অসিগী চাওথোকচনিংঙাই ওইবা নাৎ অদুনি। বিচুএল ঙাক্না শক-শোন্দুনা পাথাঙ-পুথাঙগী লাইনিংলোন "স্নামহি" লাৎপগী কলচব অমসুং লৈঙাকলোন অমদি খুনবানলোলগী লিচৎলোনগী হৌরকফম ওইবিবা "উমঙ লাই হবাওবা" অনি অসিগী মমুৎ তাবা কলচবনা খা-এসিয়া লমদমদা কংলৈ মণিপুবনা মনিংতম্না পাল্লম্মী।

মপাল লমগী কলচব কয়ানা মুৎখিনবা ঈথিল কয়া পীববশু খুন্নাই অসিগী মীয়ামগী লূ-তোংদা চেল্লিবা ঈচেলদা য়াওবা নাৎ ওইবা মবম্না মুৎখিবগী মহুত্তা হেন্নদুম পাক চাওনা "উমঙ লাই হবাওবা" চৎথনবি। লমদম অসিগী মৈহৌরোলদগী মমিং তোঙান তোঙান্না থোন্দুনা মথং মথং কৌবফাওবদা লাই হরাওবা হায়বা নাৎ অসি পাথাঙ-পুথাঙ নাইনা কংলৈগী মতমদগী মণিপুর কৌবিবা অসি ফাওবা লিশাংশিংনা চহি চা কয়া লাই হবাওবগী কলচর ইপা-নাৎ, ইপু-নাৎ চৎথরকলি।

অদুবু মীপাল তাংবগী হৈনবী কলচব অমনা লাই হবাওবগী রিচুএল মবক্তা তৌহৈদবা, নামুংবা য়েপশিনলকপনা, লাই হবাওবা পাথাঙ-পুথাঙগী মতিং লৈবা বিচুএল কলচববু থুপচিন্নবগী মবম অমা ওইহল্লকই। মরম অদুনা অচা থাওগা ঈশিংগা মহী লাঙবা মান্নববসু পুনবা য়াদবগুম, লাই হবাওবগী নুং পানগী ওইবা লিক্লমদা, অতোপ্পা নাৎকী কলচব হাপচিনবা যাদে।

মবম অদুনা খৃষ্টকী কুম ২০০৭ কী দিসেম্বব থাগী ২৪/২৫ নুমিত্তা সেমিনাব তৌখিবা ফম্বাক্তা, অখঙ-অহৈশিংনা মবীক চুম্না থম্বিবম্বা লিচৎলোন্দা মীয়াম হুপ্না চংদুনা, খুন্নাইবোল অমুক চুমথোক্লশি হাযনা ফোংলিবা লাইরিক অসি অশুক্কী মতিক অপেনবা পোকই। কান্নবা ফংনবা মীয়াম হুপ্না পামিন্নবসি।

# লাই হরাওবা অমদি ঐখোয়গী খুন্নাইদা হেরিকোনগী ওইবা মীৎয়েং অমদি ওইহন্নিংবা মশক

***When we do not try to keep the sanctity of our own values with the course of time and space in our own way then we are leading ourselves to the path of self extinction***

শন্নপ্না নৈনববদা ইশাবু শকয়েং মীংশেল অমগী মমাঙদা লেপ্তুনা ইশাগী শক্তমসিবু মপুং ফানা উজবা ঙমজগে হায়রবদি ''লাই হরাওবা'' হায়না খঙনরিবা অসি কুপ্না য়েংবা অমদি নৈনবা চংব্রা হায়সি হেরিকোনগী ব্রাথল্লোনশিংগী মনুংদা অমনি। মসিদা কুপ্না য়েংলগদি ঐখোয়গী স্পিরিচুয়েল ৱে ওফ লাইফ, সোসিয়েল ৱে ওফ লাইফ অদু কবিনো হায়বদু খঙহনবগা লোয়ননা ঐখোয়গী খুন্নাইগী ওইবা ব্রাঙলোন (নেসনেল ফিলোসোফি) অদু য়াম্না মশা খিংনা, মকা লামনা খুনাইগী পাঙ্গল (সোসিয়েল ইনর্জি) শাগৎলিবা কাইফ লেংফদ্রবা ঐখোয়গী ইপা-ইপুশিংনা থম্বীবম্বা য়াম্না মপুং ওইবা সোসিএল ইন্সটিট্যুসন অমনি হায়বসি শোইদনা য়াবীফম থোকপনি।

ঐনা তাইবংপান অসি য়েংবা হায়বসি ঐনা লৈরিবা, তাইবংপান অসিগী শকক অমা ওইবিবা মফম অসিদা লৈরগা মফমসিদগী য়েংবা হায়বসি হৌনশানি। অদুনা অদুগুম্বা লাইবুংদুদগী তাইবংপান অসি শেম্বগী 'লৈশেমলোন' লাই হরাওবগী পনখৈনুংদা পুশিল্লক্তুনা উনহবী। অসুম্না লৈশমলোনদগী খুন্নাইরোল, খুন্নাইরোলদগী পুন্সিবোল অমসুং অদুগুম্বা পুন্সিরোল অদুগা ঐহাক ইশাগা অমত্তা ওইনা পুনসিন্নদুনা ঐহাক ইশাবু ঐগী হৌফম শাৎফম অসিগা লোয়ননা অমুক হন্না আইদেন্টিফাই তৌই। ঐনা তাইবংপান অসি য়েংবা হৌখিবা ঐগী হৌফম শাৎফমদগী হৌখিবা ঐ অদুনা 'ঐ-মমৈ' ওইহৌরগা তাইবংপান কোইরুরে, খুন্নাইরোল তীল্লুরে মদুদগী অদুগুম্বা পুন্সিবোলদা লৈরুরে অদুগুম্বা পুন্সিবোল খুন্নাইরোল অমদি তাইবংপান খঙলুরবা 'ঐ -মকোক' অদুগা ঐগী হৌনফম মফমসিদা থেঙনবে, শমজিন্নরে। ঐ ইশাবু খঙবা হায়বসিদা পুন্সি হায়বসি করিনো খঙবা চংই, পুন্সি অদুনা পান্দুনা লৈরিবা খুন্নাইবোল খঙবা চংই, অদুগুম্বা খুন্নাইরোলদুনা লৈরিবা তাইবংপানবা অদু খঙবা চংই। মদুতদা ঐনা ঐবু খঙবা হায়বসি মপুং ফাই হায়বা ব্রাথল্লোন অমা

লাই হবাওবগী নুংলোনদা পুসিন্দুনা ঐখোয়গী ইপা ইপুশিংনা থম্বীরম্মী অমসুং মসিবু মতম খুদিংমক্তা শাগোম্নবগী লম্বী য়াৎপীরম্মী। অমরোমদা ঐনা ঐগী হীংলিবা পুন্সিগী হৌফম শাৎফম ওইরিবা মফম অসিগা শেংন-খাইনরবা মওংগী পুন্সি খুৎহিং অমদা খঙনা নত্রগা খঙদনা হীংলবসু তাইবংপান অসিদা ঐহাক অসি পানদে, হীংদে হায়বনি। অদগুম্বা মীদুগী ব্রাখল্লোনদু মমৈ মকোক শম্নদে, অদুগুম্বা মীদুগী পুন্সি অদু ময়ানা মমৈবু চীক্লা হীংবা পুন্সি ওইদে হায়বনি। হেন্নিকোনগী মীৎয়েংদা শম্না মসি ঐখোয়গী লাই হরাওবগী ইসেন্সতুনি হায়জনিংই।

অসিগুম্বা লাই হবাওবগী ব্রাণ্ডলোন অমদি কাংলোনগী ইসেন্সতা য়ুম্ফম ওইবা ইন্টেলেক্ট অমদি সাইকি অমা শাগৎতুনা মশা খীংহনবা অমদি মশক থোকহনবা হায়বসি ঐখোয়না ঐখোয়গী নাৎপু থব্রায় হাপ্পনি অমসুং ইশাগী ইনাৎপু কলচরেল্লি ইন্টেলেকচুএলাইজ তৌবনি। লোযননা খুন্নাইসিদা লৈজবিবা সোসিএল ইন্সটিট্যুসন অদু হেন্না মপুং ফাবা সোসিএল ইনবজি ওম্ফোকপনি। অদুবু ঙসিগী ঐখোয়গী পুন্সিবোলসিদা লাই হবাওবা হাযবসি করি ওইরবগে? ইচম চমজবা কনাগুম্বা মীওই অমদা উমং লাই খুরুম্বগা লোয়ননা পাঙথোকপা কুম্মৈ অমনি। হায়বিবা কুম্মৈ অসিদা ঙসিদি মানা মানা থোকপা পংতৌ তৌশিনবদগী হেন্দোক্লুনা ঙাওশিন-ফৈজিন্নবগী মওং অমদা লাক্লি। ওইবক্লিবা ট্রেন্দ অসিদা অদুমক চৎখিবা তাবগদি খুন্নাইসিগী কান্নবা ওইবা হায়বদুগী ওন্ন-তৈনবা মওংদা চৎখিগদ্রা হায়বসি হেবিকোননা নুংনাংজবা ফাওজে। খ্বায়দগী হেন্না মশা খিংবা এক্টিভ ওইবা খুনাই হায়বসি খুনাইদুদা লৈবিবা অমদি থোক্লিবা মুক্রবশিংনা পুথোবকপা থেসিস অমদি এন্টিঠেসিসশিং অদু খুনাইদুদা লৈজবকপা, লৈফম থোকপা, ওইগদবা, চান্নবা ভেল্যুজ শীজিন্নদুনা অথুবা মতমদা ব্রাখৈনবা (সিন্থেসাইজ)ঙম্বদুবুনি। মসি খুনাইদুগী মীওইশিংগী থৌদাংনি।

ঙসিদি লাই হরাওবগুম্বগী ইসেন্স অদু থাক খবা পীক্লা নেম্না থম্নগা অতৈ অতোপ্পশিংনা ব্রাংনা চাওনা লৌবা ঐ ইশানা ইশাগী ইপোৎ, ইবমদমগী ইরল কয়ানা নাথৈবগা মীপোৎনা ইপোৎ শানবা হোৎনবদা মপুন্সিগী মথৌদাং ওইবা খুনাইসিগী মীওই খুৎপু অদুনা খুনাইসিগী ইলাইট্ গ্রুপ ওইবি। মীওই মখল অসিগী ইথিলনা লমদম অসিদা অনৈবনা ময়ায়দা চেনবা অকবনা মতায়দা চেনবা, অমত্তা ওইবদি মাল্লগা মনুংদা মান্নদবগী মওং মতৌ কয়া চাওনা লৈদুনা মতমসিগী ইচেলসিদা ব্রাখৈনবা ঙমদদুনা মচেৎ মচেৎ তানবগী সোসিএল ফেনোমেনন অমনা খুন্নাইসিগী মশক ওইরে। কয়ামুক য়াম্না মসিগী ইথিলসিনা কন্না ঐখোয়গী পুন্সিরোলদা য়ৈবগে

হায়ববদি কনাগুম্বা ইচম চমজবা মীওইদগী হৌরগা লাইরিক লাইশু হৈরবা, লৈবাক্কী লুচিংবা ওইরবা মীওই ফাওবদা ব্রাখৈনবগী চাং নেমলিবসিনি হায়নিংই। অচৌবা শাফু অমনা য়ৈবদা অপীকপা পোৎশক অমনা শীংকুপ শানা কায়বগুম মীশিং য়ামজদবা অপীকপা খুনাই অসি অসুক্কী মতিক দিসওর্গেনাইজ ওইনা লৈরি। অতোপ্পা অমনা মুক্লবা কয়াসিবু ব্রাখৈনবা হোৎনবদা ঐ অমদি মালেমগী লৈমায়দা ঐগী ওইনা লৈরিবা লমদম ইরমদম অসিগা ইবোইনবা অমদি চান্নবা ভেল্যুশিং অসিনা ব্রাখৈনবগী অথোইবা খুৎলায়নি হায়বসি ঐখোয়না খল্লুদবা অমদি হৌগৎলক্লিবা মীরোলশিংনা তুংগী মীরোলগীদমক তাকপী তম্বীবা ব্রাৎপা অসিনি। ঐখোয় অসুক্কী মতীক লম্মুকনৈ মদুদি হায়রিবা ভেল্যুশিং অদু মতাং মতম মফম চানা শীজিন্নবদি (এপ্লিকেসন ওফ ভেল্যুজ এট রাইট তাইম এন্দ প্লেস) লায়রদুনা হায়রিবা ভেল্যুশিংদু লেপথোক খণ্ডোকপা (এসবটেন্টমেন্ট ওফ ভেল্যুজ) ফাওবদা ব্রাজরি। হৌজিক্কী ওইনা খুনাইসিগী লম্মুকদুনা মঙফাওনদ্রিবসি মতাং অসিব্রাইদা ওইব্রা হংজনিংই।

নৈনজবিবা খুনাইসিগী মশক মওং অমদি ফিভম অসি য়েংলগা ঐখোয়না ঐখোয়গী ওইনা লৈজরিবা লাই হবাওবনা কবম্না খুনাইসিগী সোসিএল কেপিটেল ওইনা মতমসিগা চান্নবা শাগৎপা যাগদগে হায়না খনবা চংই। অসিগুম্বা খুনাইসিগী ওইবা সোসিএল কেপিটেলদু শাগৎনবা হোৎনবদা, ঐখোয়না নোংমগী শীন্থা পাইদ্রিঙৈদা, চাবা থকপা তৌদ্রিঙৈদা য়াহৌবগা হান্না হকচাং শেংদোকপগুম লাই হবাওবদা য়াওবা অশেংবা, অচুম্বা অমদি ফজবগী ওইবা তোমথিন ওইবা (সেঙ্কটিটি ওফ দি ইউনিক ভেল্যুজ) অদু মাঙখিদনবগীদমক তায়োম্নবা থবক, খৎন চৈনবা, মবি লৈনদবা চুন্নদবা থৌদৌ কয়া অমা লাই হবাওবগী মিংদা তৌশিনবা, ময়ায় কাবা চিঙ্গাক শীজিন্নবা অসিনচিংবদা কয়া অসি লাই হবাওবদগী খাইদোক শেংদোকপা চংই।

নাকল অমবোমদা অব্রাংবা থাক্কী মহৈ তম্বদা, অব্রাংবা থাক্কী মহৈ লোইশঙশিংদা মালেমগী অমদি ভাবতকী অব্রাংবা ব্রাখাল্লোন নৈনবগী ফিদা লৈবগুম অসিগুম্বা লাই হবাওবগী ব্রাঙুলোন, কাংলোন নৈনবগী মফম পীবা তঙাইফদে খল্লি। পীক্লিবা অঙাংশিংদগী হৌবগা মসিগী ইসেন্স খঙহনবা য়াবা থৌদৌ অমদি পরা তম্বীবা মথৌ তাই। লাই হবাওবা মতমদা অমাইবা অমাইবীনা খুঙ্গাও লৈচাওনবনি হায়বনা হেক্তা খুঙ্গাও লৈচাওগদবা নত্তে। খুলদুগী লৈকাইদুগী মশক থোকপা মীওই কয়ানা শেন্নিবা কম্মিটিনা খুলদুগী ৱেলফিয়াব অমদি দিভলপমেন্টেল ওইবা থবক্কীদমক মতাং চানা চাং পুনা লাইবুংদা খুনদিম্নবা চংই। খুলদুগী লৈকাইদুগী তৌবা

য়াবা (ন্যু এভেন্যুজ) কবি কবিনো থিমিন্নবা অমদি পাইখৎনবা হোৎনবা চংই। তৌবা ঙম্বা, শেল য়াম্না পুথোকপা ঙম্বশিংনা চাওনা লাই হরাওরগা অচৌবা লাই হরাওবনি হায়না লৌবদুদগী খবা মমায় থৈদোক্লগা লাই হবাওবগী থবক্তা অচৌবা থৌদাং লৌগদবা, সোসিএল ওবিএন্টেসন তৌবকপদা হেন্না মপুং ফাবা মীওই ওইরক্লবা মান্নবা কাংবু শেমদুনা-খুদম ওইনা নিঙোল লাকপনচিংবা শেমগৎতুনা কম্যুনিটাইজেসন ব্রিঠ অব্রব ভেল্যুজ তৌবা তাই। লাই হরাওবগীদমক হাংদুনা লৈবিবা লাইফম হৌবক্লিবা মীওই কয়াগী ব্রাখলগী, মোবেলগী স্পিরিচুএল ওইবনচিংবা কয়া হাপ্লবা ফগৎহন্নবা মফম ওইনা শীজিন্নবা শেমগৎপা অমদি ইন্সটিট্যুস্নেলাইজ তৌবা তঙাই ফদে খঞ্জে। খুদম ওইনা হায়ববদা লাই হরাওবা হাযবসিগা ঐখোযনা ঐখোয়গী ব্রে ওফ লাইফ অমা শাগৎপগী লম্বীদুগা শমজিনগদবনি ইচেল অসি অমত্তমক ওইগদবনি হায়বসি হেবিকোননা ওইহনজনিংবা মশক্কুনি।

ঐখোয হিংবা তাই,
হিংবা হাযবসি মশক থোক্লা হিংবদুনি,
মশক থোকনা হিংবা হায়বসি ঐখোযগী শক্তম ঙাকপদুনি।

*সেক্রেটরি, পব্লিসিটি এন্দ প্রোপেগন্দা*
ইথনো হেবিটেজ কাওন্সিল (হেবিকোন)

# অফোংবগী ৱারোল

ঐখোয়গী খুন্নাইনা অসি খুন্দাবকপা/খুস্থোরকপদগী হৌজিক ফাওবা লেংদনা লৈবিবা লাই হবাওবা হায়বা ঐখোয়গী পুন্সিরোল অমদি খুন্নাইবোলগা থাদোক্লবা য়াদ্রবা থৌবম অসিসু ঙসি পাথাং-পুথাং য়ৈনা চৎথনবকলি। লূবিবদি ঙসিগী মীবোলসিনা অসিগুম্বা থৌবম অসি থওইনবক্তবা, পংতৌ তৌশিনবা অমদি ইয়া য়াবদৌনা খন্নরকপা তৌথোবকপগী মতৌ অমা উবকলিবা অসিনি। ঐখোয়গী পুন্সিবোলগী মশক পুন্নমক তাকলিবা থৌরম অসিদা থৌওইবক্তবা হায়বসি ইশানা ইশাবু থৌওইজদবা, মশক খঙজদবা, পুন্সি অমগা পাঙখকনি। অসিগুম্বা থৌরম অসিগী অশেংবা মশক্তা নোংমা- নোংমগী ফৌমান কয়া লেপ্তুনা য়ানশিনলকপদগী তঙাইফদনা অশেংবা মশক অসি কন্দুনা থম্নবগীদমক হেবিকোনগী ওর্গেনাইজেসন সেলনা শিন্দুনা কুম ২০০৭ গী ডিসেম্বব তাং ২৪ অমসুং ২৫ দা কংলা লাইফমলেনগী মীতিম্নফমদা নুমিৎ নিনি চুপ্না লৈবাকসিগী অখণ্ড-অহৈ কয়া য়াওনা খন্ন-নৈনবগী থৌবম অমা পাঙথোকচখি। হায়বিবা খন্ন-নৈনবগী থৌরম অসিদা লৈবাকসিগী ইনিংথৌ, অখণ্ড-অহৈ, মায়চৌশিং, তোঙান-তোঙানবা উমং লাইগী মীওইশিং, অমাইবা, অমাইবী, পেনা, শেল্লুংবশিং অমদি তোঙান তোঙানবা মফমশিংদগী লেংবীবকপশিং পুম্না মীওই ৪৫০ মুক্লা শরুক য়াবীখি। খন্ন-নৈনবগী থৌবম অসিদা অখণ্ড-অহৈশিংনা উমঙ লাই হবাওবগী মবমদা অইবা চে কয়া পাথোকপিখি। উমঙ লাইগী মবমদা তিল্লিবা মীয়ামগী মবক্তগী পাথোকপিখিবা চেরোলদুদা ৱাহং ৩৮০ মুক হংবীবকখি। মীয়ামদগী হংবীবকপা ৱাহংশিংদুগা চান্নবা পাউখুমশিংসু অখণ্ড অহৈশিংনা মবিক চুম্না মীয়ামগী মফমদা থম্বীখি। অসুম্না মপুঙ ফানা খন্ন-নৈনখিবা থৌরমদুদগী খোমজিনজবগা হেরিকোনগী রিছার্স এন্দ এডুকেসন সেলনা উমঙ লাই হরাওবা সেমিনাবগী ৱারোল হায়না মীংথোনবা লাইরিক অসি পুথোকচবনি। খন্ন-নৈনবগী থৌরমদুদা অখণ্ড-অহৈশিংনা থম্বীখিবা মমল য়ান্নবা ৱাফমশিং পুম্নমক অসি খোমজিন তাশিন্দুনা লাইরিক ওইনা পুথোকলবদি হেন্না খঙমিন্নবা অমদি হেন্না কান্নবা ওইগনি খন্দুনা লাইরিক অসি পুথোকবনি। ঙসিগী অমদি তুংগী

মীবোলগীদমক খল্লগা পুথোকচরিবা লাইবিক অসিনা য়াম্নমক মপুংফাবা ওইদ্রবসু খঙনিংলবশিংদা খরদংদা ওইরবসু কান্নবা ফংলবদি লাইরিক অসি পুথোকচবগী মহৈ যাল্লে হায়না লৌজগনি। লাইরিক অসিদা অশোয়বা চুমথোকনিংবা নত্রগা হাপচিনবীনিংবা পুম্নমক তবায়া লৌজরি।

সেক্রেটরি
বিছার্স এন্দ এডুকেসন সেল
হেবিকোন।

# অইচে তিম্নবগী ব্রারেপশিং

ইথনো হেরিটেজ কাউন্সিল (হেরিকোন) থৌশিল্লুপ্পা শিন্দুনা নুমিৎ নিনি চুপ্পা চৈচৎ ২৪।১২।২০০৭ তগী চৈচৎ ২৫।১২।২০০৭ ফাওবা কংলা হোলদা চৎথখিবা অইচে তিম্নবগী (সেমিনারগী) অরোইবা খন্ন-নৈনবগী মীফম্না মীয়ামগী অপাম্বা অনিংবা কয়াবুসু তবাম্না লৌশিঞ্জবগা লোয়ননা অমসুং অথঙ অহৈশিংগী মমল য়াম্লবা ব্রাবোল কয়াবুসু চেকশিন্না লৌশিনজববগী তুংদা মখাগী ব্রারেপশিং অসি য়েৎনবা অমত্তা নৈতনা লৌরে।

অহানবা ব্রাবেপ ঃ উমঙ লাই পুম্নমক্কী অসুপ্পা মপু/সোল ওথোবিটি অসি লৈপাক নিংথৌনি। মবম অসিনা উমঙ লাইগী লাইফমশিং অমদি লাই হবাওবগা মবী লৈনবা স্না কোনুংগী লোয়শঙশিংবু মতম অমদা লৈরম্বগুম মপাঙ্গল কনবা চৎন-কাংলোনশিংগী মপু ওইহন্নবা হায়জবা।

অনিশুবা ব্রাবেপ ঃ পাথাং পুথাংদগী চৎনবকপা উমঙ লাই হবাওবা খুদিংমক্কী কাংলোনশিং কাইহন্দনা থম্বা হায়না অমত্তা ওইনা লেপ্লরে।

অহুমশুবা ব্রাবেপ ঃ লাই হবাওবগা মবী লৈনদবা কুম্ভে হরাও, মীতৌ তম্বা ফিল্মগী জগোই, মতমগী ঈশৈ (চিত্রহার, চিত্রমালা), হাউসি শাম্নবনচিংবা থৌবমশিং লাই হবাওবদা য়াওহন্দবা লোয়ননা অমাইবা, অমাইবী, পেনা খোংবশিংনসু লাই হবাওবিঙৈদা লাই হরাওবগী নত্তবা জগোই ঈশৈনচিংবা তৌবীদনবা হাযজবা।

মবিশুবা ব্রাবেপ ঃ অমাইবা অমাইবী, পেনা খোংবা, লাই শেলুংবা অমদি মবী লৈনবা লাই পাম্নবশিংনা শুকশোয় শোয়দনা তৌদবা য়াদ্রবা অমা ওইনা মাগী মাগী মথৌ, মশিল, শাজৎ, লিচৎশিংবু কাঙলোন নাইনা তমহন্নবগী খুদোংচাবা স্না কোনুংদা লৈহনবা।

মঙাশুবা ব্রারেপ ঃ ঐখোয়গী নাৎ, চৎনবী অমদি লাইনিংগী মচল অমা ওইরিবা লাই হরাওবা মশক মওং চুম্না হেন্না হেন্না চাউখৎলকপা মওংদা

পাঙথোক্লবগীদমক স্না কোনুংগী লোইশঙশিংনা মথৌ পাঙবদা শেলগী অন্নাবা মায়োক্লরিবসি খরা শাফনবগীদমক মণিপুব সবকারগী বদজেৎতা শেনফম খরা হাপ্পীনবা হায়জবা।

তককগুবা ব্রাবেপ ঃ কোনুংগী লোয়শঙনা শকথঙচে পীরবা মতম শুনা কাংলোন নাইনা অখঙ অহৈশিংদগী মহৈ তন্নবা অমাইবা, অমাইবী, পেনা খোংবা, লাই শেলুংবা অমদি মরী লৈনবা লাই পান্নবশিং খক্তনা উমঙ লাইগী থৌবমশিং অমসুং লাই হবাওববু পাঙথোকপা য়াহনবা।

তবেৎগুবা ব্রাবেপ ঃ লৈবাক্কী অখঙ অহৈশিং অমদি স্না কোনুংগী উমঙ লাই লোয়শঙশিংনা পীবা লাই হবাওবগী চৎন-কাংলোনশিং লাইফম লাইফমগী চান্নবা খন্ননা লাই কমিতিশিং, লাই শেলুংবা নত্রগা মবী লৈনবা লাই পান্নবশিংদা অইবা ওইনা থমদুনা লাই হবাওবা যাওবিবা খুনগী মীযামদা মমুৎ তানা খঙহনবা।

নিপালগুবা ব্রাবেপ ঃ লৈপাক নিংথৌগী অয়াবা য়াওদনা অমাইবা, অমাইবী, পেনা খোংবশিংনা খামেন চৎপা, নিংখম শমজি, খুজি তাল শবোং ফি নচিংবা শিজিন্নদনবা হাযজবা লোযননা স্না কোনুং নত্তনা উমঙ লাইগী লোযশঙ লিংখৎলীবা পুন্নমক্তা ওথোবিটি শাবীদনবা লৈঙাক পথাপ্পা পীবিবা কাংলোনশিং ইনবিনবা হায়জবা।

মাপলগুবা ব্রাবেপ ঃ অমাইবা, অমাইবী, পেনা খোংবশিং লৈপাক খুন্নাইগী পাঙথোক্লিবা মথৌ মশিলবু ইকাই খুম্নবা উৎপা ওইনা লৈপাক্কী অখন্নবা থৌবমশিংদা মনা মথুম পীবিনবা স্না কোনুংগী লোযশঙদা হাযজবা।

## পাখাং-পুখাংদগী চৎনরকপা উমং লাই হরাওবা
## খুদিংমক্কী কাংলোনশিং কাইহন্দনা খম্নগী মতাংদা
## নুমিৎ নিনিগী ওইবা খল্ল-নৈনবা
## (ডিসেম্বর ২৪ অমসুং ২৫, ২০০৭)

### নুংগী ওইবা ৱারোল

ইনাৎ, লাইনিং, খুনাইবোল, চাওখৎলোন অমসুং কংলৈপাক অসিগী যেলহৌমী ওইবিবা চীংমী তম্মী পুম্নমক্কী শক্তম্ অমত্তা মাঙহন্দনা পুদুনা লাক্লিবা লাই হবাওবা কৌবা থৌবম অসিগী মবমদা খঙ-হৈরবা মাইচৌশিং, অমাইবা অমাইবী কযানা চহি চা কযা অসি লাই হবাওববু মশক তাক্নুনা লাক্লি। অখঙ-অহৈশিংগী ৱাবোল মতুংইন্না "লাই হবাওবা" হাযবিবা থৌরম মমিং অসিগী অশেংবা য়েলহৌঙৈগী মমিংদি "লাই হোই লাওবা" হায়বনি হায়বি। "লাই হোই লাওবা" হাযবদগী কংলৈতা ফাথিবশিংনা "লাই হবাওবা" হাযনা মমৈথংদা খঙনবকখিবনি হাযবা অসিসু অখঙ অহৈশিংনা খেন্নবা লৈতনা তাকপিবি।

অসুক মক ওইবা কংলৈপাক অসিগী চীংমী-তম্মী কংলৈচা পুম্নমক্না খঙদবা যাদ্রবা লাই হোই লাওবগী হৌবক ৱাবী অসি অনৌবা মীবোল অমসুং তুংলমচৎকী মীবোনশিংনদি খঙবা ৱাবগনি। অনৌবা মীবোল অসিনদি কোন্না কৌবকখিবা লাই হবাওবা হায়বা মমিং অসিদগী হেন্না খঙনদবগুম তৌবে। লাই হোই লাওবগী হৌরক ৱাবী অদু খঙহৌদ্রবদি অনৌবা মীবোল অসিদা অচৌবা অৱাৎপা অহোবা অমা লৈহৌবগনি। মবম অদুনা লাই হবাওবগী মরমদা অইচে তিন্নবা (সেমিনার) অমা পাংথোক্নুনা খঙদবা কয়া অসি ঙসিগী মীবোলনা খঙহৌনবা পান্দমদা হেরিকোন্না থৌবম অসি শিঙ্গবনি।

<u>লাই হরাওবগী মখল ঃ</u> অখঙ অহৈশিংনা তাকপিবা মতুংইন্না লাই হবাওবা অসি খেন্ন খেন্নবা মখল ৪ শুরি : (১) কংলৈ হরাওবা (২) ককচিং হরাওবা (৩) মোইরাং হবাওবা অমসুং (৪) চকপা হরাওবা অসিনি। চকপা হবাওবা অসিদা অমুক মান্নদবা মখল ৪ থোক্না খায়দোকই। মখল অসি (১) সেকমাই হবাওবা (২) অন্দ্রো

হবাওবা (৩) লৈমরাম হবাওবা অমসুং (৪) ফয়েং হবাওবা অসিনি। অতৈ চকপা হবাওবা কৌক্রুক থোংজাওনচিংবা খব খবদং খেন্নবা লৈরগসু মথক্তা পঙ্গরিবা চকপা হরাওবা মখল ৪ অসিদা শুপচিল্লগা নৈনগনি হায়না হেরিকোনগী থৌমীশিংনা হংজকবদা হায়বিরকই।

অদুনদি খেন্নবা ময়াম অসিগী মবী মখোঙ, নুংগী ওইবা ব্রারী শিংবুল কয়া লৈবিবা অসি ঙসিগী মীবোন্না অমসুং তুংদা লাক্কদবা মীরোলশিংনা খঙহৌননবা খন্ন-নৈনবা মীফম তঙাইফদনা পাঙথোক্কবা যাদ্রে হায়বা অসিসু হেবিকোন্না পুক্লিংদা ফাওজদুনা অইচে তিন্নবা (সেমিনাব) অসি পাংথোকচবনি। খঙদবশিংনদি অমগা অমগা লাই হবাওবা মান্নদে হাযবা অসি লান্না খনখিবা য়াবা, অমগা অমগা মবি লৈনদবা ওইনা লান্না চৎনখিদনবা নৈনবা মীফম অসি য়ান্নমক তঙাইফদবা ওইবকই।

অখঙ-অহৈশিংনদি ব্রাবী খবা খবা মনুংদা লৈবগী হিবম খব খবদং খেন্নবতনি, মপুংদদি লাই হবাওবা হায়বা অসিগী যুম্ফম অমখক্তংদা লোইনা থৌবম অসি তৌবিবনি হায়না থম্বীবকই। অহল-লম্মনশিংদা হংজকবদা থম্বীবকপা য়ুম্ফম অমখক্তংগী মখাদা লাই হবাওবনি, খেন্নবা খবা অদুদি মশা মরেং ওইবদনি হাযবা ব্রাফম ঙসিগী মীবোন্না খঙজহৌনবগীদমক অসিগুম্বা খন্ন নৈনবগী থৌবম অসিগী মতেং হেবিকোন্না লৌজহৌবনি।

<u>অকায়বা তৌহৈদবা কযা যাওশিল্লকপা</u> ঃ লাইবিক লাইশু হৈবা লাইবিক ইবা মীওই কয়ানা লাই হবাওবগী হৌবকফম অসি তোঙান্না পুথোকপসু মমিং য়াম্না থেংনৈ। মখোয়না অর্য্য হিন্দুগী লাইশিংগী ব্রাবী পুশিল্লগা লাই হবাওবা থোবকখিবনি হায়বি। তেন্না তেন্না মতেক খবদং পনজবা তাবদা অসুম্না ইনবি। বাশ লীলা শান্নবদা পার্বতিনা মখোলদি তাবগা মিৎনদি উহৌদ্রে হায়দুনা য়াম্না নুংঙাইত্রে। পার্বতিনা মথব্রায় নুংঙাইতবদু উবদা শিব মহাদেবনা মণিপুর অসিদা বাশ লীলা শান্নবগা পার্বতিদা য়েংহল্লবদি য়াম্না পেল্লগনি খন্দুনা মণিপুবদা লাক্লগা লাইয়ামগা লোয়ননা রাশ লীলা অদু অমুক্তা হন্না শান্নখি। মণিপুবদা পার্বতিগীদমক শিব মহাদেবনা লাইয়ামগা লোয়ননা শান্নখিবা বাশ লীলা অদুদগী লাই হবাওবা থোবকখিবনি। মসিনা লাই হবাওবগী হৌবক ব্রাবীনি হায়না লাইরিক কয়াদা ইবি। কনাগুম্বা লাইবিক ইবা থরনদি অমুক্তা হেন্না পাক চাওবা ব্রারী অসি শাংদোকহল্লগা ইথোকই। মখোয়না রাশ লীলা শান্নগে খল্লিবা লৈপাক অসি ঈশিংনা থুমদুনা লৈবদগী শিব মহাদেবনা ত্রিশুল পায়দুনা চীংনুংহুৎ অসি হুতোক্লগা ঈশিং চিথোকখি। ঈশিং

কংলবা মতমদা পার্বতিনা য়েংননবা রাশ লীলা অদু শান্নখিবনি। লাইয়াম্না মসিনা খরগা হেন্না শাংদোকহল্লবা চীংনুংহৎপু শিব মহাদেবনা ত্রিশুলনা হৎতোক্লুনা ঈশিং চিংথোকখিবনি হায়বা শরুক অসি অমুক্তা হাপচিল্লগা ইরি।

অসুম্না হিন্দুশিংগী লাই শিব মহাদেব অমদি পার্বতিগী ৱাবী অসিনা লাই হবাওবগী হৌরক ৱারীনি হায়না ইরিবশিংগী মনুংদা মশক নাইরবা, লৈপাক্লা মশক খঙবা ইকাই খুম্নরিবা মীশক কয়া য়াওরি। লাই হরাওবগী হৌরক ৱারী অসি হিন্দু অর্য্যশিংগী ৱারীনি হায়বা অমা লৈববনিনা নাথে অমা শেংনা অশেংবা মশক অদু লেপথোক্লুনা ঙসিগী মীরোলনা থল্লমদবা য়াদ্রবা তাংকক অমসু ঙসি ঙসি ওইরবনি।

অমরোমদা লাই হবাওবগী থৌরম মনুংমক্তদা মবি লৈনদবা ৱারী হাপচিনবা, মবি লৈনদবা মতমগী ঈশৈ কয়া শক্লুনা হাপচিনবা, মতমগী জগোই হাপচিনবা কয়া অমসু মফম কয়াদা চৎথবা উবে। লাই হবাওবা খবদদি শিব মহাদেবগী ফিজেৎ শেত্তুনা ত্রিশুল পায়দুনা মশাদা উৎ-উফুল তৈশিন্দুনা য়া য়া নোক্লুনা থৌবম য়াওবি। লাই লম থোকপদা থায়না তৌনবক্তবা থৌদৌ কয়াময়াম নুংঙাইনবনি হায়দুনা হাপচিল্লকপসু যাম্না তৌনবে। অয়েংবা মীশিংনসু ফিল্মগী ঈশৈ শকউ হাযনা মাইবীশিং শকহনবসু য়াম্না তোয়না থেংনবি।

ওনথোক্লা লুখ্রবা ইপা ইপুগী লাই হবাওবগী থৌরম অসিদা অসুম্না অসুম মানা মানা তৌনিং তৌনিংবা মনিং তৌনা পাংথোক্লরক্লবদি তুংগী মীবোন্দদি চমম্লবা কয়া অমা থোকহল্লক্কনি। লাই হবাওবগী অশেংবা শক্তম অদু মাঙখিদুনা ঐখোয়গী ঈনাৎ অমদি লাইনিংগী শক্তম মশক শেংনা উবক্তবসু যাই। লাম্না চৎখিদুনা লাই হবাওবগী মমল অদু মাঙখ্রগনি।

পুম্নমক অসি মতুংদা অমুক হন্না উহন্দনবা ৱাবক পথাপ অমা থমহৌদ্রবদি, অখণ্ড-অহৈশিংনা ৱাংমা লানখিবা য়াদনবা অকক্লবা হৌন কাংলোন অমা শেম্নীহৌদ্রবদি মাঙহল্লক্লিবা থৌদৌ কয়া অসি থিংবা ঙল্লোই। অহানবা ওইনা হেবিকোন্না শিনজবিবা অইচে তিম্নবা (সেমিনাব) অসিনা ৱাহৌদোক ওইবগা অশেংবা লাই হবাওবগী কায়হৈদবা পবিং অদু ঙাক্লা চৎমিম্নবগী পান্দম অদুগী মখাদা নৈনবগী থৌরম অসি মীয়ামদা লানথোকচবনি।

মতুংদা অখণ্ড অহৈ কয়াগী পাউতাক লৌজবগা হেন্না খুমাং চাওশিন্না চংশিনবা ঙম্মনবা হেন্না মপুং ফাবা অইচে তিম্নবা (সেমিনাব) অসি মতুংগী খোঙথাং ওইনা শিনজরকখিগনি। লাই হরাওবগী অশেংবা পরিং পথাপ অদু থবক ওইনা লৈপাক শিনবা থুংনা চৎনহৌননবা মতুংগী হেবিকোনগী খোঙথাং কয়া অমসু

লৌখৎচবকখিগনি। হেরিকোনগী ব্রাখলদি চুম্না নৈনরগা লোইশিনখিবা অদু নৎচদে। থবক ওইনা কায়থরক্লিবা লাই হবাওবগী তৌহৈদবা থৌওংশিং অসি চুমথোক্লবগী অমসুং অমুক হন্না অকায় অতোয় ময়াম অসি মখা চৎথবিদনবা থৌরাং কয়া লৌখৎচবগী মিৎয়েংসু থমজরি।

অসিগুম্বা হেরিকোনগী পান্দমশিং অসিদা লৈপাক্কী অখণ্ড-অহৈ পুন্নমক্না মতেং পাংবিয়ু। লৈপাক মীয়াম্নসু ঐখোয়গী নোংম নোংমগী কায়থরক্লিবা শক্তমশিং অসি কললহৌনবা হেরিকোন্না চংশিল্লকপা খোঙথাং পুন্নমক্তা ইশা ইশাগী থৌদাং ওইনা লৌবিদুনা অঙম্বা মতেং পিনবিয়ু হায়দুনা নোম্লুক্না পাউজেল অসিমতংসু মীয়ামদা থমজরি। অখণ্ড-অহৈশিং অমদি মীয়ামগী মতেং য়াওদনদি হেরিকোনগী পান্দম অসি ফংবা ওইথোক্তে। পান্দমশিং অসি ময়ামগী মতেংগা লোয়ননা থুংবা ঙমজনবা ইবুধৌ পাখঙবগী শেংলবা লাইফমলেন কংলা অসিদগী হৌনা থৌবম অসি পাংথোকচবনি। ইবুধৌনা মচা মনাই পুন্নমক্কী থৌবৈ তেংবাংবিরক্নুনা পান্দমশিং অসি মায় পাকচবা ঙমজবা থৌজানবিবকপা ওইরসনু হায়না পুক্লিং চেৎনা খুকমজবি। লোয়ননা তিনবিবিবা পুন্নমকপুসু খুকমজবি।

মীয়ামগী
ইথনো হেরিটেজ কাউন্সিল
(হেরিকোন)

চৈচৎ ২৪।১২।২০০৭ কুমজা
পোইনুগী ১৫ নি পানবা নিংথৌকাবা (থানিল)

# তোঙান তোঙানবা উমঙ লাইশিংগী
# কৎপা য়াবা য়াদবা তৌহৈবা তৌহৈদবা

দব্লিউ. লুখোই, পণ্ডিট য়াইমা

লাই হরাউবা হায়রিবা থৌবম অসি কনানা হৌদোকপিরম্বগে হায়রবদি চীংঙুবা লাইযাম্না হৌদোকপিরম্মে মফমদি কৌব্রু চীংদা, মসি লাইয়াম্না মানা মানা শেমলকপা তৌবকপবু নুংঙাইবা ফোংদোকপা ওইনা। মথংদনা মীওইবনা মৈনাব্রাই তাংনা শম্না অকাউবা লৈতনা খংজহৌনবা হায়দুনা পুম্নমকপু শেম্বীরকলিবা নোংপোক নিংথৌ পাম্হৈবী অনিনা লাইমশিং অমতা ব্রাৎতনা নোংমাইচীংদা তিন্দুনা হরাউখি। মতম অদুদা খোবিফাবগী থৌথোকশু থোকখি।

মবম অদুনা লাই হবাউবা হায়বিবা থৌবম অসিদা তৌগদবা তৌরোইদবা য়াবা য়াদবা য়াবনা কবিনো য়াদবনা করিনো হায়বা অসিগী মরম লৈ।

লাই হবাউবা হায়বা অসি য়াম্না কুপ্না মুম্না খম্ন-নৈনবা তারবদি য়াম্না পাক চাওব্রে হায়বদি মালেম অসি লৈত্রিঙৈ উ-রা মনা মশিং করিগুম্বা অমতা লৈত্রিঙৈদা লৈননবা মালেম লৈশেম নোংশেমলকপা ওইবনা। লৈশেম লকপদা তৌখিবা থৌবম্বু অমতা চিৎথবা অব্রাৎপা লৈতনা মশিংগুনা য়াওরি।

লৈশেম্বগী থৌরমদা নত্তনা মীওইবা ঐখোয়বু পী অমসুং পা নাইনা পোকলকলিবা পলেম ইমানা নাউয়োক নাউকোন্দুনা শেম্বীরকলিবা য়াহিপ চাকচা ফিশেৎ লৈতেং লমচৎ শাজৎ চাবা য়াবা য়াদবা য়েংলুবা শোকলুবা হায়বা য়াবা য়াদবা থকশি খাশি থৌরম থৌদা পুম্নমক শুনা য়াওবি।

লাই হবাউবা অসিসু মখল মরিথোক্লা হরাউবি মদুদি কংলৈ হবাউবা। চকপা ফাংয়েং হরাউবা। মোইরাং থাংজিং হবাউবা। ককচীং খন্নাংবা হবাউবা। অমনা চকপদি ওইরগা ফাংয়েং হবাউবা। সেকমাই হরাউবা। অন্দ্রো হরাউবা। লৈমরাম হরাউবা হায়রিবা চকপশিং অসিসু খব খবা শৈশক শৈথা খোম্নে। লাই হবাউবগী মবমদা লাইদা কৎপা য়াবা য়াদবা শৈশক শৈথা হায়বা য়াবা য়াদবা থৌরম থৌদা লাইচৎ মান্নদবা মথাদা ইজরি।

ফাংয়েংনা কৌব্রু লোইয়াবাকপা লাই অনি অসিবু হরাউই তোঙান তোঙানবা সোবারেনগী লৈমরেনগী হৈথা লৈথা লৈহুন তোপ্লা থাদুনা তম্মী। লাই ইকৌবসু মপা ইবুংঙো কৌব্রুনা লাইগী পুম্রিদগী ইকৌখৎলি। মন্ধাকইবুংঙো লোইয়াবাকপনা তুরেলদগী ইকৌই লোইরগা অমনবু হাল্লবসু অমনবু হাল্লবসু থোঙ্গান্দা ঙাইনরগা চপ মান্ননা চংমিন্নৈ ফমনাইবা ফমনাইবী নিপা নুপী পুম্নমক্লা খুবাক খুদুনা লাইবু শৈথাদুনা লাইওক ঈশৈ ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী মতিক ময়াই থাদুনা থোঙ্গান্দগী শংলেনদা লাইনা ফম্বাল য়ৌবা ফাওবা লেপ্তুনা শকতবা য়াদে মসিসু য়েলহৌঙেদগী অহলশিংনা চৎনরম্বা লাইচৎ অমনি।

সেকমাইনা কৌব্রু লাইবু হরাউই অদুবু লাই ১২ গী হৈথা লৈথা তমদুনা হরাউই হায়বিবা লাইশিং অসি মশিং ব্রাৎপা য়াদে। মসিসু লাইচৎ মখল অমনি। অন্দ্রোনা পনমনিংথৌ পুবৈবোম্বা হবাউবা মতমদা ঈশিংদগী লাই ইকৌদে চীংদগী লাই লৌথবগা হবাউই। যুমনাক্কী ওইবা লাই ১২ অমসু শাগৈ শাগৈগী মীশিংনা য়ুমদগী শংলেন্দা পুখৎলগা ফমদোংদুনা হৈথা লৈথা তমদুনা হবাউ থৌগল তৌই মসিসু লাইচৎ থৌবম অমনি।

মোইবাংনা থাংজিং লাইবু হবাউই অদুবু যুমনাক্কী ওইবা মমিং তোঙান তোঙানবা লাই ৯/৭ ফমদেংলগা হবাউই। অদুগা লাই ইকৌবদা অতৈ লাইশিংগীদি থক্ক থাগা লৈথক লৈখা হায়দুনা খৈয়োম অনিদা কৎলি লাকই। থাংজিংগীদি খৈযোম নিপান লাকই কৎলি। লাই লমথোকপদসু লমথোকফমদা চাকথোংদুনা শবেংনচিংবা কৎতবা যাদে। মসিদসু নৎতনা চহি অমনা লম থোকপা চহি অমনা খোংচিংবা চহি অমনা য়ুমফম্বা হায়না চৎনৈ। খোংচিংবা চৎপদা দোলাইশিং অদুগী মখোংদা অমগা অমগা থৌরিনা পুন্দবা য়াদে মসিসু থাংজিং হবাউবগী থৌবম লাইচৎ অমনি।

ককচীংনা খন্নাংবা হবাউবগী লাই ইকৌবদা মাইবীদি যাওই মাইবীনা ঈকৌদে শবিকতি খিংই লাইশংবা হাযদুনা নিপা অমনা খৈয়োম লৈয়োমশিং অদু মকোকতা হাপ্লগা ইকপ্তুনা লাই লৌখৎলি। লাই ইকৌবা কাবগা ফম্বালদা ফমদেংলগা লৈরাংবনা লাইদা লৈ হান্না কৎত্রিঙৈদা হৈ লৈ অমতা কৎপা য়াদে লৈবাংবগী মবমদসু ব্রারী য়াম্না শাংনা লৈবি। লাই হরাউবা মতমদসু য়াথোক শং হায়দুনা অমা শাবগা শংলেন্দগী লাই লেংথোক্লগা হরাউই। শামু খোংপাক হায়বা লুবাক থুমমুক ময়ুং শাংতক তৌবা অমদা হাপ্লগা লেংথোকই। মসিমসু খ্বাইদগী তোপ তোপ্লা থৌরম লাইচৎ অমনি। (মসিনা তোঙান তোঙানবা লম লমগী ওইবা লাইচৎনি)

কংলৈগী লাই হরাউবা মতমদা শৈশক শৈথা মফম মতম চদনা শকপা য়াবা য়াদবা তৌরোইদবা তৌগদবা লাইদা কংপা য়াবা য়াদবগী শমলপ্পা মখাদা ইজরি।

মথক্তা লাই হরাউবা হায়রিবা অসিদা লৈশেম্বদগী হৌরগা পুম্নমকশুনা য়াওরি হায়জখিবা অদুগী মবম চফু মচা অনি অদুনা তাকলি মালেম অসি মতুম তাবগুম্বনি হায়বগী মওং মাইবীনা চফু অনি পায়রগা খোংলৈ খোংথাং ফিথুপ কাইবা শোইবা য়াদে হায়না চোংলিবা অসি লৈশেম্বদা নোংথাং লৈমনা হারাববু য়ৈখাই-থুগাইদনবা ঙাকহনবা অদুগী খুদমনি। লাংপ্রে মতোন ৯।৭।৫ য়াওরিবা অদুনা মৈ-ঈশিং নুংশিৎ মঙাং লুরাং খুমন অহমমক লৈ হায়ববু তাকলি। লংজা ৯।৭ চিংলিবা অদুনা পি অমসুং পা অনি অসিদগী ওইবকই হায়ববু তাকলি। মসিনা ইকৌবগী মরমনি।

ইকৌবা লোইরগা কাবক্রগা লাইমাং য়ৌরগা ঈশাই চফু পুবিবা অদুনা খ্বাইগী মাংদা চৎখৎলগা লংজা ৯ না লাইনিংথৌবোমগী নিপা ৩ নত্রগা মঙানা পায়গনি। লংজা ৭ না লাইবেম্বীবোমগী নুপি ৩ নত্রগা মঙানা পায়বগা হিরি লাওবা হায়দুনা মাইবনা লাওগনি হিবি পায়বিবা নিপা নুপীশিংনা খুমগনি। মসি হিগারকপগী হিবিলাওবা কৌয়ে মসি তৌদবা য়াদ্রবা অমনি। হিজিং হিবাও ওইনা শকপা য়াদে হিজিং হিবাও ওইনা শক্লবদি লাই অদু হবাউবা য়াদে। ইকারকপদা ঙাইরিবা লাইবৌশু শান্নদ্রিবা অদুদা অবোইবগী লাইবোল শক্লবদি পুমলোই লোইশিল্লে অমুক হন্না থৌবম তৌবা য়াদ্রে।

হিজিং হিবাও শক্কদবা মফম মতমনা নুমিৎ মঙানি তবানি হবাওবগী লোইবা নুমিৎকী নুমিদাং অথেংবদা মাইবনা উয়াল্লো হিজিং হিরাও শক্কনি হিজিং হিবাও শকপ্রবদি পুমলোই লোইবে লাই নোঙ্গারনি শরোই খাংবদগী হেন্না অতৈ কবি অমতা চৎথবা য়াদে। মসিনা ইকৌবগী য়াদবগী মরমনি য়াদবগী মবম য়াম্না লৈবি।

অনিশুবা য়াদবগী মরম ঙসিমক লাই ইকৌবগা লাইবৌ লা থাদুনা হোই বৌ হোইয়া লাওদুনা অনোইরোন শক্কুনা হকচাং শাদুনা হরাউবা মশিংশুনা তৌবা য়াদে চুম্না জগোইনচিংবা শাবগা থৌগল তৌবদি য়াই মসিসু য়াদবা অমনি।

নোংমগী মাইবীনা লাই শম্নবা লোইরকপদা লাইমাংদা চোং মরি য়ুংলগা নিপা মরিনা ফি অঙৌবা অমা খল্লগা শাল্লরিবা চোং মরি অসি মীয়াম্না খন্নরি থাংজিং মারজিং ব্রাবুবেন কৌব্রুনি হায়না খন্নরি চুম্নি অদুবু মমিং অমসু লৈরি লৈশেমঙৈগী মমিংনা থব্রা। চোং। ঙা। য়ুচেং। য়ুহা কৌয়ে। অদুবু পোৎ অসি অমত্তনি থৌরম অদুগী মতুংইন্না মমিং থোনবা হোংবদনি। মতম অসিদা মাইবী অমনা লাইনিংথৌ

শাবগা মাইবী অমনা লাইবেন্থী শাবগা শক্কদবা লাইরোলনা পাওবৌ পাওখুম পাওশানবা কৌয়ে শৈশক্লা থং থং থংনবে বোশো থংনরে হায়না লাইরোল শৈশক মঙা তবা লৈবি। তাংখুল নুবাবীনা লাইরোই নুমিৎকী নুমিদাংদা পাওরৌ পাওখুমনবা ওইনা শকপা অময়াই হায়বিবা মফম মতম অনি অসিদা নৎতনা হবাউবনি হায়দুনা শক্লদে অমসুং য়াদে। অদুগা লাইনিংথৌ লাইবেন্থী অনি পাওবৌনবনি হায়দুনা য়াম্না কবেম কথাইনা শাম্নবা অকাইবা লৈ ফৎতে লাই অনি হায়বদি লাইনিংথৌ লাইবেন্থী অনিনা পাওবৌনবদি য়াম্না ইংনা তপ্না কেনা পাওবৌনবনি। অদুনা নুংঙাইনবনি হাযদুনা কবেম কথাইনদুনা পংহাপ হাপচিন্দুনা তৌবগদি ব্রাঙাংদে হায়বদনি অবানবা থবক তৌবগদি অফবা ওইদে অমাংবা ওই। শৈশক অমনা কে ক্রেক কে মো মো যাঙ্গোই শম্বা শাউ শাউ তোকপগা কাম্বগা কৈগা যেনগা য়েনখোং ফত্তে চাশিল্লো লাইগী য়েননি চাফদে। হাযবিবা লাইবোল অসিসু লাই হবাউবগী লাইবোইগী নুমিদাং মাইবনা ঔগ্রী চোংবদা শকপা নৎতনা কনাগুম্বনা জগোই শাবদা নুংঙাইনবনি হাযদুনা লাই হবাউফমদা শক্লবমদে লাই হবাউবদা শকপা যাবা য়াদবা কৎপা য়াবা যাদবা লাইদা কৎপা য়াবা যাদবশিংগী মবমদা কনানা কবি তৌবিবগে হবাউবদা মাইবনা কবি তৌবি মাইবীনা পেনানা কমদৌনা হবাউবি হাযবগী যাম্না কুপ্না পণ্ডিটশিংনা অদু মখৈদি য়াবনি অদুমখৈদি যাদবনি হায়না চৎনবম্মী কনাগুম্বা অমাইবা পেনা খোংবা মাইবীনা অকাইবা লাইবোন্দা ওইববস্তু লমচৎ শাজৎতা ওইববসু পণ্ডিতশিংনা লোইশংদা কৌখৎলগা অদুদি যাদবনি মতুংদা অমুক তৌবা যাবোই হাযনা ব্রাবক ব্রাতেম তৌবম্মী।

হৌজিক্তি অদুগুম্বা অদুসু লৈখিদবে মানা মানা তৌনিংবতা তৌবে হায়বা যাই। খব থেংথববদা শোক ৫৪/৫৫ অদুব্রাইদগীনা ৭৫/৭৬ অদুব্রাই ফাওবদি লাই হবাউবগী মবমসি পংহেন হেনজিনলমদে। মসিগী মতুংদগীদি লাই হবাউবগী মবম অসি খবা হেনজিনলব্রা হায়জনিংই। অদুনা লাই হবাউবা অসিবু চুমথোক্কদবনি লাই হবাউবগী থৌবুবেন ওইবিবা খুনগী ইপা ইপন, ইচিন-ইনাওশিংনা চুমথোকপা নত্তনা অতৈনা চুমথোকপা ঙমলোই। মবমদি ঐখোয়গীদি হেঞ্জিনবা তৌবীগনু লাইবোলগী ওইবা থৌবমদং নুংঙাইনবা শান্নবীযু হাযবগদি পংহেন হেঞ্জিনবা য়াবোই হায়জনিংই। হৌজিক হৌজিক্তা লাইগী লাইবোল নত্তনা তৌবা যাবোই হায়না থিংবা লাইফম ২/৩ দি লৈবি। পাঙ্গে পাখংবা, চীংমৈবোং মাবজিং, এলাং লৈকাই, পাঙ্গলবা হায়বিবা লাই হবাউফম অসিদি নুংঙাইনবনি হায়দুনা মতমগী ঈশৈ হাযবিবশিং অসি অমতা শকপা য়াদে।

লাই হরাউবা খ্বাইদগী চেকশিন্না শক্তদবা লাইরোল শৈশক্না অনোয়রোল হায়রিবা অসি ব্রাৎপা য়াদে হেনবসু য়াদে। পেনা খোংবনা হোইরৌ হয়া লাউরগা মাইবীনা হকচাং শাগৎলিবা অসি নোংমগী লাই হরাউবদা খ্বাইদগী মরুওইবা থৌবম অমনি। মাইবীনা লাইনিংথৌ লাইরেম্বীগী মদাইরেমশা হোইরৌ হৈয়া লাউগদৌবে হোইরৌ ইপানা হোইদোকলক্কদৌবে হৈয়া ইমানা মালেমলৈ য়াগদৌবে নখোঙ নখুৎ লেংগনু অশোই অঙাম য়াওবক্কনি হায়বিবসি নুংগী ওইবা য়াম্না লুপ্রবা ব্রানি পেনাগী অনোয়বোল শকলিবা লাইরোল অসি হৌবদগী লোইবফাওবা লেপ্পা য়াদে মাইবীনা হকচাং কয়াৎ মশিং শুনা শাদুনা অঙাং অদু হেক পোকপগা অনোয়রোল শকপা লোইগনি তোক্কনি। অঙাং পোকত্রিঙৈদা তোক্লগদি পোকলিবা অঙাং অদু কযাৎ হায়বদি থা শুদনা পোকপা ওইগনি। কনানা ফৎতে লাই হবাউবিবা খুন হরাউবা যাওবিবা মী পুম্নমক্কী ফৎতে। কবিগীদমক্তা নোয়বিবনো হায়রবদি হকচাং নোয়নবা নৎতে পাবি ইমোম পোক্লবা নোইবনে। অদুনা লাই হবাউবদা য়াওরিবা মী অদুদা নত্তনা খাংপোক্তা ফমদুনা যেংলিবা মী পুম্নমক অনোয়বোন শকপা হৌব্রবদি অঙাং পোকত্রিফাওবা লৈগদবনি। অঙাং পোকত্রিঙৈদা চৎপা য়াদে ফৎতে। লাই পুম্নমক্কী ওইনা কৎপা যাদবা লৈদি শংব্রে কুন্দো অপ্রাজিতা হায়বিবা লৈশিং অসিদি কৎপা য়াদে, লৈ অঙাংবা কৎপা য়াদবা লাইশু লৈবি নম্বোল থিয়ামগী লাইকোম নিংথৌ হাযবিবা লাই অসিসু জুবাকুশুম কৎতে।

অমনা লাইনিংথৌ খোবিফাবা হায়রিবা নম্বোলদা লৈবিবা অসি শবেম্নচিংবা ঙা শবেং মৈচংবা কবোকনচিংবা কৎপা য়াদে। লাংমৈদোং পাখংবসু ঙা শবেংনা শবেন কৎপা যাদে। ওক ঙানু য়েন্না কৎলি। কৎপদা নত্তনা লাইমাংদা ঙা পনবফাওবা শুকয়ামক য়াদে। লাই হবাউবসু নুমিৎ তাদ্রিঙৈদা হোই লাউদবা য়াদে।

পুংদোংবমগী নোংপোক নিংথৌ পাম্হৈইবীশু ঙানা শবেন কৎপা য়াদে ওকনা কৎলি মসিসু য়াদবগী লাইচৎ অমনি। মোইদাংপোক্কী কোবৌহনবা হাযবিবা লাই অসিসু মৈ চংবা কবোকনচিংবা কৎপা য়াদে।

উমং লাইগী মতিক ময়াই হায়বসি শিংথাবদা লোইবা নাইদে লাংমৈদোং পাখংবগী লাইকোন্দা শাৎলিবা লৈশিং অদু কনাগুম্বনা লৈ অদু হেক্তুনা চিপ্লুববদি মী অদু হেক্তা ব্রাম্মদুনা অব্রাবা ওই। অদুনা লাই হরাউবা মতমদা অরাপ্পদগী খংদবা মী লাক্লগা লৈ অদু হেক্তনবা যাম্না কন্না শেন্নে। মসিশু যাম্না লুপ্রবা লাই অদুগী লাইচৎনি।

অমনা চঙাংগৈনে মালোম অব্রাংনে মালোম মখানে হায়বিবা লাই অহম

অসি ইঙাদা হরাউরম্মী। হৌজিক্তী কালেন্দা হবাউবে, হরাউবা মতমদা নোংমদা পুন্না য়েংলুবা য়াদে হায়বদি অমদা অমুক য়েংলুরগা অমদা অমুক য়েংলুবা য়াদে, অমদা য়েংলুবা ফি অদু শুদোক্লগা নোংঙাল্লগা য়েংলুবদি য়াই। মালোম মখাগী খুঙ্গাওবগী হরাউবগী লাইগী লমথোকপসু ঈখে হায়দুনা লাইকোন হায়দুনা উমঙ অমা লৈ অদুদা চৎলগা থোকই। লম থোকপদা য়াওরিবা নুপী ইমা ইবেনশিং লৈশাবীনচিংবা ল্লা অমতা শিবা য়াদে। লোইনা লৌথোক্লগা চৎলি। তাংখুল নুরাবী শাবসু য়াওই মসিসু য়েলহৌঙেদগী অহলশিংনা চৎনবম্বা অমনি।

লাই হবাউবগী লাইবোই নুমিৎকী তাংখুল নুবাবী য়াওদনা লাই লোইবা য়াদ্রিবসি কবিগীনো হায়ববদি তাংখুলনা লৈশেমখিবা নিপা লাইনিংথৌদুনি। নুবাবীনা লৈশেম্বদা হারাবনা য়েখায়দুনা শেম্বা য়াদ্রবদা। অতিয়া শিদবনা খোইনৌ নোংথাং লৈমবু পুথোক্লগা হাবাববু ঙাকহন্দুনা য়েখায়ববু কাওহনখিবা অদুগী নুপী লাইবেম্বী অদুনি লাই হবাউবা হায়বসিদা লৈশেম নোংশেমলকপগী থৌরম ওইবনা য়াওবসি মসিগী মবমদসু য়াম্না পাক চাওনা লৈবি।

অমনা লাইবোইদা ঔগ্রী হংগেন চোংবা হাযদুনা থৌবি পাযবগা নিপা নুপী নখোঙ নখুৎ লেংগনু হায়বদি খুৎনা পাযবিবা থৌবি অদু লাইবোল শকপা লোইদ্রিফাওবা থাদোক্কনু হায়না তৌরিবা শকলিবা অসিগী মরম্না শামদোন অযাংবা হাযবিবা শগোল অসিনা মশা মবি পাল্লিবা অসিনা মালেম অসি মাংহল্লগে উ ব্রা পুন্নমক তুমহল্লগে তৌবক্লবদা ইমা লৈমরেম্না উবদুনা মাংবা তারে হায়দুনা লাইবেম্বীনা খুজেং পায়বগা শামদোন অয়াংববু ফাদুনা অমাং অতা থোক্কদববু থোক্কনা লৈপাক মবা তপ্না ব্রায়েন থৌদা চুমখিবা অদুগী মবমদা হবাউবিবা খুল হায়বদি শাগৈগী ওইরবসু খুঙ্গাও লৈচাওনা চাক হোং ঙাহোংনবগী দমক্তা শকপনি। মতাং অসিদা কে কে ক্রেক মো মো হায়বসি মতাং অসিদা নত্তনা অতৈ মতমদা শকপা যাদে। অদুনা লমলেন মদাইমদা কংলৈয়োন্দা পুংমৈয়োন্দা য়োইময়াই তাউতলববু কোলোয়ে হায়না শকলিবা অসি নুংগী ওইবা য়াম্না মক ওইবা লৈবি অদুনা য়াবা য়াদবগী উমঙ লাইগী লাইচৎ অসি য়াম্না পাক চাওগ্রে।

# উমঙ লাই হরাওবদা অমাইবা, অমাইবী, পেনা শকপশিংগী মচৎ অমসুং থৌদাংশিং

খাঙেম্বম মঙ্গী, লৈখম শঙলাকপা
মণিপুর পণ্ডিট লোইশঙ, জি.টি.বি. ইম্ফাল

হৌজিক্কী মতমদা অচুম্বা অশেংবা লাই হরাওবা অমা ওইরক্নবা হোৎনবদা লাইগী থৌদা পুবিবা শঙ হায়বদি অমাইবা, অমাইবী, পেনা শঙ অহুম অসি অসুক্কী মতিক মক ওই। অদুবু লাই হরাওবা অমদা চংঙ্ভিবা মচৎশিং অসি অসুক্কী মতিক পাক চাউখবে। উমঙ লাই ৩৬৪ অসিগী মনুংদা লাইচৎ লাইচৎকী মতুংইন্না হবাওবা মখলসু খেৎনৈ। অদুবু ঐখোয় পুম্নমক্না খংমিন্নগদবদি উমঙ লাই হায়বসি কবিনো? কবিগী লাই হবাওগদৌবিবনো? শম্না হায়রবদা ""হকচাংনা উমঙনি থব্রায়না লাইনি"" হকচাংগা থব্রায়গা পুল্লগা তাইবং পোকপা, হিংবা, শিবা, শিবগা থব্রায়না চৎফম, থব্রায়না অমুক হল্লকপা ফাওবা তাকই। অমবোমদনা খুন্নাই অসিগী মশক তাকই। লাই হবাওবদা থম্বীবমলিবা জগোয় খুথেকশিং, ব্রাহে-ব্রাতা, লাইরোলশিং অসুক্কী মতিক মকওইবা মশক ঙাক্তনি। মসিনা তাকলি মদুদি লাই হবাওবা অমদা লাইনিংথৌ লাইবেম্বী অনি অসি পুল্লগা লাই হবাওই। লাই হবাওবগী পান্দমদি খুঙ্গাওবা লৈচাউবা, চাহোংবা ঙাহোংবা, নুঙাই য়াইফবা, পুন্সি নুংশাংনা পানবা অসিনি। খুন্নাই অসিগী হৌবকফম, পুন্সি মহিং, চৎনবী য়ুম্বাললোনশিং নিংথিনা তাকলি। তাইবং জিব অমা শেম্বদা পা অমদি পী গী মশক চংঙি। মবম অসি লৈবনা লাই হবাওবদা 'নুং অমা পাল অমা' অনিথোক্না য়েংগনি। শম্না হাযববদা লাই থৌবম অমা তৌবা মতমদা পেনা চংঙি। মসিগী মবমদি কনাসু থিনদে। হায়নবা লৈ পেনামুক লাই, অমবোমদা পেনাবু লাইনি হায়বনি।

লাইনিংথৌ লাইবেম্বীগী মশক্নি মকনা ইমাগী মশক্নি চৈজিংনা ইপাগী মশক্নি। পেনা মরুগী মনুংদা নুপীগী মশকশিং য়াওবি। চৈজিংদনা নুপাগী মশকশিং য়াওরি। পেনা কৌরিবগী মবমদি : লৈমারেল কুক অনিবু ওক্লবা মফমবু ওকশঙ কৌই, ওক্লবা পুক্লিংবু লাংনবে লাংশঙ কৌই, লাংনবা পুক্লিংবু পেনহল্লি পেনা কৌই।

হায়নবা লৈ পেনাগী শম্মে অনি তক্লবগী ইৱাই ইনিল অসিনা লৈরিমখৈ পোকসু পোক্কনি শিবসু শিগনি। মসিনা তাকলিবদি পেনা অসি লাইগী মশক্কি। লাইগী মশক ওইবা পেনাদগী থোকলকইবা মখোল অসি অসুক্কী মতিক অর্থ চেল্লি। মমাংঙৈদা লাই হরাওবা অমদা পেনা অনি অনি খোংনরম্মী। লাই হরাওবা অমগী মনুংদা পেনাগী শৈশক মাপল শিজিন্নে। শৈশকশিং অসিগী ৱাখল্লোন পুন্নমক লৈ অমসুং খুৎলোনশিংসু য়াওবি। লাই অমা হরাওবদা লৈবিবা শঙ হায়বদি অমাইবা অমাইবী পেনা অহুমগী মনুংদা অমাইবনা অহলনি ইপানি। পেনা ময়াইনি অমসুং মবুংনি অমাইবীনা ইতোল তোল্লি। লাই অমা হবাওবদা অমাইবগী থৌদাং য়াম্না চাউই। লাই হবাওবা অসিগী নুং অমসুং পাল খংদবা যাদে অমদি হবাওবিবা লাইগী লাইচৎশিং মমুৎ তানা খংদবা য়াদে। লাইচৎকী মতুংইন্না লাইবোলসু খেৎনৈ। লাই হবাওবদা চংলিবা লাইরোলশিং অমদি থৌবমশিং কুপ্পা খংবা মথৌ তাই। লাই অমা হরাওবা মতমদা অশোয় অঙাম পুন্নমক অমাইবনা মীকুপ নাহুম শিংনা য়েংশিনগনি।

*অমাইবী অসিগী মতাংদদি, অমাইবীদা শঙ অহুমখোক্লা অমুক খায়দোকই, ফুবা, নোংমাই অমসুং শঙলেন অসি লাইচৎ খেৎনবগী মতুংইন্না অমাইবী শঙসু খেৎনৈ। ফুবা অমাইবীনা কুক নোংশাবা থৌগল তৌগনি, নোংমাই অমাইবীনা য়ুমজাও লাইবেম্বী লাইচৎসু থৌগল তৌগনি। শঙলেন অমাইবীদি হায়বিবা লাইচৎশিং অসিসু অমদি পাখংবা লাইচৎ অমদি মীদগী ওনবা উমংলাইগী লাইচৎশিংসু থৌগল তৌবা য়াই। অমাইবীশিংসু লাইচৎকী মতুংইন্না হৈথা-লৈথা, লাইশোন তিনশোন, লৈহুন্নচিংবা মমুৎ তানা খংবা মথৌ তাই। লাই অমা হবাওবদা অমাইবীগী থৌদাং অসুক্কী মতিক কুপ্পী লাই হবাওবা অমদা চংলিবা জগোয় খুথেকশিং অমদি লাইবোলশিং কোম্ননা খংদবা য়াদে। লাইবৌ অমা চোংবদা চংলিবা জগোয়শিং ৱাৎপা য়াদে। লাই হরাওবা অমদা অমাইবী অমনা তৌবিবা থৌবমশিংগী নুংগী ওইবা ৱাখললোনসু খংবা তাই। মকওইনা অমাইবী অমা ওইনা ফিজেৎ চাকচা, ৱাঙাং শঙাং, লমচৎ ব্যেবহাব নিংথিনা খংবা চংঙি।*

মমাংঙৈগী মতমদা লাই হবাওবা হৌগদবা নোংমা ৱাৎলিঙৈদা লাইগী *থৌপুবা হায়বদি শিংলোই, লাবোই অমসুং লৈবোই অহুম অসিনা অমাইবগীনা শিংলোইনা, পেনাগী লাবোইনা অমদি অমাইবীগীনা লৈবোইনা মাগী মাগী ময়ুমদা চৎলগা পোৎ-চৈ লৌবা চৎলম্মী। মসি লাই লোইববা মতুং অমুকসু ময়ুম ময়ুমদা থিল্লম্মী। মসিগী চৎনবী অসি হৌজিক্তা উখিদবে।*

লাই হরাওবদা খোংনবন্না পেনা অসি মতম অমদদি ফমশক নিংথিজনা হৈরবা অহল ওইববা ওঝাশিংনা খোংনরম্মী। মবমদি লাই হরাওবদা শিজিন্নরিবা পেনাগী মবোল, লাইবোল অমদি শৈশকশিং নিংথিজনা হৈতবা খংদবা য়াদে। লাই হরাওবা লোইবদা লাইবুংদা লাইগী থরায় কোনশিনলি। নোংঙাল্লগা মুক্রা শান্নবা লমজেল তান্নবা সূক লংবা পৌ চিংনবা অসিনচিংবা মশান্নশিং শান্নে। অসিগী মতুংদা "কৈনিং কুম্বা" হায়না খংনবা মীগী থরায় কোনবগী থৌরম অসি লাইগী শেলুংবগী ঘুম নত্রগা খুল অদুগী মফম চানা য়েংলগা মীকোন থাগোন্নবগী থৌবম অসি পাংথোক্লবম্মী। হুমনিশুবা নুমিৎতা লৈ খোন্রগা লাই লোইশিল্লি। লাই হরাওবদা পেনা খোংবা অসুক্কী মতিক মথৌ য়াম্মী লাই লৌখৎপদগী লাই লোইবা ফাওবা পেনা চংঙি। লাই হরাওবা অমদা পেনা লাংদেং, পোলেক, শেল অমদি তৌদ্রি শিজিন্নবম্মী। হৌজিক্কী মতমদা দোল মেলগী অহৌবা মখোলনা শিনখিবনা লাই হরাওবদা শিজিন্নবা শৈশক পেনাগী খুৎলোন অয়াম্বা মাংশিল্লকলি। অফবা খুন্নাই অমা শেম্বদা অফবা মচা দরকার ওই। অফবা মচা পুথোকপদা অফবা মমা মপা চংঙি। খুন্নাই অসিগী মশক ওইরিবা লাই হরাওববু ফজনা থম্বদা পা-পী অনিগী মশক ওইরিবা পেনাবু মমুৎ তানা খংমিন্নবা চংঙি।

লাই অমা হরাওবদা চংঙিবা মথৌশিং ঃ লাই ইকৌবদা অমাইবনা ঈশিংদা কোনয়াই থাই খযোম লাকই অমসুং হৈশোই হৈপান ভমদুনা লৈবাই য়ু খাংই। অমাইবীনা মাইকৈ মবিদা হৈকৎ লৈকৎ তম্মী অমসুং ইহায়ফু পায়রগা মাইকৈ মবিদা ওন্দুনা চুকফা জগোয় শাই। মসি নোংথাং লৈমানা লৈশেম্বদা শাবা জগোয়গী মশক্কী মসিদা পেনা খোংঙি অমদি মরোলদি লাইথিং থিংনা মবোল খোংগনি। মসি তাইবং ওইবকপগী মওংনি। মতুংদা অমাইবীনা হিবিলং তিংদুনা লৈয়োম পায়বগা শবিক খিংদুনা ঈশিংদা শোক্তুনা লৈপাউ চেল্লি। পেনাসু খোংঙি মতুংদা ইশাই চফুদা ঈশিং শোক্তুনা কাখৎলকই, মসিদা পেনা লম্মিন মরোল খোংই। মসি তাইবং জিব অমনা মশাগী পীবুকনুংদা নাওপুববু খংনৈ। লম্বীদা থেংখাং জগোয় অহমলক শাই। পেনা খোংগনি। লাইগী মমাংদা খাম্বী মৈ ওকই, ফৌদাং কালি অমদি খোংগং ঙামুসু কলি, মতুংদা ইশাইফুগী লৈয়োমবু লৌথোক্তুনা ঈশাইফু মনুংদা হাপলগা অমাইবনা হি কাবগী লাইবোল শকই পেনা খোংই। মসিনা তাইবং জিব অদুনা মমাগী সিয়োম নুংদগী তাইবং ফাওবে তাকপনি। মতুংদা ফমদেংলিবা লাইগী থরায় হাপলে। লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনিগী মশক্লা পা-পী অনি ওইরে। অসুম্না লাই হরাওবিবা লাইগী থৌবমসি তৌবিবা অসি করিগী তৌরিবনো কবি তৌগনি হায়বা কুপ্পা খংবা

মথৌ তাই। মসিগী মতুংদা অমাইবনা অনম অথৌ কোকই পেনানা ফম্মাং থৌগল চংদুনা লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনিবু শুম্মী।

নোংঙাল্লগা লাই য়াকৈবা হায়বা থৌরম অসি পেনা শকপনা তৌগনি। মসিদসু পেনা শকপন তৌগদবা মচৎশিং য়াম্না লৈ। পেনা শকপনা লফুৎ হায়না খংনবা চকগী ফিদা ফমগনি। পেনাগী ঈশৈ মতাং মতুংইন্না অমাইবীনা শরিক খিংদুনা লাইনিংথৌ লাইরেম্বী হৌদোকই। অমাইবীনা লাইগী লৈহুন তমদুনা হৈ-লৈ কৎলি। অমাইবনা লাইতিন হায়না খংনবা নুমিৎতা অনম অথৌ কোকই। লৈপাউ অমাইবীনা চেল্লি। অমাইবনা শরোই খাংবগী থৌবম্নচিংবা কয়া পাংথোকই। অমাইবী, পেনা খোংবা ময়ামগা জগোয় ওকপা হায়না খংনবা থৌরম অসি অমুক পাংথোকই। মসিনা তাইবংদা পা-পী অনিগী চৎনবী থৌগল্লোন পুন্সি মহিং তাকই।

নুংথিলগী মতমদা লৈবোই হুনজবনা লৈ লাংই। অমাইবনা হোয় লাওই, মাইবনা হোয় লাওবা লাইবোল অসি কাইহৈদে মরোলশিংগী অর্থ নিংথিনা খংবা চংঙি মসিদা তাইবংদা কবি লৈত্রিঙৈদা করম্না শেম্বগে তাকই।

মথংদা লাইগী থৌগল্লোয়শিং লাইগী পোৎলমশিং হাপ্লগা অমাইবীনা লাইবৌ পুথোক্লুনা লাইচিং জগোয শাই পেনা খোংই। পেনাগী খুৎলোন মাপল লৈ। খুৎলোনশিং কায়বা য়াদে। অমাইবীনা লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনিবু য়েৎ ওই কাইদনা মাইকৈ মরিদা চৎতুনা খুকম্মী। পেনা খোংই মবোলদি লেম্মীন মবোল খোংগনি। অমাইবীনা লাইমাংদা লেপকনি থৌগম্না মতুং ইন্নগনি। পেনা শকপনা লাইপৌলাগী মতুংদা অহুমলক কাবা অহুমলক হুম্বা য়াবা মওংদা লেপ্লগা হোয়বৌ হয়া লাওগনি। মসিদা অহুমলক কাবা অহুম্রক হুম্বা হায়বসে খুনজাও লৈচাওবগী মশক্লি। মসিদা লাই হবাওবগী শৈহৌনি। মসিদা য়াওবিবা লাইগী থৌগল পুম্নমকসু অমত্তা মপান থোকপা অমদি কনাগুম্বনা চংঙকপা য়াদে। শৈহৌদা কায়ফদে। মসিগী লাইবোল অসিনা তাকপদি তাইবং জিব অমবু শেম্বদগী তাইবং ফাওবা, তাইবংফাওবদগী লৈননবা য়ুম কবম্না শাগনি হায়বগী ব্রাখল্লোন নিংথিনা তাকলি। অমাইবীনা য়ুম কৎলবা মতুংদগী লাইবৌ লাদা খুবকলৈ থমগনি। মসিদা লাই হবাওবগী শৈহৌ লোযবে। মসিগী মতুংদা পেনা খোংবনা পাম্লোইবী খুৎলোন খোংদুনা ঈশৈ শক্কনি। অমাইবীনা জগোয শাই মসিদগী পা-পী অনিনা পুম্না থবক ইনখাং শুবীনা শেৎনবা চানবা মহৈ-মবোং থানা নুংঙাই য়াইফনা পানববু তাকই। মথংদা মাইকৈ মরিদা তিনমু লাইমু তানথোক্লুনা অফবা নুঙাইবা পুশিনদুনা থব্রায় কোল্লি। মসিদা পেনা খোংবনা অয়াংলৈমা শকই অমসুং অমাইবীনা লোং খোনবগী

জগোয় শাই। মসিগী মতুংদা অমাইবীনা পাৎতোন জগোই শাগনি পেনা খোংবসু পেনা খোংই। মতুংদা অমাইবীনা ফিবুন জগোয় হায়না খংনবা লাই শান্নবা থৌরম অসি পাংথোকই। মসি পা-পী অনিগী কুমহৈনি। মসিদা পেনা খোংই ঈশৈশু শকই। শৈশক্তি নোংথাংলৈমা শৈশকনি। লাই শান্নবা লোয়রগা লাই কারগনি।

মসিগী মতুংদা লাই শান্নবগী মওংদা ফিগী মখাদা অমাইবনা লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনিবু লাইরেম্বী থৌগলনা মাং থাদুনা য়ুমজাও পাফল হায়বা লাইগী থৌরম পাংথোকই। মসিগী মতুংদা মাইকৈ মরিদা ওল্লগা খুনজাও লৈচাউববু নিগনি অমদি ব্রাকোল লাওগনি। মমাংঙৈগী মতমদদি অমাইবনা ব্রাকোল লাওবা লোয়ড্রিঙৈদা লাইবুং অদুদা তিল্লিবা মীয়াম পুম্নমক ময়ুমদা হল্লে। মরমদি অমাইবা অমাইবীগী মতুংদা চৎলবদি তিনমু লাইমু থেংনৈ হায়বগী থাজনবী লৈরম্মী। মরম অসিনা লাইগী থৌগল তৌনিংবা শিংনা নুংথিলগী মতম লাইবৌগী মমাংদা তৌনরম্মী। হৌজিক্কী মতমদা মসি পুম্নমক ওনখরে। লাইবৌ য়েংনদে লাইবৌ লোইরগা মচা মগুগী জগোয় য়েংবদা লাইবুং চন্নদে। নোংঙানবা ফাওবা জগোয় শাবা লাইবুংসু য়াওবি। মসিনা লাই হরাওবা ওইনরে। অদুনা অশেংবা লাই হবাওবা অমা পুথোকপদা খুল অদুগী মীয়ামসু পুন্না ভাব তামিন্নবা মথৌ তাই। ব্রাকোল লাওবা লোয়বগা পেনা খোংবনা লাই শুন্মী।

লাইবোইগী থৌবমদা নুভিগী চৎথবা থৌরমদগী লোং খোনবা লোয়রগা হোইবৌ হনজিনবা হায়না খংনবা থৌবম থব্রায় মী কোনবা অসি পাংথোকই। লাইবোইগী থৌবম তাংখুল নুবাবী মমাংদা মাইকৈ মরিদা মৈ থাদুনা তিনমু লাইমু তানথোকই অমসুং তাংখুল নুবাবীগী থৌরম পাংথোকই।

লাইবোইগী থৌবমদা অমাইবগী মথৌ য়াম্না য়াম্মী। লাইনিংথৌ লাইবেম্বী পানা খাইদোক্তুনা তেক্ত কায়দনা পা-পী অনিবু খল্লগা শবিক পুন্দুনা থৌবি পরেং শমদুনা জুরা জুরা য়েংলগা হুইথি য়েনথি য়েপ্তুনা ঔগ্রী লাইবোল, পাউশা শক্তনি। মসিদা য়াওরিবা খুদিংমক খোং খুৎ লেংবা য়াদে। অমাইবগী লাইবোলসু কায়বা য়াদে। মসিগী মতুংদা খেনচো লাইবোল শাই অমসুং লোল লাই হাপ্লগা উয়ানলোন শকই। মসিগী মতুংদা অমাইবনা হিজিং হিবাও লাইবোল শকই। মসিদা পেনা খোংই। মতুংদা লাই নোংগাই, লাই নোংগাবদা অমাইবী অমাইবা অমদি পেনা শুনা য়াওই। অমদি অমবোমদা শবোই খাংদোকই। অসুম্না লাইগী থৌপুবা অমাইবা অমাইবী অমসুং পেনা খোংবশিংনা মাগী মাগী থৌদাং অমসুং মচৎশিং অসি নিংথিনা খংবা মথৌ তাই। মসিগী মকওইবা মবমদি লৈপাক্কী লোইশং অমাইবা, অমাইবী অমসুং পেনাগী লৈবীবা লোয়শংদা কাদুনা কুপ্না তম্বা মথৌ তাই। অদুগা মফম লোয়শঙসু নিংথিজনা লৈবা তঙাই ফদে।

# লাই হরাওবগী মশক, মচৎ অমসুং মাইওন লেপ্লদা সনাকোনুংগী মথৌ মঙম অমসুং মশিল

ডা: পি খুমনখোম্বা

“লাই” ঐখোয়না লাই হবাওবগী মশক, মচৎ, মশিল নৈনদ্রিঙৈগী মমাং ওইনা লাই হবাওবদা য়াওবীবা লাই হায়বসি কবিনো হায়না হাম্না য়াম্না মমুৎ তানা কুপ্না খন্ন নৈনবা চংঙী। অদুবু ইজবিবা, নৈনজবিবা ব্রারেং অসিদা য়াম্না ময়েক শেংনা মচা খায়না উৎপা ঙম্বগী থাজবদুমদি খবা ব্রানা থোকই হায়না থমজগে। অদুমকসু য়াম্না তাশিন খোমজীঞ্জদুনা লাম্বা ফংবা খবদংদি থমজবি। মসিনা লৈপাক্কী অখঙ অহৈনা মীয়ামদা নৈনবকপদা মতেং খবদং ওইগদ্রা খন্না হোৎনজবসিদা খজিক্তং লৌখৎপা যাবা য়াওবগদি হোৎনজমনগী মহৈ যাল্লে হায়না লৌজগনি। তশেংনমক হায়ববদা লাই লৈ নত্রগা লৈতে হায়বা ব্রাফম অসিমক্তী মালেম ইমাগী ফম্পাক্তা মীওইবনা য়ুমলিং খুল্লিংদুনা সিভিলাইজেসনগী মমী তমলকঙৈদগী হৌনা অদুম্মক য়েৎনদুনা লৈবক্লবা নৈনবগী লোইবা নাইববোইদবা ব্রাফমনি। মতাংসিদা খবগা হেন্না হকচিন্না নৈননিংঙাই ওইবক্লিবা ব্রাফমদি কবিনো হায়বদা লাই লৈ নত্রগা লৈতে হায়বা নৈন-নৈননা য়েৎন-য়েৎননা লাইনিং লম্বী কয়া ঙসি ফাওবদা অবেপ্পা লৈতনা শন্দোবক্লিবা অসিনি। ঙসিসু সনা লৈপাক কংলৈ লৈময়োনসিদা মপান লমদগী তোঙান-তোঙানবা লাইনিং লম্বী অবেপ্পা লৈতনা থোমজিল্লক্লীবসিনি। হৌজিকসু লেপ্পা লৈত্রি। হেন্না হেন্না কনশিল্লক্লি : খবদং পঞ্জববদা (১) বহাই (২) জৈনিজম (৩) সাই বাবা (৪) খৃষ্টানিটি (৫) ইস্লোন (৬) ইস্রামিজম (৭) বুধীজম (৮) সিক ইজম (৯) হিন্দুইজম (গৌবিয়া সম্প্রায়দায়) (১০) বমান্দি ধর্ম্ম অসিনচিংবা।

হাম্না ঐখোয়গী লাই হাক্তক্তগী লৈরক্লবা লাইনিংনা (১) সনামহী লাইনিংনি। মসিগী মনুংদা পৌবপ্পা ঃ (১) পাখঙবা লাইনিং (২) অপোকপা লাইনিং হায়না খায়দোক্তুনা চৎলি। লূবিবদি লাই হবাওবদা (১) সনামহি লাইনিং (২) হিন্দু লাইনিং অনিমক খুল লৈকায় অমদা পুন্না লৈমিন্নবদুগী ইন্টিগ্রীটিদুদা

করিমতা অকায়বা পীদবা মওংদা আইদেন্টিটি অমসুং কলচরেল হেরিটেজপু প্রিজার্ব অমসুং উমঙ লাই হরাওবদা ধর্ম্ম অমসুং লাইনিংদা য়ুম্ফম ওইরগা করিগুম্বা পামদবা থৌদোক অমত্তা থোক্তবসিনি থাগৎনিংঙাই ওইরিবসি। কংলে খুন্নাইনা ফিভমসিগীতা য়েংলুরগদি থোইদোক হেন্দোক্লা চাওথোকচনিংঙাইনি।

লাই হরাওবগী মশক অমসুং মচৎ ঃ লাই হরাওবা হায়বসি চীংঙু লাইগী থাক্তা চীংখৎতুনা খুন্না, লৈকাইনা অমসুং শাগেনা লাৎলিবা লাইদু হরাওবনি।

চীংঙু লাই হরাওবা হায়বা থৌরম অসি তেঙবানবগী মপু শলাইলেল শিদবা, শিদবীবু লাইনিংথৌ লাইবেম্বী হায়না শীংথাদুনা শৈথাদুনা ফম্বাল লাংহন্দুনা হবাওবনি। অমম্বা অঙানবা অনীনা লাঙোন শাইওন তৌদুনা তাইবং কুম্মৈ শান্নদুনা খোইয়ুম লাইশিংনা তবং নোংমদোন্দা শোবাবেনগী লৈবাক্তা হরাওবগী তাইবংনা তমদুনা মালেমগী ফমপাক্তা মালেম থোঙ্গুমদুনা হরাওবনি। মসিবু লাই হবাওবা হায়না খঙনরম্মী।

লাই হরাওবদা লাইনা লৈশেম নুংশেম, য়ুম্বাল্লোন, খুন্নাইলোনগী মীহুলনা লৈহৌ নোংহৌবক্কুনা অহানবা তাইবং খোঙদাববু নীংশিংনা লাই ইকৌএ। অসিদগী লাই হবাওবা হৌই। লাই হবাওবদা শকক য়াবদা চহি খায়দে, নুপী নুপা খায়দে, খুন্দুদা, লৈকাইদুদা লৈবা খুদিংমক শরুক য়াবা য়াই। মদুদা ধর্ম্মগী খেৎনবা অমাং অশোয় লৈতে। ঙম্নমক পীশক পীক্লিবা অঙাংদগীনা চৈন্ত হেক পাইদ্রিবা মীপুম খুদিংমক লাই হবাওবদা শকক যাই। য়াম্না ঙক্লীবদি লাই হবাওবদা য়াওবিবা নুপা নুপী খুদিংমক জগোই শাবা হৈ, ঈশৈ শকপা হৈ লোয়ননা তানগী তানমীৎ খঙই। থোইদোক হেন্দোক্লা ফজবিবদি মৌগী পবেং অমা লৈশাবীশিংগী পবেং অমা লৈশাবী মৌ খঙনা ট্রেদিসনেলগী ওইবা ফিজেৎ অদু ফজনা শেৎলী। মসি নুপা অহল অমসুং পাখঙশিংগী ওইনসু পারী পুবিগী হাক্তক্তগী চৎনবকপা নাৎকী ওইবা ফীজেৎতু ফজনা শেৎলি। মসিদা লাইব ঈনাক খুনবা য়াদে। লোয়ননা নেসনেল হেবিটেজ অমসুং নেসনেল আইদেন্টিটি গী ওইবা ফজববা মশক মওং তাবা নেসনেলিজম স্পিরিট কী ফজববা মচৎ অমা য়াওবিবসি য়েংলুবদা লাই হবাওবগা মণিপুরগী খুন্নাইগা অনীগী মবক্তা থাদোক্লবা য়াদ্রবা অচেৎবা মবী অমা লৈবি হায়বসি ঐখোয় খুদিংমক্লা কৈদৌনুংদা কাওফম থোক্তে হায়না থমজগে।

লাই হবাওবদা অয়ুক, নুংথিল, নুমিদাং হায়বা খায়দে। মঙাং লুরাং খুমনগী মতম অহমগী য়াওন্দা লৈশেমলোন, খুন্নাইলোন, মীপোকলোন অমসুং য়ুম্বাল্লোনগী ঈচেল্লদা ঈক-ঈশেং ওইনা চেম্বদুনা লাই হবাওবগী কুম্মৈ অসি পাঙথোকই। অদুনা

মসিদা হ্যমেন সাইকোলোজি, বাইওলোজি, কলচরেল এন্দ ফিজিকেল এনথ্রোপোলোজি, সোসিএল অমসুং লাইফ সাইন্সকী চেন্টর অমা ফজনা য়াওরি। মসিগী লৌশিংগী মঙাল অসি লাই হরাওবদা শরুক য়ারিবা খুদিংমক্তা নুংশিরবা ফোল্ক ম্যুজিক অমসুং দান্সকা লোয়ননা শকক য়াহল্লি। হৌজিক্কী মতমদা, অঙাংশিংদা মহৈ তম্বদা প্রি নবসরি কোর্স তম্বীবদা নুংশিববা ঈশৈগী তাম্বাদা তম্বীরি অদুদগী লাই হরাওবদা লৈরিবা থাক অসিনা হেন্না ব্রাংঙী হায়না লৌজনিংই। খ্বাইদগী ঙক্লিবদি অহিংদগী নোংঙালফাওবা পাঙথোকপসিদা নত্তবা পামদবা থৌদোক অমত্তা থোকখিদ্রি। নুপী অঙাংদা ইজ্জৎ মাংবগী পাউ অমত্তসু তাখিদ্রি। মতৌ অসুম্না অসুক্কী মতিক ফজপ্রবা ব্রাংপ্রবা খুম্নাইসিগী থব্রায় হকচাংসু ওইরিবা লাই হরাওবদা মতুংদসু কৈদৌনুংদা নত্তবা থৌদোক থোক্তনবা ইপা ইপুগী মতৌ তমদুনা হোৎনফম থোকই। মতাং অসিদা থমজনিংবা ব্রাফমদি কনা কনাগুম্বা খোর্জৈ পাইবা অইবশিংনা লাই হরাওবা ফেষ্টিভেলবু লাম্না উখিনবা অতোপ্পা লৈবাক্কী মীশিংনা লাম্না উখিনবা মওংদা খুৎ থাবা য়াওদবা নত্তে। মসি তৌবিগনু, ঙসিগী মীবোলসিদা জেনেবেসন গেপ লৈবদগী লাই হবাওবগী থৌরম তৌবদা অশোয় অঙাম য়াওপ্রবসু মদুদা লৈবাক খঙনা কল্লক পেম্না অশোয়বদু পুথোক্তুনা খোঙ্গোয়নবগী মহুত্তা শিল্লিবা কাংবুদুগা চুমথোকমীন্নবনা হেন্না লৈবাক মচা তাগনি খল্লি। মরমদি লাই হবাওবদা অশোয়বা য়াওপ্রগা লাই হরাওবদা শকক য়ারিবা অদুখক্কী অশোয়বা ওইনা উবীবোই। মদুনা লাইওইপ্রবা ইপা ইপুশিংদা ওন্ন-তৈননা উখিবা য়াবগী লম্বী চাওনা লৈ। মবম অসিনা নৌনা অনৌবা মায়োন অমগা লোয়ননা খুম্নাই অসিগী মশক উংননবা হোৎনবদা ঐখোয় খুদিংমক অমত্তা ওইনা তাথোক তাশিন তৌবগী তঙাইফদবা লৈ।

লাই হবাওবদা সনা কোনুংগী মথৌ অমসুং মঙম ঃ

(১) লাই হরাওবা খুদিংদা শেন্নিবা, লাইগী থৌগল তৌবা লাই কম্মিটিশিং অসি কো-ওপরেটিভ বেজিষ্টাবদা বেজিষ্টাব তৌবিবশিং, তৌদ্রিবশিং অমসুং তৌবরোইদবশিং পুম্নমক সনা কোনুংনা নৌনা শকখঙচে পীবা চঙই।

(২) লাইফম খুদিংদা সনা কোনুংনা হঞ্জবা, হিদং অমসুং লাই শেলুংবা হাপকদবনি। অদুগা লোয়ননা চহি চহিগী ওইনা লাই হবাওবা মতম লোইবকপদা সনা কোনুংদা লৈবিবা অমাইবা, অমাইবী, অখং-অহৈ, মায়চৌ-মায়নৌ, পাথীবশিং খুৎপায় নৈনবশিং তান্নদুনা লাই হবাওবগী অফবা নুমিৎ থবান অমসুং লাই হবাওবগী লাইবোইগী নুমিৎ লাই কম্মিটিনা লৌগদবনি।

(৩) লাইফম খুদিংদা লাই কম্মিটিগী মরক্তা খৎন-চৈনবা থোক্লকপা, ফম

মুন্নরকপা, লাইগী থৌবম তৌবদা মশক মচু থোক্লা পাঙথোকপদা অকায়বা লাকপনচিংবা খুদিংমক সনা কোনুংনা থৌদাং লৌবিদুনা মীয়ামগা অমত্তা ওইনা চৎমীন্নদুনা সনা কোনুং অমসুং মীয়ামগী মবক্তা শীংচেপ য়ৈশিন্দুনা তোঙান তোঙান্না খায়দোক্লবা চঙলক্লিবা পোলিটিকেল অমসুং নন-পোলিটিকেল ওইবা ইথিল খুদিংমক মীয়াম অমসুং সনা কোনুং পুন্না অমত্তা ওইনা লেপমিন্নদুনা হৈশিংনা ঙাক শেনমিন্নবা মথৌ তাই।

লাই হবাওবগী প্রোসিদিং/বিচুএল/ফোর্মেলিটি অসিনচিংবা ঃ

(১) অমাইবা অমাইবীনা হান্না লাই তাইনগনি, লাইগী ফীরোল হোংগনি। ফম্বাল শেমজীনগনি, হৈবা দূক থাওমৈ থৌবাং তৌগনি।

(২) লাই ইকৌগনি। (৩) লাই পুগনি। (৪) লাই লেঙশিনগনি (৫) অমাইবনা শৈশিল লাঙগনি। (৬) পেনানা তেঙথারোল শক্লনি। (৭) মাইবীগী লাইবাও তাগনি (৮) লাই নাওবোক নাওকোন্দুনা জগোয় থৌগল তৌগনি (চালি শাবা) (৯) লাই নুপী থিবা, লাই য়ুম্বাল য়ুন্নিংবগী থৌরম তৌগনি (১০) লাই চাদা নৌদাগনি, তাইবং কুম্মে শান্নগনি। (১১) লাই নোঙাগনি অমসুং লাই লোইশিনগনি।

লাই হরাওবদা লোল মখল মরি শিজিন্নৈ মদুদি ঃ (১) লাইরোল, তেংথারোল (২) খুনুলোল (৩) খুন্নাইলোল অমসুং (৪) থৌগন্নোন

লাই হরাওবা মখল ঃ (১) কংলৈ হরাওবা (২) মোইরাং হরাওবা (৩) ককচিং হরাওবা (৪) চকপা হরাওবা।

উমঙ লাই মখলশিং ঃ (১) মায়কৈ ঙাকপা অমসুং কুমদম্বা লাইবু উমঙ লাই ওইনা লাৎপা। (ক) কৌব্রু (খ) মার্জিং (গ) থাংজিং (ঘ) বাংব্রেন (ঙ) লোয়ালাকপা (চ) কৌনু

(২) লাইনিংথৌ সনামহিনা কোরৌ মালেম অঙানবা ওইনা তরং নোংমদোনথক্তা ঙাম্লোইদুনা মালেম তাইবং তুনা তাইবং কুম্মে শান্নদুনা উমঙ লাই খুভম ৩৬৫ শুনা ইপা ইপুশিংনা ইরাৎলম্মী। অসিগুম্বা উমঙলাইগী কাংলুপ অসিনা লাইনিংথৌ সনামহিগী লাংলোন ওইনা লৌনৈ। লাইনিংথৌ সনামহিবু উমঙ লাই ওইনা লাৎলিবশিংগী মনুংদা খরদং লৌখৎচরবদা : (ক) হাজোইদা লাৎলিবা - লাইনিংথৌ সনামহি (খ) অহানবা এম.আর., হরিংখোংবান্দা লাৎলিবা - লাইনিংথৌ সনামহি (গ) সুগনুগী তাংজেংখুঙ্গাওদা লাৎলিবা - লোকমিংথৌ সনামহি (ঘ) মোইবাংদা লাৎলিবা - লাইনিংথৌ সনামহি (ঙ) লাংমৈদোং নুংভুদা লাৎলিবা - লাইনিংথৌ সনামহি (চ) খুরাইদা লাৎলিবা - লাইনিংথৌ পুথিবা, লাইনিংথৌ

অৱাংবা, লাইনিংথৌ অহনবা।

(৩) পাখঙবগী লাংলোনবু উমঙ লাই ওইনা লাৎপা : পাখঙববু উমঙ লাই ওইনা লাৎপা খবদং লৌখৎচববদা ঃ (ক) সনা কোনুংদা লাৎলিবা - নোংদা লাইরেন পাখঙবা (খ) কোংবা লৈথোংফাৎফমদা লাৎলিবা - পুরেরোম্বা পাখঙবা (গ) মোইরাংদা লাৎলিবা - কেগে ঙাঙোই পাখঙবা (ঘ) য়াইস্কুল চীংখাখমদা লাৎলিবা - ইবুধৌ পাখঙবা (ঙ) য়াইস্কুল জন্মাস্তান্দা লাৎলিবা - ইবুধৌ পাখঙবা (চ) নাগামপালদা লাৎলিবা - ইবুধৌ পাখঙবা

(৪) নিংথৌবু লাই ওইনা লাৎপা - খুদম ওইনা মৈদিংঙু খাগেম্বা, খাগেম্বা, নোংদা লাইবেন পাখঙবা, খুমন নীংথৌ পুন্সিবা, লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবা।

(৫) লৈমবেনবু লাই ওইনা লাৎপা - লাইস্না, য়ুমজাও লাইরেম্বী।

(৬) শাগৈগী লাইবু উমঙ লাই ওইনা লাৎপা- কোম্থৌজম লাইবেম্বী, খোবী ফাবা।

(৭) নিংথৌগী মচানুপীবু উমঙলাইবু ওইনা লাৎপা - হিয়াংথাং লাইবেম্বী।

**Designated V.V.I.P. :**

(১) অঙোম নিংথৌ (২) মথং খনবা (৩) পুখ্রম্বা (৪) নোংথোম্বা (৫) য়াইস্কুল লাকপা (৬) খ্বাই লাকপা (৭) খুবাই লাকপা (৮) ৱাংখৈ লাকপা (৯) লালোই তানবা অমসুং (১০) মাইচৌ পুবেল

**Traditional Institution :**

(১) মাইচৌ লোইশঙ (২) পেনা লোইশঙ (৩) তানযৈ শঙ (৪) অমাই লোইশঙ (৫) মাইবী লোইশঙ (৬) পাটচ লোইশঙ (৭) পনচায়ট (৮) পলা লোইশঙ (৯) চৈবাক কুচু (১০) উত্রা শঙলেন (১১) ডববাব অসিনচিংবা।

মণিপুবগী নিংথৌগী কষ্টমবি, বাইট, ওথোবিটিগী মতাংদা ঈবৈবাকশিংদা লিশাংশিৎনা লৈবক্লবা কলচব হেবিটেজ অমসুং ইনষ্টিট্যুসনশিংনা মবি লৈনবা মৰ্জব এগ্রীমেন্ট, ১৯৪৯ গী সেপ্টেম্বব তাং ২১ দা এক্সক্লুসিবলি বিজার্ব তৌদুনা থম্বীবম্মী। মণিপুবগী লৈঙাক সাসন অমসুং ৱাযেল থৌদাংগী মতাংদা ইন্দিয়া গোভর্ণমেন্টনা খুর্জি সুপ্লাই পাইপ্রবসু নিং খা তম্বা কলব অমদা তৌফম থোকপা ইকাই খুম্নবা অদু চপ চানা উৎপগা লোযননা কোনুং অমসুং কংলাদা নিংতম্না পাইবিবা মণিপুব জাতিগী নিংতম্বগী পাখঙবগী পাফল যেকপা ফীবাল অদু নিংতম্না পাইদুনা লৈহনগনি। মদুদা ইন্দিযা গোভর্ণমেন্টনা কবিগুম্বা মীৎয়েং অমত্তা থমলোই লোয়ননা মণিপুববু ইন্দিয়াদা তিনপ্লে নত্রগা তিনদ্রি হায়না খল্লগা লৈফম থোকপা নিংথৌগী কষ্টমবি

ইনষ্টিট্যুসনশিংগী রাইট, ওথোবিটি অমসুং ওবজার্বেসনশিংদু চপ চানা হিংদুনা লৈহনগনি। অদুবু ১৯৪৮ দা ইলেক্সন তৌখিবা মণিপুর নেসনেল এসেমব্লিদি মুৎথৎলগনি হায়বসি শেংনা তাকলি। মসিগা মরী লৈননা ইন্দিয়া গোভর্ণমেন্টনা ওক্টোবর তাং ১৫, ১৯৪৯ দা থোকখিবা নোটিফিকেসন অদু মখাদা পীজবি।

## No. 219.p.
## Government of India, Ministry of State
## Dated, New Delhi, the 15th October, 1949

# NOTIFICATION

Whereas the Central Government has full and exclusive authority Jurisdiction and powers for and in relation to, the governance of the State of Manipur

Now therefore, in exercise of the powers conferred by Section 3 and 4 of the Extra-provisional Jurisdiction Act, 1947 (XIVII of 1947) and of all other powers enabling it in this behalf, the Central Government is pleased to make the following orders

1 Short title, extent and commencement

- i The order may be called the Manipur (Administrator) Order , 1949
- ii It extend to the whole of Manipur
- iii It shall come into force on the 15th of October, 1949

2 Definition In the order **"MANIPUR"** means the whole of the area, which immediately before the commencement of this order is comprised within the state of Manipur

3 **Appointment of a Chief Commissioner :** There shall be a Chief Commissioner appointed by the Central Government as the Head of the Administrator of Manipur

4 **Appointment of Functionaries .** (i) Subject Subject to the control of the Central Government, the Chief Commissioner may appoint such Judges, Magistrate and other officers as may be necessary for the administrator of Manipur and may be general or special order, determine their jurisdiction, powers duties, and (2) Without prejudice to the provisions of sub-paragraph (i) all judges, Magistrates and other officers who immediately before the commencement of the order, were exercising lawful functions in Manipur or any part thereof, shall, until other provisions is made by the Chief Commissioner, continue to exercise their respective function in the same manner and to the same extent as they were doing before the commencement of this order

5 **Existing laws to continue :** All laws in force in Manipur or any part thereof immediately before the commencement of this order shall continue in force until repealed or amended by a competent Legislature or authority Provided that all powers exercised under the said laws by His Highness, the Maharajah or the government of the state shall be exercises by the Chief Commissioner

6 **Continuance of Existing Taxes** All taxes, duties, assets or fees which immediately before the commencement of the order, were being lawfully denied in Manipur or any part thereof, shall continue to be levied and applied to the same purpose, until other provision is made by a competent legislature or authority

7 As from 15th October, 1949, the Ministry in Manipur state shall cease to function and the legislature of the state stand dissolved

**(M K. Vellodi)**
Secretary to
the Government of India

Copy / dated 3/12/1977

মথক্তা পীজখিবা NOTIFICATION Dated 15th October, 1949 অসিগী মতুংইন্না মণিপুবগী নিংথৌগী মখুৎতগী ঈবৈবাক অসিগী ওইবা লৈঙাম সাশন পুম্নমক ভাবত সবকাবগী মখুৎতা চৎখি। অদুমকপু মণিপুবনা ভাবততা তীন্দ্রিবৈঙে, হাযবিবা মথক্তা পীজখিবা NOTIFICATION অসি থোক্কুনা খুদক্তা চৎনবা হৌদ্রিবৈঙেগী হেক মমাঙ ফাওবদা লৈবম্বা মণিপুবগী মহাবাজগী Right অমদি Responsibility অদু NOTIFICATION অসি থোক্কুনা চৎনবা হৌব্রবা মতুংদসু চপ মান্নবা Status তা লৈগনি। মদুগী Chart মখাদা পীজবি :-

**PRE-MERGER**

**Ruler (King of Manipur) / Maharaj**




**POST-MERGER**

**Chief Commissioner**
**as**
**Guardian**
**Ruler (King of Manipur) / Maharaj**



# লাই হরাওববু নৌনা য়োকখৎতুনা
# কংলৈ খুন্নাইবু অচুম্বা মাইকৈদা চাওখৎনবা মীৎয়েং

ডাঃ রাজেন তোইজাম্বা
চৈচৎ ২০-১১-২০০৭

পৃথিবী অসিদা মীওইবা খুন্নাই খুদিংমক্কী মপা মপুগী হৌবকফম লৈ। মপা মপুগী হৌবকফম অদুগী ব্রাবী শীংবুন, লাইনিং লাইশোন, কুম্মৈ ফিয়োং কয়া অদুনা য়োমশিন-তাশিন্দুনা খুন্নাই কাঙলুপ অমবু চহী চা কয়া কয়াদা মীরোল মীবোল নাইনা পুথরকই। অসিগুম্বা খুন্নাই কাঙলুপ অদুবু হিংহন্দুনা, পুন্দুনা পুথবক্লিবা পাবী *পুবীগী নাৎকী লনশিং (কলচরেল হেবিটেজ)* অদুবু য়োকখত্তুনা মথং মথং মীরোল মীবোলদা পাগী পাবম, পুগী পুবম খঙনা হিংজবকপা ঙম্বা মখোয় অদুনি ঙসিগী মালেমগী লৈমায়দা লেপ্পুনা লৈবিবা। মসিদা খুন্নাই অদুগী মীশিং য়াম্বা য়ামদবা পিকপা চাওবগী থোইদোক্লা লৈতে। পিকচববসু মপা মপুবু নুংশিবা মশক খঙবা মখোয় অদুতনা লন অসিবু চেৎনা কোন্দুনা হিংজৈ। ঐখোয় মীওইবগী হৌজিক ওইবক্লিবা শক্তম অসি মথং -মথং শাগৎলকপদা যাংলেন শক ওইবিবা লনশিং অসি নৌনা শকখঙনবা হোৎনবনা নীংতম্বগী লম্বী মাঙখ্রবা নত্রগা নৌনা ফংনবা শাগৎলকলিবা খুন্নাই অমদদি শিদ হিদাকনি।

মথক্কী ব্রাফম অসিদগী কংলৈপাক্কী হৌজিক্কী শক্তম অসি নৌনা হিঙ্গৎনবা নত্রগা হেন্না শোকচিনদনবা লম্বী থিবকপদা অচৌবা অওনবা ইনাৎকী শক্তম কনবা ঈহৌ (কলচবেল বিভোলুসন) অমা শোয়দনা চৎথগদবনি। অসিগুম্বা ইনাৎকী ওইবা অচুম্বা লম্বী থিবকপদা ঐখোয়গী হৌবকফম, ঐখোয়গী লাইনিং লীচৎকী মশক অদু পাবী পুবীবোমদা হঙ্গৎতুনা শোয়দনা য়েংলক্কনি। মাইকৈ অশোমদা হেক য়েংবা হৌবা তাবগদি কংলৈপাক অসিগী কংলৈচাশিংগীদি লাই হবাওবা হায়বা ইনাৎকী কুম্মৈ অসি নত্তনা অতৈ লৈতে। কংলৈপাক্তা লৈবিবা কংলৈচাশিংগীদি লাই হরাওবা হায়বা ইনাৎকী কুম্মৈ অসিদা পূম্নমক উবি। ঐখোযগী হৌরকফম, ঐখোয়গী শক্তম, ঐখোয়গী লাইনিং লীচৎ, চৎন-লোনচৎ ঐখোয়না কমদৌনা মালেম অসিদা

খোঙদারকপা, কমদৌনা তাইবং মরু হল্লক্কুনা ঙসি ফাওবদা চাদা নাউদা শমথরক্কুনা হিংলকপগে হায়বদু লাই হরাওবদা শুনা তিন্দুনা য়াওরি। মরম অসিনা ঙসিগী মীরোল ঐখোয়না নৌনা ইপা ইপুবু মশক খঙলে, ঐখোয়গী অশেংবা শক্তম অদু মালেমগী লৈমায়দা তাক্কে হায়রবদি ইনাৎকী কূম্মে অসিবু অচুম্বা মাইকৈদা নৌহৌননা চাওখৎপা মওংদা য়োকখৎপা চুমগনি।

লাই হরাওবা হায়বা কূম্মে অসিদা য়াওরিবসি কংলৈ চাদা নাউদা ঐখোয়না মালেম অসিদা তাইবং ওইনা পানলকঙৈদগী ঙসিফাওবগী পুন্সি শক্লোন পূম্নমক শুনা উৎলি। তাইবংপান অসিনা তবং মালং হায়বদি য়ুমলিং খুল্লিংবা ঙমদনা লৈরকঙৈদগী করম্না লৈশেম নোংশেমদুনা খুন্দা লৈতাদুনা লৈরকপগে হায়বদু কংলৈচাশিংতগী ওইবা ব্রাখল্লোন্দা অচেৎপা য়ুম্ফম অমদা শাগৎচবনি। মসিদা লৈশেম্বা, খুনশেম্বা লোইববা মতুংদা উ-ব্রা, নাপি শীংবী, চাবা য়াবা পোৎলম কয়া থাদুনা, য়ুম কৈ শাদুনা, ফিরোল শাদুনা মালেমগী খোঙচৎপু অঙ্গং অশাগী চাংগী মতুং ইন্না মশক লেপ্তুনা, নুমিৎ থাগী মঙালবু তাইবং থব্রায় য়াইবী অসিগী হিংহনবা ঙম্বা মহি ময়াই পীবা ঙম্বনি নীংজদুনা হিংজরকপা পূম্নমক নীংশিংহল্লি। মরম অদুনা লাই হবাওবগী থৌরম খুদিংদা কূম্মে ওইনা পবিং নাইনা পাঙথোক্লিবা অসিদা কংলৈচা খুন্নাই ঐখোয়গী পোকপা শিবা, লাইনিং লীচৎ, চাকচা য়ুথক কয়াগী মতৌবু অচেৎপা খোঙফমদা তাক্কক তাক্কক নাইনা উৎননবা লাক্করী। চুম্নতগী কূম্মেগী মশক ওইনা য়াওবা নত্তে। অকবা মীওইবা ওইনা পোক্লববা তাইবং ঐখোয়গী হিংবগী কাঙলোন খুদিং কূম্মেগী থৌবম ওইনা শেমদুনা পাঙথোকপনি। লোয়ননা তাইবংপান অসিবু শেম্বীবা মপু মাবু নীংশিংজবগী থৌবম কয়াদা ঐখোয়গী ব্রাখল্লোন, ব্রাহম্লোক, হৌবকফম, কয়াবুসু মরী-মখোঙ শেংনা লীদুনা, শক্কুনা, শোন্দুনা, তাক্কুনা চৎথবীবনি।

ঙসিগী লাই হরাওবগী মশকসি খরা ওল্লে। মসি য়াম্না চুমদবা মতৌ অমনি। চুমদবা মতৌদা অসুম চৎথববদি কংলৈচা ঐখোয়গী য়াম্না মাঙজরক্কনি। য়ুমলিং খুল্লিং ঙমলকলোই। ইশক ইচু খঙলকলোই। ঐখোয়গী লমগী লমখৈ লমখৈদা ঙাক শেনলিবা উমংলাইশিং অসি লমদম অসিদা অদুঙৈ লৈশেমঙৈদা মাগী মাগী তোঙান তোঙানবা শক্লোন লৌনদুনা লৈনখিবা ঙাক্তনি। কৌব্রু, থাংজিং, মার্জিং, ব্রাংব্রেন হায়বসিমক মাইকৈ ঙাকলিবা লাইশিংনি। অদুগা নোংপোক নিংথৌ, লাইনিংথৌ খোরিফাবা, লোয়ালাকপা, লাইনিংথৌ খমলাংবা, নোংশাবা, য়াঙ্গোইনিংথৌ অসিনচিংবা কয়া অমসু লৈরি। মসিগীসু মথক্তা লাইনিংথৌশিং

*অসিগা লোযনবম্বা লাইবেম্বী কযামসু লৈবি। খুদম ওইনা কোম্ম্রৌজম লাইবেম্বী, চংনিংলৈমা, নুংথেল্লৈমা, ঈরৈমা, পাম্ম্রোইবী অসিনচিংবনি। হায়বিবা লাইনিংথৌ* লাইবেম্বী ময়ামশিং অসিগা ঐখোযগী পুন্সি, য়েক, শলাই, শাগৈ অমদি ঈহৌবকফমগা অমত্তা ওইনা লৈবিবনি। অমবোমদা অমুক লাইনিংথৌ লাইবেম্বীশিং অসিনা ঐখোয়গী ঈবৈবাক অসিগী চীং পাৎ তুবেলশিংগা থাদোক্লবা যাদবা মবী লৈনরীবনি। য়েলহৌঙৈদা কংলৈচা ঐখোয়সি কদাইদা কমদৌনা খুন্দা লৈতাবম্মী ? ঐখোয়গী ঙসি লৈজবিবা চীং পাৎ তুবেলশিং অসিগা লাইনিংথৌ লাইবেম্মশিং অসিগা খায়দোক্লবা য়াব্রা? ইবুধৌ ইবেনথৌগী শক্লোন লৌরমলিবা লাইযামশিং অসিনা চীংমী তম্মী হায়না খায়বদ্রা? ঐখোযগী হৌবকফশিং অসি ঐখোযগী চীংশাং পবেংশিং অসিদনি। কৌব্রু চীংদা লাইয়াম্না তিন্নখি। নোংমাইজিং চীংদা লাইযাম্না লাই হবাওখি। লাইনিংথৌ খোবী ফাবনা থাংজিং চীংদা নোঙ্গুমলকখি। পাম্ম্রোইবীনা কংলৈ লমদমগী চীং পাৎ তুবেল কয়াদা চেন চোংদুনা লৈবম্মী। অব্রাংবা কৌব্রু, কোংবা তুবেল মক, খাদা খুগা তুবেল, মতা লোক অসিনচিংবদা পাম্ম্রোইবীনা চৎলম্মী। ব্রাংব্রেন্না খা মাইকৈদা চকপি তুবেলে, চবোং চীং, খাবা মেন, অনাল খুঞ্জাওনচিংবদা মহাক্কী তাল্লোই অনাল চনু শংনুগা পাল্লম্মী। নোংপোক নিংথৌনা তাম্বুল হুইতোক পাখং ওইনা লংমাই নুংবীগা লংমাই চীংদা পাম য়াল্লম্মী লৌ উবম্মী। লৈবন্নিবা পূম্নমকসি অমত্তা শেমজিনবা নত্তে। লুব্রাং শকুবী চীং, পাখং খুন হাযবসি কদাইদনো? কৌব্রু চীংশাংদগী মনিং মাইকৈদা শমথবক্লগা লাঙ্গোল চীং, লম্ফোল পাৎ, লুব্রাংঈ তুবেল যাওনা লাইমতোন চীংশাং ঙাপ্রম্ন চীংজিল হাযনা খঙনবিবা কয়াশিফাও লুব্রাংগী লমদমনি। মক ওইনা লমদম অসিদা কবুই চিক কোমনা নম্না খুন্দাবী। মখোযগী মবক্তা যেক শলাই লোইনা লৈ। লমদম অসিদা অদুঙৈ খুন্দাবম্বা লুব্রাংশিং অদু ঙসিদি তম্পাক্তা যাম্না লৈবে। অদুবু হৌবকফমদি অদুঙৈগী চীংজাওশিং অদু ওইবোইদ্রা? অসুম্না কৌব্রু চীংজাওগী অব্রাং নোংপোক মাইকৈদগী হৌনা হৌজিক্কী ম্যানমাবগা তাযনবা খাগী ঙমখৈ ফাওবসিনা মাও, খবখে, তাম্বুল, মবীংনচিংবা কযানা খুন্দাবী। ঙসিগী মোইবাংনা মোইবাং ওইনা লৈবগা মতম অদুগী শেল্লোই লংমাইশিং অদুদি কনা ওইগ্রবগে? অদুগা ককচিংদি হৈবেম খুনজাগী লমনি। ককচিংনা ইবুধৌ খমলাংববু ঙসিসু হবাওবী। লাইনিংথৌ খন্নাংবা অসিদি অতিংকোক শিদবদগী থোবকপনি, মপু মঙোন্দগী শায়োল্লকপনি লৈনুং খোবি য়োৎ শুংবা খুনুং তেক তেক মাঙজবা হায়না লাংওল্লি হায়না ককচিংগী পণ্ডিত নাওরেম অমুয়াইমনা অচেৎপা ব্রা অমা ওইনা হায়বী। পূম্নমকসি মতাংসিদা পল্লিবগী মবমদি কংলৈপাক

অসিদা উমঙলাই ওইনা খুভম য়াদুনা হরাওনরিবা লাইশিং অসি ঐখোয়গী য়েক শলাই তোঙান তোঙানবদা য়েলহৌঙেদগী লৈনরকলবা ঈরৈপাক অসিগী ঈগী ইরম খুদিংমক্কী মাম্নবা অমত্তা ওইবা হৌরকফম ইপা ইপুশিং অদুনি হায়জবনি। অদুনা কংলৈচা ঐখোয়গী ব্রাখল্লোন্দা পূক্লিংগী ঈরোলনুংদা ফনা য়ৈখায় থিনগাইবা, খুন্তাক লানশিবা, অনম অহা চুবা পোক্লবসু ইপা ইপু লাইশিং অসিবু থাজবদি হৌজিকসু থাদোকত্রি। ইবুধৌ ইবেনথৌগী মশক লৌরিবা খোইয়ুম লাইয়ামশিং অসিবু কোন্দুনা খাঙবনা ঐখোয় মালেমগী লৈমাইদগী মুৎপা ঙমদ্রি। অদুনা লৈরিবা হরাওবা মখল ময়ামশিং অসিদা মাম্নদে হায়রগন্ত মাম্নবা মশক অমা লোত্নুনা লৈ। কনানসু শোরারেনবু থাদোক্তে, কনানসু লাইনিংথৌবু থাদোক্তে। হরাওবুং মফম খুদিং কৌক্রু থাংজিং, মার্জিং ব্রাংব্রেন অসিবু নীংশিংদুনা শোন্দুনা খুরুমদবা তৌদে। ঐ ঐগী পূক্লিংদা ঐখোয়গী ইপা ইপু লাইওইগ্রবা লাইশিং অদুদি অব্রাংবা কোবৌ থক্তা লৈ হায়না থাজনৈ। কোবৌ থক্তগী মালেম লৈদ কুমলক্তুনা তোঙান তোঙানবা শক্রোন লৌদুনা খুনশেম লৈশেমলম্মী হায়না থাজরী।

অসিগুম্বা মপা মপুগী শক্রোন লৌবিবা লাইশিংনা অব্রাংবা চীংদোন্দা, শোরারেন্দা নত্রগা অতিয়াদা লৈ হায়না থাজনবা অসি অরিবা সিভিলাইজেসন লৈরবা মালেমগী লৈবাক কয়াদসু উবা ফংঙী। খুদম ওইনা ইউরোপকী অরিবা লৈবাক অমা ওইবিবা গ্রীকশিং অসিগীসু মখোয়গী মপা মপু লাইশিং অদুগী খুন্দিম্নফম (Council-chamber) অদু লৈচিলনা থোংলোন ওইদুনা মালেমগা শম্নদনা লৈখ্রবা ফিট লীশিং তবা হেন্না ব্রাংখ্রবা ওলিম্পস হায়বা চীংদোল অদুদা লৈ হায়না থাজনৈ। অদুগুম্বা ওলিম্পস চীংদোলদা লৈচিলনা পনলোন খাদুনা মালেমগা উনদনা লৈরিবা লাইয়াম অদুবু জিউজ (Zeus) হায়বসিনা লুচিংদুনা মাগী লোইনবী হিবা (Hera) হায়বসিগা লাইয়ামগা পূম্না খুন্দিম্নদুনা মালেমদা হিংলিবা মীওইবগী হিংনবগী পুন্সি লম্বী অসি পী হায়দুনা থাজনৈ। মরম অসিদগী জিউজগী মচা দাইওনিসস (Dionysus) অমদি অতৈ লাইশিং এপোলো (Appolo) টানটালস, (Tantalus) অমদি লাইবেম্বী নাইওবী (Niobe) দানে (Danae) অসিনচিংবশিং অসিবু গ্রীক্কী লমদমদা খুন্দারীবা অরিগবশিং (Argive) থিবজশিং (Thebes) অসিনা মপা মপুনি হায়না ইবাৎ থৌনি তৌই। অদুগুম্বা মপা মপু লাই দাইওনিসসপু, এপোলোবু ঈবাৎ থৌনিজবগী কুম্মৈ অদু মার্চ-এপ্রিল থাদা মখোয়গী সিটি দাইওনিসিআ (Dionysia) হায়বসিদা পাঙথোকই। মসিদা মখোয়গী মপা মপু লাইশিং অদুবু শীংথাদুনা মমিৎ মনা উইশিন্দুনা মাইমেটিক এক্সন (Minetic action) তৌদুনা লাইরোল কয়া ঈশৈ ওইনা

শকই, শৈরোল ওইনা থী। মসিদগী মখোয়গী থিয়েটরগী হায়বদি কুম্মৈগী হৌরকফম ওইখি। অমদি হিংবগী অমদি হৌরকফমগী মশক অদু নীংশিংনবা লম্বী ঙসিসু ওইনরি।

কংলৈপাক অসিদসু ঙসি ঐখোয়না লম লমদা পাঙথোক্লিবা কংলৈ হরাওবা, চকপা হবাওবা, মোইবাং হবাওবা, ককচিং হরাওবা, ব্রাংব্রেন হবাওবা হায়বা পূম্নমকসিদা ইপা ইপুগী মশক নীংশীংজবা, অচুম্বা পুন্সি লম্বীগী মথৌ মঙম খঙজনবা লম্বী থীবগী ব্রাখল্লোন অসি য়াওনা পাঙথোক্লী। মসিবুনি ঐখোয়না য়েলহৌঙেদগী লাই হবাওবা হায়না পাঙথোক্লিবসি অমদি পাঙথোকফম থোকলিবসি।

অদুবু হৌজিক্তী কংলৈপাক অসিদা কংলৈচা খুন্নাইনা লাই হরাওবগী থৌবমদা চুমদবা মওং কয়া হাপচিল্লক্লে। হবাওনিংবা মওংদা হবাওবা লাইগী খুভম শুকলৈ লৈতবা মফম অমদসু হেক্তা লাই হবাওফম শেমদুনা ঈরাং তৌবা কয়া চৎথবক্লে। খুদম ওইনা থিনুংগৈদা বামচন্দ্র প্রভুবু, যুম্নাম হুইদ্রোমদা সঙ্কবদেববু উমংলাই হবাওবা মতৌদা চৎথবকপা অসি চুমদবা অমনি। নোংপোক নিংথৌবু শঙ্কবদেবনি হায়না লৌববদি কংলৈচাশিংগী শক চু মালেমদগী মুৎখিদনিংঙাই লৈতে। পান্থোইবীবু পাববতীনি হায়না লাৎলবদি অদুগুম্বা মশক শেংদবা মী খুজোক খবদো মনমদা চৈ থাহৌবনা চুমগনি। ঐখোয় কংলৈচাশিংগী মরক্তা হিমালয় চীংবু, গৌবধোন, চীংবু, কীসকিন্ধ্যা চীংবু মপা মপুগী চীংনি হায়না লৌজবা গঙ্গোত্রিবু, গঙ্গাবু, জমুনাবু কাবেবীবু, নবমদাবু মপা মপুগী তীর্থনি তুবেলনি হায়না লৌজবা ময়াম অমা লৈবসিনা কৌব্রুবু, নোংমাইজিংবু থাংজিংবু, ঈবিল তুবেলবু, ইম্ফাল তুবেলবু, কোংবা তুবেলবু, লুব্রাং ঈ তুবেলবু, শীংদা তুবেলবু, খুগা তুবেলবু, চকপী তুবেলবু, লোক্তাক পাৎপু নোংম-নোংমগী কাওবক্লিবনি। তশেংনা হায়ববদা মসিদি চুমদবা অমনি। ঐখোযনা ঐখোয়গী অশেংবা হৌবকফম ইশক-ইচু ইপু-ইবেন, ইমা-ইপা খঙদনা মালেমগী লৈমাই অসিদা শক চু থোক্লা হিংবা শুকঙম ঙমলোই। মরম অদুনা লাই হবাওবা হায়বা নাৎকী মচল শুনা য়াওববা তাইবং মপুনা লৈশেম নোংশেমখিববু লাইয়াম্না খুৎনা থেক্কুনা, হকচাংনা নোইদুনা, চিন্না শক-শোন্দুনা পাঙথোকখিবা মতৌবু ঙসিগী মীবমলেন্দা তমদুনা চৎথবিবা কুম্মৈ অসিবু নিংথিনা মওং চুম্না পাঙথোক্লবা হোৎনবা চুমগনি নীংই।

অমবোমদা লাই হবাওবদা মক ওইবা থৌদাং লৌবিবা মাইবা মাইবী অমদি লমদম লমদমগী নত্রগা খুঙ্গংগী অশিন অরাংশিং অসি য়াম্না মনিং তম্মন্নে। মসি

লৈবাক অসিদা লীংলম্বা লোইশং লোইশিংশিংগী মহু ময়াই হল্লখিবদগী ওইরকপা ওইবসু য়াই। হৌজিক কোনুংদা লৈরিবা মাইবা মাইবী লোইশং অসি মমিংতনি মসি চুমদে। মাইবী হায়বসি অরুবা শক্লোন অমনি। মাইবীনা মাইবনা হৌজিক্কী লাই হবাওবুংদা পাঙথোক্লিবা মখৌ মঙমশিং অদু নৌনা মপাঙ্গল কনবা লোইশং অমমম লীংখত্তুনা য়েংশিনবা চুমগনি। হৌজিক্কী মাইবী ওইরবসু য়েলহৌঙেগী মাইবীগী শক্লোনদি কায়হনবা চুমলোই। মাইবীনা করি থৌদাং লৌবকপগে হায়বদু তুতেংলোন, নুমিৎ কাপ্পা, পাম্হৌইবী খোঙ্গুল, হিজন হিরাউ, অনোয়বোল, পাখংবা লাইহুইনচিংবা লাইবিকশিংদা য়াম্না শেংনা চাওনা উবা ফংই। মাইবীগী থৌদাং কবিনো হায়বদি লৈশেমঙেদগী উবা ফংলে। অদুঙে লৈশেমঙেদা সলাইবেনগী য়াথংদগী সনামহি পাখংবা অনীনা লৈশেম নোংশেম্বা লোইবগা য়ুমথোঙ-য়ুমথোঙ চঙদুনা তুংদা থোক্লগদবা কয়াবু পাউতাক পাউজেনবীবদগী হৌবকই। কুমগী হৌবকপদা নাদা লাংথ্রে খুৎতা শবীক পায়দুনা তিনমু লাইমু ফত্তবা মশক তাকপীখি। উশিল তৌথোকপী। মসিদগী য়ুমথোং খুদিংগী লৈরিবা তাইবং থব্রায়বু কনবীবে হায়বদগী লৈপাক মাইবীও কৌনখিবগী ব্রাফম ফংই। অমুকসু পাম্হৌইবীবুসু মাইবী ওইনা মশক তাক্তুনা শীংথাবা থেংনৈ "তম্পাক লৈহৌ মাইবীদি তম্ফা ব্রাঙমলোন পাম্হৌইবীনে" হায়না কুমাব মাইবীনা মাগী "কংলৈ উমংলাই হরাউবা" লাইবিক্কী লাঃ ১৯৫/৯৬ তা পল্লি। মসিনা তাকপদি মাইবী হায়বসি লাইওইশ্রবা লাইরেম্বা লাইবেম্বীশিং অদুনা মীওইবা ঐখোযগীদমক্তা য়াইফনবা তুংলমচৎপু তাক্তুনা খুনজাও লৈচাওনবা পুন্সি নুংশাংনবা লম্বী তাকপিবগা লোয়ননা ঙাকপি শেনবীবম্বা মতিক মযাই লৈববা শীনফম অদুনি হায়বা য়াই। অদুগা লৈবাক্কী অরুবা অব্রা-অনা তাববা মতমদা মাইবীশিংনা লৌগদবা থৌদাং অসি য়াম্না অরুবা অমনি। মসি কাওথোক্তুনা হৌজিক্কী খুনগী লাইবুং লাইবুংদা লাম্না লাম্না পাঙথোক্লিবা থৌবমশিং অসি য়েংশিনবা চুমগনি। মসি শেমদোক্লবা উপাইশিং অমাইবা অমাইবী লোয়শঙ মতিক চানা লীংবা অসিমক শোয়দনা কান্নগনি। অবোইবদা মসিগা লোয়ননা লাই হবাওবা পাঙথোকলিবা মফম মফমদুগী খুঞ্জাশিংনসু তৌহৈদবা মওং কয়া লাইগী থৌবমদা হাপচিল্লিবসি তৌহল্লোইদবনি। খুদম ওইনা লাই লম থোকপদা হনুমান, যীশু অসিনচিংবগী শক্তম শাদুনা পবেং লেংদুনা লম্বী থীংদুনা থোন বজাই বেঙ্গুল খোঙদুনা হেন্না শেলয়াম তিংহন্দুনা চৎথহনবসি থিংহৌবা চুমগনি। অসুম্না তাম্বুল শাবদসু লাইগী থৌবমগী ঈশৈশিংদসু মাইবী অমদি খুঞ্জা পাখঙ লৈশাবীশিংনা হাপচিন্নীংবা মওং, শক্লিংবা ঈশৈ নোংমাই শকলিবসি তৌহন্দবা ফগনি।

# হৌজিক ওইরিবা শিথ-কাইথরক্লবা লাই হরাউবগী ফিভম লোইননা মসিনা মৈতৈগী নাৎ অমসুং খুন্নাইদা পীরিবা চৈথেং

রাজকুমার অচৌবীসনা
প্রিন্সিপাল, জে.এন. ডান্স একাদমী

মৈতৈ খুন্নাইদা হৌজিক হৌজিক ওইবিবা উমঙলাই হরাউবগী ফিভম অসি চাওখৎলকই হায়সিরা নত্রগা শিথবকই হায়সিবা মুন্না খন্ন-নৈনবা অমা চংই। মাংলমচৎতগী হৌনা কবি কবি নাৎকী চৎনবী ওইবকপগে হায়বা পুন্নমক মমুৎ তানা নৈনবা অমা সভাদা পুথোকপা তাই। মসিগীদমক্তা লাই হবাউবা কবিনো খঙবা তাই অদুগা থৌবম অসিবু মপুং ওইনা লমজিংলিবা মাইবা মাইবী অমসুং পেনা খোংববু মশক খঙবা অদুগা হরাউফম ওইবিবা লাইবুং কবম তৌগনি মসিগা লাই হবাউবগা লৈনবা মবী মুন্না নৈনবা তাই।

হবাউগদবা লাইবুং অমদা লাইশঙগী মমাংদা কোইনা শঙ তরুক শাগদবনি। লাইনিংথৌবোম থংবা লাইবুংগী নাকন্দা শঙ অহুম, পাম্বোম শঙ অমা, লেমলোই ফমশাং অমা, য়াবেকশঙ অমা লাইবুংগী তম্মাই অমা কোইশিল্লক্কনি। লাইবেমমা বোম থংবা নাকন্দা শঙ অহুম, পাম্বোম শঙ অমা, লৈমবোল ফমশাং অমা, য়ারেক শঙ অমা লাইবুং তম্মাই অমা কোইশিন্না শাগনি। অসুম্না শঙ তরুকসিনা কোইশিল্লগা লাইবুং ময়াই থংবা শরুক হাংনা থমগনি। ময়াই হাংলিবা অসিদা লাই হবাউবগী লাইবৌ চোংফম অমদি লাই শান্নফম ওইগনি। অদুবু হৌজিক্কী মতমদদি লাইবুং খবদি লাইবুং ময়াইদা মাগুপ শাজিন্দুনা হিন্দুশিংগী লাইশংগী মতৌগুম্না মাগুপ শানরে ইনাৎকী ওইবা থৌবমদগী কাইথবকপা মওংনি।

অহলশিংগী পাওবৌ কয়া লৈ; মদুদি ''মীগী মখৈ ফংলগা শাওই, লাইগী মখৈ ফংলগা হবাওই'' লাই হবাউদনা মী হবাওববদি লৈবাক ব্রাথোক ওই, অশি অনা নংই। অসুম্না লাই হরাওবদা কাইথবক্লবা মওংশিং অসিনা মৈতৈ খুন্নাইদা মশিং

লাকঙমদ্রবা থৌদোক ব্রাথোক, মীশি-মীনা, হাৎন-শুনবা কয়া অমা তত্তনা থোকপগী পাও তারি। মতমগী য়াওলগী মতুং ইন্না লাই তিন্নবগী থৌরমদা কয়া থওইনবক্তবা হরাওবদা লাইগী থৌরম্না শমজিল্লগা মীওইবগী হরাউ কুম্মৈগী ওইবা জগোই ঈশৈ, ড্রামাদা মপুং ওইনা মী হবাউবগী কুম্মৈনা মপুং ওইনা তৌনরকপনা লাই হবাউবগী অকাইবা ওইহল্লি। অসুম্না নুমিৎ খুদিংগী অহিং অথেংবা ফাওবা প্রোগ্রাম কয়া থমদুনা খুনগী নত্রগা লৈকাইগী মীওইশিংনা কম্পিটিসনগী মওংদা জগোই মথং মথং শাদুনা হরাও কুম্মৈগী মওংদা পাংথোকই; সিদা নত্তনা হরাওবা মনুংদা শুমাং লীলা কৌদুনা লৈকাইগী পাখং লৈশাবীশিংনা য়েংনরি অসুম্না লাই হরাউবদা কাইথহল্লি।

সনা কোনুংগী পণ্ডিত লোইশঙগী শক্তি লৈবক্তবগী মতুং ইন্না মাইবা, মাইবী, পেনা খোংবশিংনা মনিং মখা তৌনা মানা মানা পাম্বা মওংদা হবাউবকপা। অদুগা উমঙ লাইশিং অসিসু নিংথৌ পান্দ্রবনিনা কোনুংগী লোইশঙদা বার্ত্তন থাদনা লৈকাই নত্রগা খুঙ্গংগী উমঙলাই কোমিতি শেমদুনা মানা মানা অপামবা মাইবা মাইবী পেনা খোংবশিং লনাই বার্ত্তন থাদুনা নেকনবে অসুম্না খুনাইগী নাৎকী চৎন লোনচৎ কয়া থুগাইবি। মৈতৈ লৈবাক্তা লৈবিবা উমঙলাই ৩৬৪ অসি লাইচৎ লাইয়াৎকী মতুং ইন্না কাংলুপ অহুম থোক্লা খাইরি; মদুদি নোংশাবগী লাইচৎকী মনুং চনবা উমঙলাইশিং হবাউবদা ফুবাগী মাইবীনা হরাউগনি; লৈমবেলগী লাইচৎ নত্রগা য়ুমজাও লাইরেম্বীগী লাইচৎকী উমঙলাইশিংদি নোংমাইগী মাইবীনা হবাউগনি; অসুম্না পাখংবগী লাইচৎকী মনুংদা লৈবা উমঙলাইশিংদি শঙলেনগী মাইবীনা লাই হবাউগনি। অসুম্না পণ্ডিত লোইশঙনা হবাউবগদবা লাই অদুগী লাইচৎ থিদুনা লোইশঙদা বার্ত্তন থাবকপদা লাইচৎ অদুগী মাইবী থাই। অদবু হৌজিক্তি পণ্ডিত লোইশঙদা বার্ত্তন থাদ্রবসু লনাই ওইনা মাইবা মাইবীশিংনা বার্ত্তন লৌনবগী চৎনবী অমা লৈবে। অসুম্না খুম্নাই অসিগী নাৎতা অকাইবা কয়া ওইবক্লি। অসুম্না লাই হবাউবগী চৎনবী কয়াদা চৈথেং কয়া অমা পিরক্লি।

অসিতা নত্তনা উমঙলাইদা নিংথৌ নত্তনা ছত্র মথোল মাপল কৎশিনবা অসি খুম্নাই অসিগী নাৎকী মওং কাইবা মথোং চাদবা মওংনি। অদুগা ছত্র নত্রগা থাকলদা অঙাংবা কৎশিনবা পুম্নমক অসি লৈবাক্কী ওইনা ইবাং থোকপা অশি অনা, ইমু নাইমু তানবা থোক্কল্লি। অসুম্না খুম্নাই অসিদা নাৎকী চৈথেং কয়া পিবিবনি। মশাগী চাওনিংবগী লৈবাক্কী খন্দনা উমঙ লাইদা কৎশিনবা পুম্নমক অসিনা খুম্নাই অসিদা চৈথেং কয়া পিবি। পোৎ কৎপদসু উমঙ লাইদা কৎহৈদবা পোৎ কৎশিনবা

অসিমসু খুন্নাই অসিদা হবাউবনা পিরিবা চৈথেংনি। অদুগা হরাউবগীদমক্তা লাইব ইনাকখুনবা খাক্তনা পৈশা খাইদুনা লৈজবা কয়ানা ইকাই থাংদগী শেন অদু খাইনবা হোৎনবিবা অদুসু খুন্নাই অসিদা চৈথেং কয়া পিবনি। অদুগা অহিং অথেংবা ফাওবা মাইক কন্না থাদুনা হবাউবিবনি হায়দুনা বেন্দ খোংদুনা অহিং মিংশেল খাংলিবা কয়া অসি নাৎ অমসুং খুন্নাইদা লাই হরাউবনা পিবিবা চৈথেংনি। অসুন্না সমাজ অসিদা লাই হবাউবনা চৈথেং কয়া পিবি।

<u>লাই হবাউবা :</u> হয়া হে অমম লৈশাহন, তাইবং মখুৎশেম উনবি পিবুকনুঙ পাইমা নিংখলঙৈ অমম মবোল তবামবি কুয়োবী হৌনরকঙৈগী কোরৌ মিতম লাক মালেম লৈমি তম হৌনবকঙৈগী ব্রাবু হয়া লাউনা লিকলেং থাংদিল লংবু লংলা লিতৎতনা লিক্রম লিকলাং লিকখল ব্রাৎতা লিকলেং হৌরকপদি খোইয়ুম কৌক্রু অসুপ্পনা অব্রাং কৌবা চীংথঙলাং চীংঙু খুন্দা হান চাবিক নোংথ্রৈবু মপাল থাবা চীং, মউ লিংনা চীং, কোবৌ নোংমদোল মালং হুমফবা চীংগী লোইবী শাকম শাবা চীংগী হাউবৈ নোংপোক হাইথ লমদাং মাদা কৌবা হোইবাউ থেলও কৌনখিবদি কৈদৌ নোংগীনো হাযববদা খোইয়ুম কৌক্রু অসুপ্পনা চীংঙু লাইবুংথৌ খোইমোম লাইনুবাশিংবু পাওজেম্বসু পুম্না পাউ তাদবদগী লাইবুংথৌ মঙানে লাইনুবা মবিনে পাউ তারদুনা লাকযে। নাপ কৌবা চীংগী কাউবেল শাকম শাবা চীংবু নাতৈননা কৌবা মবানযাইদবু যাবেকনখিয়ে। কৌবা সোবা তৈনা ঙাল্লবদা চীংঙু মঙাইবোই খোইয়ুম মহিশাং পূন্নমক পাখঙ য়ুমলোই হৌনা পামেন শিঙ চল্লে হাযবগী কৌবা থেললোন মাদি পাখং শিঙযান চীং কৌনাহৌযে। খোইমোম লাইনুবা মবিমকনা নুজা মবাং হৌ নিংঙোল খ্বাংজেননা পামেন শিংবুন পুনা শিংহোন চীংনে। অদু নোংগীসু শিংলোও কৌনখিযে। কৌবা লোকশা অমদি শীঙেল কবম্ববু লৈশিং ব্রাৎতনা লৈশাৎচীংনে। কৌবা লাকপা অমদি পাম্বা শাবৌ হৈ, য়াংগোই শামু অঙৌবী মপি মচাগী যাথোকলমনে; শাবেল শাশিং কবম্ববু ব্রাংঙ লোকনে। কৌবা লোকশা অমদি চীংলাই, তমলাই, হংকোক নাবিল, লিনমুক, লিনতেং, খাবী, তাংলৈ, তাংজ মকু হুবিবা খিবিকপু ব্রাৎতা চীংনে। কৌবা লোকশা অমদি খোইযুম কৌক্রু অসুপ্পগী মহিবোই খোইযুম মহিশাং, শবোই হুম্ফুমাথোইমক্কী কৌবা লাইশিং ব্রাৎলোকনে; অদু নোংগী লাই লোকও কৌনখিয়ে।

লোইদাম মনুং ওই লাংহৈ কুমওইবকপা চাকিবি চাকনৌ চাবা অসিবু চীংঙু মদোম চাঙমদে হায়বগীবু খোইমোম কৌনু মপাওখোলগী অদু নোং চাবি চানৌ চানসে হায়না খোইয়ুম লাইথোং ব্রাৎতনা চীংঙু তিনথোং কবম্ববু চিৎথদনা শংনা

চাবা মুন্না চাবা খোইয়ুম লাইয়াম হুপনা কৌবা মরান য়াইদা তিন্না তরা চাকচানববু শংলৌ মথৌরাংবু চাবঙৈগী মতুংদা অন্নাং কৌবা লম্মাহন্দা কোরৌ মাগী মখোংজিন ব্রাংবল মাগী মন্নাকচীং কৌবা চীংলুখুম, লোইবী তেম্মান থেন্দা খোইয়ুম লাইয়াম্না তরা হৌনা নহাল নোং "চীঙু অতিংঙা উংলৈ নুংগী অথুপ্পা উনগোই নুংগীবু খোইয়ুম অতিংকোন নৌনাওঙৈদা শমু মহকচাংদগী চীংঙু অতিয়া শিদবগা য়োইবু লৈমগা নুংশিৎ থোংলেন অনিমাদগী খোইয়ুম খাফাংনা কুরু অতিয়া মাগী মরোইনবী লৈমা মানা মহলবী লৈমবেল অচিবীবু থোক্লকঙৈদা চীংঙু উনবী নুংদগী য়েৎ ওই খাইনা পানপোকপবু নিংশিং থৌকাউদনা উনবী হোইথোক্লকপদো কোবৌ মালেম শেমদবিঙৈগী ব্রাকাওদববু হোই লাউনা খোংনা পুথোকপবু তমলে"। যেলহৌঙৈদা লাইযাম্নবু অৱাং কৌক্রু চীংদোলগী নোংপোক হাইথবা লৈতেম মান্নবা মফম অসিদা কৌক্রু কৌবা লাইনা কৌবগা চহি অমগী মেবা থাদা অফবা নুমিৎ থাবান য়েংলগা খোইযুম লাইযাম্না চাকচা হৈজানবগা নুমিদাংৱাইগী মতমদা হৌ লাউবা থৌবম অসি লাইহোইবাউথেন্দা লাইযাম তিন্দুনা হবাউখি। মদুদা য়েনপিকাপ্পনা চামলৌ লা খাংজখি, লাবোই ওইখি; য়েনপিকংবনা শিঙলোই মকোক ওইনা থৌ পুখি; মোবি য়াপানা কৌবা লোকলেন চংনা শীংঙেল লৈবাং থিদুনা লৈবোই ওইখি; মদুগীদমক্তা লৈবোই হনবাও কৌখি; চান্দেবা, খোংতেবা লাই অনিনা অশিন অবাং ওইখি অসুম্না কৌক্রুগী হবাউথেন্দা লাইযাম্না অহানবা ওইনা লাই হবাউখি। অসুম অসুম লাংহৈ কুমশিং কযাবু খোইয়ুম লাইয়াম তিন্না লাইহোই লাউবকপবু মথং মথং কাইদনা শুনা খঙবা লাইশিং শুদবনা খঙমদবদগী খোইয়ুম কনাবু কৌশিবনো হাযনা চীংঙু লাইযাম তিনবা কুমজা খুদিংগী থবি লাইতা থাগী থাংজ অহানবা নোংদগী খুনতিন নোংদা লাইযাম্না খন্নবে। অশীবনা হান্না লৈশেম্বনিনা খোইয়ুম মাতবু পাউহংসে হাযনা লাইযাম্না ব্রাবেপনববু খোইযুম অসিবদি কদাই লমদবু থৌপুবনো হাযনা থিববু খোইযুম নোংপোক লাংওনঙৈনে। অসুম্না লাইযাম্না কাউদনা নিংশিংদুনা হোই লাউবে অদুবু মাংতুং শোইববু লাইযামদি খঙদেযে থেংনহৌবা মশক মওং অদুবু নুমিদাংৱাই মমদ্রিঙৈদা লাইয়াম্না হোই লাউবে হাযবগী লাই হোই লাউবি হাযবদগী লাই হবাউবা কৌখি।

অসুম্না অশিবনা শেল্লোই লংমাই চীংদা খোইযুম নোংপোক ওইনা লাংওনখববদা লাই হবাউবগী মথং মনাও থৌবম ব্রাৎতনা খঙলবা নোংপোক নাহা পাম্লোইবী অনিনা শিল্লাংদুনা মথং লাইয়ামগা লোইননা লাই হবাউখি। অসুম্না লাইয়ামদা হবাউবগী নুংঙাইববু উহল্লি হাযবগী লাইয়াম পুম্নমক্লা লাই হবাউবা

হায়খিয়ে। শেল্লোই লংমাইদা লাইয়াম্না হরাউবা মতমদা খোইরি ফাবনা কাংহুনা নুপী কোৎখিবগী মবমবু মৈতৈনা হরাউবদা লাই কংলৈ থোকপনি; লাই নুপী থিগনি হায়না খঙনরিবা অসিনি। অদুনোংদা লৈশেমঙৈগী ব্রাদু মথং কাইফদনা য়োম্লানা পাউদম পাউতাকপিয়ু হায়না চীংঙু লাইগী থৌবমবু নুংঙোল থৌকাউদনা পাউতাক পাউমেনখিবদি অতৈ কনাদবু হায়দেয়ে; মখোই মরিল চিংনা লাংগোই মোইশা অয়াংববু ফাঙৈগী চীংঙু মাবজিং কোলোই ময়াথংবু কোনতে খুচুম মাইবকা শিম্বা পীখিঙৈনে। মবম অসিগীদমক্তা কোনতে খুচুম মাইবনা হে লাইকন চীংদা তাকখিঙৈনে; মশানৌদি তম্পাক লৈহৌ মাইবীও কৌখিঙৈনে। অসুম্না মথং মথং কোন্তো নাকথং মাইবা, তম্পাক লৈহৌ মাইবীবু নোংপোক নাহা পাম্ষোইবী অনিনা শায়োনখি।

লাই হবাউবা অসিমক মীওইবনা লাইশিংগী তৌরম্বশিং অদুবু নিংশিংবনি। অসুম্না চৎনবকপা কাউদনা থৌরমশিং অদু মাইবা, মাইবী, পেনা শকপনা শক শোনবনচিংবা তৌদুনা লাইনা পেনবিনবা লাইশিংবু চহিগী ওইনা লাইবুংদা লৈথোল লৈয়াৎনচিংবা য়ুংদুনা ফজনা লাই হবাউখি। কবিগুম্বদা ঙমদ্রগা নুমিৎ থাবান য়েংলগা নোংমতং ওইববসু হবাউবগা লাই কুমচল্লি। চহিগী ওইনা হবাউবা ঙমদ্রবদি নোংমতং ওইনা নুমিৎ থাবান অফবা যেংলগা নোংমা হবাউববু কুম চনবা কৌই। সনা লুপা কোনয়াই চনগনি। লাই চাকলোন কৎপদদি সনা লুপা কোনয়াই থাদে হৈকৎ লৈকৎলবসু কুম চনবগী লাইবোলগা মান্নদে। লাই চাকলোন কৎপদি চনৌ কৎপসু কৌই। পোৎচংদি শবেন ঙা, ঙাপং, চবানফু, হৈ-লৈনচিংবা মান্ননা চংগনি। লাই হবাউগে খন্দুনা চনৌতা কৎলগা তোকপা কবিগুম্বা হবাওবা ঙমদবা তাববদি লাই অদু কুম চল্লি কাইফদে। অসি নত্তনা চহি অমদা লাই অনিবক হন্না লাই হবাউবসু য়াদে। কবিগুম্বা শোইবদগী থা ব্রাংমা লানখিবা তাববদি থংনবা থাদা নোংমা পানবদা ফমদেংলিবা লাইবু হিবি ফান্দুনা লাইমাংদা কোম্থ্রদুনা নৌনা অমুক ইকৌগনি। হিবিলং অদু লোইনা তিংলোই। ঈশিংদি কোম্থগনি, মওংদি কোনপাক্লুম্বা অমদা ঈশিং হৈবগা হিবি ফানগনি, পেনা খোংগনি। মাইবনা খোইজু লৈখাম ওকনা অনম অহৌ কোক্কনি। লাই হবাউবদা তৌফম থোকপনা কদাইমখৈনো হায়ববদি লাইবৌ শান্নবিঙৈদা লাইগী শেনপোৎ লাইপোৎ পুবী নুপী অমনা মশাদা শোক্ল পম্নবা য়াবক্লবদি মানা পায়বিবা পোৎ অদু পাযদুনা অতৈগা শম্নদনা শোক্লদনা মশাদং থোবক্লগা পোৎ অদু লা থাবগা লা মথক্তা থমগনি; অদুগা পোৎ অদু মাইবনা অনম্বা কোক্কনি। লাইপোৎ অদু ফেংদোকহল্লগা, ফেংলিবা মী অদুসু অনম্বা কোক্কনি। সনা

লুপা মচুম তাইরেল নাহেরগা মাইবনা হংগনি করি তৌরে? মাইবীনা পোৎ অদু পায়রগা মি নম্লে হায়না খুন্নগা লাইগী পোৎসু মীনা থৌগলদবা য়াদে মিকোলসে হায়না অতোপ্পা নুপী অমদা অমুক তাইরেল খিকনা লাইপোৎ অদুবু পিদুনা শিন্নবা মতমদা খিকফেন চাইথোকপিগনি। অসুম্না লাইপোৎ অদু শিন্নবিবমগনিয়ে। নৌনা চংলকপা নুপী অমদা পিবা য়াদে; অসুম্না লাই হরাউবদা লাইনা করম্না তৌরকপা, মালেম অসিবু মতৌ করম তৌনা শেম্নকপা মদুদগী মথং মথং করি লাইনা করি তৌরমই, কবম্বা লাইনা করি থৌরম তৌবদা করম্বা লাইনা থুগাইখি; থুগাইগে তৌবদা কনানা করম্বা লাইনা পুথোক্নুনা মালেম অসিবু লৈশেম্বা লৈরোইবা নাইরগা লাই কয়াবু মকোক ওইনা শিংথাদুনা লাইবুংথৌ লাইনুরাশিং অদুগী মশিল, কবি মথৌ তৌরমই; শৈশক-শৈথা, খোম্থাং-খোম্থোক, ব্রাহ্মে ব্রাতাশিং লাইশিংনা হায়বম্বা লোনদাশিং অদুবু কাউদনা মথং মথং চৎনবি। অসুম্না অখং অহৈশিংদগী তমজহৌবা থিজহৌবনা য়ুমফমনি।

<u>লাই হরাউবগী লাইশোন :</u> মজিংনা য়োইরেল লোইশং লিংখৎলি; পাম্থোইবীনা খাবী লোইশং লিংদুনা মাইবা মাইবীগী লাইশোলশিং তাক্নুনা লাই হরাউবদা শিজিন্নবকখি। মাইবীদা শঙলেন নোংমাই ফুবা হায়বা মখল অহুম লৈ; মখলশিং অদুগী লাইচিং লাইহৌবোল মান্নদে; হৈথা-লৈথা খর খেৎনবা লৈজে।

<u>শঙলেনগী লাইহৌ :</u> হুম... হুম.. হুম... লৈহৌরোল লোন মঙামক লৈমুবোলদি-ই লোন তরুকমক, লোইবু খোইবা আ.. আ মবা নুংগী, তোংনিংদনা লৈশংপানগী থমনা লাইব-পান, চমুনা চঙৌপানগী হুপলাং নবান নুংগী হাবানা লৈয়েংনুংগী হাউনা আ- লিবি লিরি লিবি।

মাইকৈদনা মবিমক শিংগাইনা ৬১ মক্তগী খুৎলৌদনা কাইবী সনা ৩০ মক্তগী হাউনা আ-মক লুক-উ লুক উ।

মালেম লৈখারোল তবেৎমক্তগী পলেম ইমা ইবেম্মা তেকখৎপীবক্লো - ও, লৈমবোল নিপালমক্তগী মপু ইবুংঙো তেংথাবীবকলো-ও, লৈবাকপু ফা ইমানা হাযনা তাইবমগে, নোংথৌবু খুং ইফা হায়না তাইরমগেনা, খুং সোবোন-লৈরোন-নোংলোন অহুম্মক্তগী মপু শিদবনা উং-উং চীংঙুনা নাবাকচীং অব্রাংবা, মীবাইমা কনানা কাঙমদবা পোংনাইবনা কাঙমদবা-পুংময়োল, খাবিনা ইবা লুকনা কাজবকই, ইপম্না থাকক অশৈবা থাবানা ঙাংখোম্নবিবা; অয়ুক্লা য়েন্দা অঙনবা পেনা থাদা পমলদুনা শামৈ অনি কাবম্না চৈজিংনা য়েৎলোম পায়না ইনুংবা শীংখোং লুরু য়াগা কৈরক্লেদো। ইপলদনা মদোম কৈরমদে খাবিনা ঐসু ইপম্না হৈনা নতুং

ইল্লরকইনা সনানা লাংজেং মমৈ ব্রাইজরকই, থোংজিন্না ঐবু নাতৈ কাংজরকই, চামলৌনা ঐবু লাং-থারোই, শীংঙেনা ঐবু চারা নাপোম শাৎচরকই, থাকল থারাক লৈনা হাইগৎচরকই, নিংথম ফৈজুপ ফিজিতোন মপল ব্রাইনা কাগুজরকই।

চোল্লাং মনা কাউবিহনবনা পাউব্রোকনবীমু শীঙেল লৈরাং অমনবনা পাউওক্লবীগনো, শীংঙেল ঐবু লৈহনলোইনে, খাবি ঐদি লাথারোইনে, পলেম ইবেম্মা লোইশঙ ফালুনুং, হীরুদনা তেংমাই থীল্লিবী, চেগপনা মরুনুংদা ফমফমনা, ব্রায়েনবীরিবী পলেমগী কোলোই ময়াথং অথম্ববু কোরৌ নোংদা কাঙমদা, মালেম লৈদা তাঙমদবগী তাংজ ঐবু লুদা থোংজরকই, শরেন লোইনা খল্লরকইনা, শরীক ঐবু পাউখোললোইনে, নুংশিৎ চরৈ ফিবাল কাংজরকই, কোরৌ ঐবু পাওখোল্লোইনে, নুংশিৎ চরৈ ফিবাল কাঙজরকই, কোরৌ ঐবু শুংদাইরোইনে, অহিংনা কাংবী হুম্মাইরোইনে, খচিক থকপা নৌনা হুম্বানা মদাইরেম ঐবু হাওনে তবাদনা ঐবু চাকমাং চারকপীনে, লৈকাইদনা খাম্বী মৈমাং তোয়নরকপীনি, পলেম ইমা ইবেম্মা মালেম লৈরেনহম্বীসু খোয়দৌনা লেমফু মরুনুংদা ফমফম ব্রায়েনবিবো, খাবি লৈয়েং থক্তা ফমফম্নবিররো, তাংজ লৈতোন খুবৌ চেলহনবীগনো।

<u>নোংমাইগী লাইহৌরোল :</u> হুম.. উম... উম.. উম.. উম। মালেমদনা চনিং লৈখৈরোল ব্রা-দা আ-উং-আ; লৈখারোলদা তবাতবেৎতগী লৈহৌরোল লোনদি মঙামক, লৈমুরোল লোনদি তককমক, লোইবুদনা খোইবা লপাননুং হায়দনা লৈয়েংনুংদগী, তৌনিংদনা লৈশংপান, থগ্না লাকোলনুং চমু চঙৌপাল হুপ্লাংদনা নবাননুং তয়ুমনা হৌনা রি-বি-বি-হৈযা। মাইকৈদনা মবিমক, শুংদাই নিপালমক, পোইবৈ শিংগাই ৬১ মক্তগী অব্রাংদনা কোবৌ নোংমদোল মাপলমক্তগী, তয়ুম্না হৌনা ক-ক-ক হৈয়া, লৈবাকপু -ফাই ইমা য়াগা কৈবক্লে, খুং শোবো মাবাদিন হবে লৈবোল নুংলোন অহুম্মক্তগী দিললে-দিললেনা হৈয়া।

খোইয়ুমদনা মৈ ঈশিং নুংশিৎ অহুম্মক তিল্লক্লে-হৈয়ুম- অয়ুক্কী য়েন্দা অঙনবদা পেনা থাদা পম, চৈজিং য়েৎলোমদা পায়, শামৈ অনি কারননবদনা ইনুংবা শিংখোং য়াগা কৈরক্লে। লোইশঙ ঐগী ফালুনুং চেগপ মরু ইম্না ফমফম ব্রায়েল্লকলিবী, ক্বার ঐদি শুংদাইবোইনি অহিং কাংবী হুমাইবোইনি, শরিক ঐনা পাখোল্লোই, নুংথিল ঐনা চবৈ ফিবাল ওইবীনে।

পলেম ইমা ইবেম্মগী খাবি চাম্মা লোন্দম্বী অমাই চাম্মা শিন্তাক্লকপী পলেমগী নদাইরেল ওইবীনি, লাইজ নৌনা ইল্লকপীনি; চারা পৌরোল হাংজরক্লে, থোংজিল নাতৈ কাংজরক্লে, থাকল লৈনা কাংজরক্লে।

**<u>ফুরাগী লাইহৌরোল :</u>** হৌনা আ লিরি- লিরি-লিরি অ-ইং ল-হুম, নহাল নোং মালেম চনীং লৈখেরোন লৈমুরোন লোন্দি তরুকমক লৈহৌরোল লোন্দি মঙামক মাইকৈ এ-ইং-এ মরিমক। মালেমদনা চিথেক ৮মক, পোইবৈ-এ-ইং-এ শীংখাই ৬১ মক্তগী এ-এ-হুম---। সনা খুৎলৌলোন কাইবী ৩০মক ৩০০দনা য়াইবী মরোলনুং, খোইরা আ-উং-আ, খোইবা লপানুংদগী-এ...। হৌনা -অঙ- ---লিরি--লিরি-- লিরি এ--হুম থমনা লাকোম্নুং ইৱাংলোন তোরৌ নোংমদোন ৯মক্তগী বাদা আ -উং-আ, লৈখাবোল ১৭ মক্তগী এ---। খোইয়ুমদনা মৈ-ঈশিং-নুংশিৎ ৩ মক্লা য়াইগা ওইরিবা-ও ৱাংলোন পুংজা খেনদোং নুংঙাইবা-ও--খেলে--এ--ইং-- এ নংগী নদাইরেম, নুমিৎতনা নংগী নথোইলম।

ইপল লৈনু থারুক অশৈবা-ও, থাবানাই ঙাংখোমবনা, অয়ুক য়েন্দা মাংদা ইনুংবা শিংখোঙ য়াগা কৈরেম্মদ ইপলদনা মাসু মদোমদে ই--এ। নদাইরেম ওইবী ঐসু-ও-উং-ও, ইপন্দনগী হৈনা মতুং ইনজরক্লিদো, খাবি ইথৌ খনবু খঞ্জরক্লে এ-ইং-এ, অমাই ইরাম্লুপ্পু কাজবক্লে হুম--। চবৈ ঐবু থাংজ অমনবনা পাউওকনবীগনু, নুংনাংদনা কাউবী শী মনা অমন্বনা খোইয়ুম ওইনা পাউকনবীগনুনা-ও-উং-ও। পলেমদনা ইমা ইবেম্মা, খাবিদনা যুবেন হন্বী অমাই নোংলেলহনবী ও- উং-ও।

হিকদনা তেংমাই লৈনা থীল্লিবী, লোইশঙ ফালুপ, চেগপ মকং ইন্না ফমফম ৱায়েন তমলিবী, পলেম ইমা ইবেম্মগী মদাইবেমনে, পলেমনা থেঙনা নৌনা শাৎলকপনা তবা ঐবু চাকমাংলোই, খাম্বী ঐবু মৈশাংলোইনিদা, পলেম ইবেম্মগী কোলোই মপাউ অথুম্ববু, কোবৌ নোংদা কাফবোই, মালেম লৈদা তাফদবনা-অ-উং-আ-। পলেম খোমলাং অনৌববু তোইনবিবী নদাইবেমনি, লৈপাকপু পুমফাই ইমা হায়না হৌবমলে, খুং সোবোন মবোল লৈবোল নুংলোন অহম্মক্তগী তযুম আ উংনা -লিরি-লিরি-লিরি এ-ইং-এ-- হুম--।

# তোঙান তোঙানবা উমঙ লাইশিংগী লাইচৎ লাইহুইশিং

নাওরোইবম ইন্দ্রমনি

ৱাহৌদোক ঃ

মৈতৈ হায়বা কাঙলুপসি লাইশিংবু য়াম্না কিনা লুনা নীংজবা অমদি লাইবু য়াম্না থাজজবা মীওই কাঙলুপনি। ফুকপ অসিনা হৌবকঙৈ য়াম্না ঙল্লিঙৈ মতমদগী হৌনা লৈশেম নোংশেম্বদা য়াওবক্লবা লাইশিং অমদি লাই ওইখ্রবা মপা মপুশিংবু ঈবাৎ থৌনিদুনা অমদি লাইথৌ তীম্থৌ পাঙথোক্নুনা লাকই। অসিগুম্বা লাইশিংবু লাৎপগী থবক অসি ঙল্লিঙৈ মতমদগী পাঙথোক্নুনা লাকপনা ঙসি ঙসিমক ফাওবা তৌদবা য়াদ্রবা চৎনবী অমা ওইনা লেপ্তুনা পবিং কাযদনা চত্থদুনা লাক্লি। মৈতৈশিংনা মখোয় মখোযনা খুন্দাবিবা খুনশিং অদুবু কোল্লিবা উমঙলাইশিংবু চহি খুদিংগী অফবা নুমিৎ, থাবান, তীনচা লাইচা শেংবা য়েংলগা হবাও শকসেম তমদুনা হবাও তযাম্বগী থৌবম "লাই হবাওবা" হায়দুনা পাঙথোকই। লাইশিংনা মহৌশা লৈশেম নোংশেমঙৈ, তাইবং মীওইবনচিংবা থৱায় পানবশিংবু শেম্লকঙৈদা তৌবম্বা থবকশিং অদুবু অমুক তাইবং মীওইবনা মতৌ তমদুনা উৎপবু লাই হবাওবা কৌই। অসুম্না তৌবা অসিদা লাইশিংনা পেবী। লাইশিংবু হবাওনবিবসি তাইবং নমু পোং ওইবা মচা মশুশিংবু শুক্তা-শোযদানবা, পুন্সি নুংশাংনবা, খুঞ্জাউ লৈচাউনবগীদমক লাই হবাওবগী থৌবম পাঙথোক্লবিবনি। মসিতসু নত্তনা মৈতৈশিংনা মচা মশুশিংবু লুহোং খোঙদোংবা অমদি অপোক অশা লমলাই থাবা মতমদা খুন খুন অদুবু কোল্লিবা লাইশিং অদুগী শকক চাকথা তমদুনা কৎনৈ। অসিগুম্বা খুন খুনশিংগী ওইনা খুভম লিংদুনা খুভম লিংদুনা য়াবগা লাৎনবিবা লাইশিং অসিবু উমঙ লাই হায়না খঙনৈ।

উমঙ লাইশিং অসিবু কবিগীদমক উমঙ লাই কৌবিবনো অমদি উমঙ লাইশিং অসি কনা কনানো হাযবা মশক তাক্লবা হোৎনবদা লমদম অসিগী অমদি মপাল লমগী অখঙ অহৈ কয়া মকওইনা টি.সি.হডসন, কোল. জে. সেক্সপিয়াব, লুইষ্ট, জে.সি. হীগ্নীসনচিংবা মপাল লমগী অখঙ অহৈ কয়া অসিনা উমঙ লাইবু

"উমঙগী লাই" নত্রগা "উমঙদা লৈবা লাই" হায়না ব্রাহন্নোক পীনবা হোৎনৈ। অদুবু পণ্ডিট অচৌবা ঙারিয়াম্বম কুলচন্দ্র অমদি খুমেল চন্দ্রসেখরনচিংবা অখণ্ড অহৈশিং অসিনদি উমঙলাই হায়বসি উমংগী লাই হায়না নত্তে, উমঙলাই হায়বসি উরম্বদগী উখিদ্রবা লাই, উরন্নাই হায়বদগী লোম্ন্থে লাক্লুনা উমঙলাই হায়না খঙনখিবনি হায়বগী অকনবা ব্রাখল্লোন ফোঙদোকই।

ডাঃ এল. ভাগ্যচন্দ্রনা কৌনরিবা উমঙ লাই হায়বা মিং অসিগী ব্রাহৈনা উমঙলাইবু উমঙদা লৈবা লাই উমঙলাই হায়বদা চানবা ব্রাহৈ ওইরবসু অশেংবগীদি খুন খুনগী ওইনা লৈবা লাইশিংগী খুভম য়ারিবা লাইকোনশিংদা উ-ব্রা থাদুনা উ-ব্রা মরাং কায়না হৌবা অমদি উপাল ব্রাপালশিং অদুবু নীংথিনা ঙাক শেন্দুনা থম্বা লোয়ননা হৌরকপা উপাল ব্রাপালশিংবুসু শোক পল্লুদনা মনীং তম্না হৌবদগী লাইগী লাইকোলবু অপীকপা উমঙ অমা ওইনা উবদগী মদুদা লাৎলিবা লাইশিংবু উমঙদা লৈবা লাই ওইনা উদুনা উমঙলাই হায়না কৌন-খঙনখিবনি হায়বগী ব্রাফম পী। অসিগুম্বা মৈতৈশিংনা কিনা-লুনা ঈরাৎ থৌনিজরিবা খুন-খুনশিংবু ঙাকপী-শেনবীবিবা অমদি কোনবীবিবা লাইশিং অসিবু ইচম চম্বা উমঙ ব্রামংদা লৈবা হম্বা থাক্কি লাই-তীন ওইনা লৌবা হায়বসি লানগনি হায়নসু মহাক্না অকনবা ব্রাফম ফোঙদোকই।

উমঙলাই মখল ঃ

লমদমসিগী অখণ্ড-অহৈ কয়ানা উমংলাইবু মখল কয়া থোক্লা খায়দোক্লুনা উমঙলাইগী মখল পীনবা হোৎনৈ। লাইবেনময়ুম ইবুংঙোহলনা উমঙলাইশিংবু (১) মৈতৈ পুম্নমক্কী ওইবা লাই, খুদম ওইনা - পাখংবা, নোংপোক নিংথৌ, পান্থোইবী, থাংজিং, ওক্লবেল, কৌব্রু, মার্জিং, ৱাংব্রেন, কালিকানচিংবা লাইশিং, (২) মৈতৈ পুম্বগী ওইবা উমঙলাইশিং তৌইগুম্বসুং অকক্লবা য়ুম্নাক শাগৈতনা লাভুনা থৌবম পাঙথোকপা লাইশিং খুদম ওইনা - তাইবংজমনা লাৎপা লাইখুবেম্বী, সোবেনসঙবম্না লাৎপা সোবাবেন (৩) শাগৈ শাগৈগী ওইবা উমঙলাইশিং খুদম ওইনা - সৌবামনা লাৎপা সৌবোল লাইবেম্মা, হিজম্না লাৎপা হিজম লাইরেম্মা, পাউনম্না লাৎপা লাইনিংথৌ ঈশিংচাইবা, য়ুম্নাম্না লাৎপা য়ুম্নাম লাইবেম্মা, লাইবেনময়ুম, ফৌগৈশঙবম অমসুং পোলেম য়ুম্নাকশিং অসিনা লাৎপা মোইরাংপোকপা অসিনচিংবা।

সরোজ নলিনি প্যাবেতনা উমঙলাইশিং অসিবু মখল মবি থোক্লা

খায়দোক্লুন। উৎলি। হায়রিবা উমঙ লাই মখল মরি অদুদি (১) মমাঙগৈ হৌখিবা মতমদা তাইবংপী ওইনা হিংদুনা লৈবম্বা লাই নত্রগা ইপা-ইপুশিং (২) অকক্লবা য়েক সলাইগী ওইবা লাই (৩) অকক্লবা শাগৈ নত্রগা য়ুম্লাককি ইমুং-মনুংগী ওইবা য়ুমজাও লাই হায়না খঙনবা লাইশিং (৪) অকক্লবা মফম অমবু ঙাকপী শেনবীরিবা লাইশিং অসিনচিংবা।

রাজকুমাব অচৌবগী মত মতুংইন্নসু উমঙলাইশিং অসিবু মখল মরি থোক্লা খায়দোকই। মখলশিং অদুদি (১) লৈসেম নোংসেমগৈ, মালেম অসিনা হৌরকগৈদগী লৈবক্লবা উমঙলাইশিং খুদম ওইনা - কৌব্রু, থাংজিং, মার্জিং, ৱাংব্রেন্নচিংবা, (২) মপা মপুশিংনা ওইখিবা উমঙলাইশিং খুদম ওইনা - পাখংবা, খাগেম্বা, নাউথিংখোং অমসুং তবুংবনচিংবা (৩) শাগৈ নান্দবী উমঙলাইশিং হায়বসি মতম অমদা মী ওইনা হিংদুনা লৈবম্বদগী মীশি চাদনা শিখিবা নত্রগা মতম পুম্বগী ওইনা মাঙখিবদগী ওইখিবা লাইশিং খুদম ওইনা য়ুমজাউ লাইরেম্বী, ঈরৈমনচিংবা (৪) মীরৈবাক্তগী পুশিল্লকপা হিন্দু ধর্ম্মগী ওইবা উমঙলাইশিং খুদম ওইনা - থিনুঙ্গৈদা লৈবা বামজি নিংথৌ অমদি য়ুম্লাম হুইদ্রোমদা লৈবা সেনকুদেব অসিনচিংবা।

ৱাহেংবম লুখোইনা মহাক্লী লাই হবাওবা কৌবা লাইবিক্তসু উমঙলাইশিং অসিবু মখল মবি থোক্লা হায়বদি (১) শাগৈ শলাইগী ওইবা উমঙলাই (২) খুল খুলগী ওইনা লৈবা উমঙলাই (৩) নিংথৌগী মচা মশুনা ওইখিবা উমঙলাই (৪) মপান্দগী মণিপুবদা পুবক্লগা ওইখিবা উমঙলাই অসুম্লা খাযদোকই।

পুম্নমকসি য়েংলগা অমুক হন্না নৈনদুনা উমঙলাইশিং অসিবু চাউবাক্লা মখল তকক থোক্লা নৌনা খায়দোকপা য়াই। মদুদি (১) য়েলহৌগৈদগী হায়বদি হৌবদগী লৈরক্লবা লাইশিং (৫) মীশি চাদনা শিখিবা অমদি মতম পুম্বগী মাঙখ্রবা মীওইশিংনা ওইখিবা লাইশিং অমদি (৬) মপাল লমদগী পুশিল্লক্লুনা লমদম অসিগী উমঙলাই ওইনা লৈখ্রবা হিন্দুগী লাইশিং অসিনচিংবা।

উমঙলাই ৩৬৪ ঃ

লমদমসিগী অখণ্ড-অহে অয়াম্বনা মৈতৈগী উমঙলাই অসি ৩৬৪ নি হায়না লৌনৈ। উমঙলাই ৩৬৪ হাযবসিদা মপুং ওইনা লাই নিপাগী কাঙলুপতা লাই ৩৬৪ অমসুং লাই নুপীগী কাঙলুপতা লাই ৩৬৪ গী মনিং পীরি। হৌজিক মৈতৈগী খল্লুন খুনশিংদা খুভম য়াদুনা লাৎনবিবা খুন খুনবু কোনবা লাইশিং অসি উমঙলাই ৩৬৪ গী মনুং চন্দবা লাই ময়াম অমা য়াওবি। উমঙলাই ৩৬৪ গী মনুং চনবা লাইশিং

অয়াম্বনা খুভম য়াদুনা লাৎনদে। হৌজিক ফাওবা অখণ্ড অহৈশিংনা খুভম য়ানরিবা উমঙলাই মশিংসি চাউরাক্লা ৪১৮ শুম্বগী মমিং পীনরি। হায়রিবা উমঙলাই খুভম ৪১৮ মুক অসিগী মনুংদা লাৎনরিবা লাই মখলদি শুপ্পতগী চাউরাক্লা ১৫০ মুক্তনি। লাইফম মশিং য়ান্নিবসি মরমদি লাই খরগী খুভমশিং অসি মশিং য়াম্বা য়াওরি। খুদম ওইনা লাই কৌব্রুকী খুভম অসি চাউরাক্লা মশিং ২৮ লোম, লাই মার্জিংগী লাইফমদা চাউরাক্লা মশিং ৯ লোম, পাখংবগী লাইফমদা চাউরাক্লা মশিং ২২ রোম, লাই ব্রাংব্রেনগী খুভমদা চাউরাক্লা ৪ রোম, পুরৈরোম্বগী খুভমদা চাউরাক্লা ৬ লোম শুরি। অসুম্না অতে লাইশিং হায়বসি লোইয়ালাকপা, নোংপোক পাম্ব্বোইবী, সোবারেন, পুথিবা, খোবিফাবা, পাংগনবা, য়ুমজাউ লাইরেম্বীনচিংবা লাইশিংগীসু খুভম মশিং য়াম্না য়ানরি।

হৌজিক খুভম য়াদুনা লাৎনবিবা লাইশিং অসিগী মনুংদা উমঙলাই ৩৬৪ গী মনুং চন্দবা লাইশিংগী মবক্তা শাগেগী ওইবা লাইশিং, নিংথৌ মচা মশুশিংনা ওইখিবা লাইশিং অমদি মীশি চাদনা শিখিবা, মফম মবাং খঙদনা মাঙখিবা মীওইশিংনা ওইখিবা লাইনচিংবা কয়া অমা য়াওরি। মবম অসিনা ঙসি ঙসিমক খুন খুনবু কোনবা লাই ওইনা লাৎনবিবা অসিদা উমঙলাই ৩৬৪ শুবগী ব্রাফম পন্নরিবসি মবম চাবা ব্রাৎলি। হৌজিক হৌজিক খুভম য়াদুনা লাৎনবিবা উমঙলাই মখলশিংদিঃ

(১) থাংজিং (২) মার্জিং (৩) ব্রাংবরেন (৪) কৌব্রু (৫) চীংখৈ (৬) নোংশাবা (৭) লোকনিংথৌ (৮) সনামহী (৯) চীংনিংথৌ (১০) পাখংবা (১১) লোইয়ালাকপা (১২) ইনামুং (১৩) নোংপোক পাম্ব্বোইবী (১৪) সোবাবেন (১৫) হুইদোমপোকপী (১৬) য়াইবি নিংথৌ (১৭) পুথিবা (১৮) ফৌওইবী (১৯) য়েনখুবাকপা (২০) পনম নিংথৌ (২১) পুবৈবোম্বা (২২) তাংজেং নিংথৌ (২৩) পাংগনবা (২৪) ওক্লরেন (২৫) থংনবেন (২৬) চাইবেনলাকপা (২৭) ঈবৈমা (২৮) খোবিফাবা (২৯) খান চাউবা (৩০) অয়াংলৈমা (৩১) লোক্লাং লৈমা (৩২) লৈকোয় নিংথৌ (৩৩) নুংগাঙ মহাবাবা (৩৪) উই নিংথৌ (৩৫) খোংনাং নিংথৌ (৩৬) সম্বোঙ নিংথৌ (৩৭) পুরি পুবাবা (৩৮) কাবা খৌরিনুং (৩৯) অবোং নিংথৌ (৪০) লাইখুবেম্বী (৪১) ঈশিং চাইবা (৪৭) য়ুমজাউ লাইবেম্বী (৪৮) খুঞ্জাউবা (৪৯) থৌবাল নিংথৌ (৫০) সবাংথেম লাইরেম্মা (৫১) লৈসাংথেম লাইবেম্মা (৫২) সেবুলৈমা (৫৩) লাংপোক নিংথৌ (৫৪) কোরৌহনবা (৫৫) নাউথিংখোং (৫৬) ইমোইনু (৫৭) নোংগাবী (৫৮) খাবী লাইরেম্বী (৫৯) হমোইবা (৬০) য়াংগোই নিংথৌ (৬১) ফুনান নিংথৌ (৬২) খমলাংবা (৬৩) ঈকম নিংথৌ (৬৪)

সেকমাই নিংথৌ (৬৫) খোংজোম নিংথৌ (৬৬) ঙাঙৌরাকপা (৬৭) খোঙ্ঙাক মচা (৬৮) খুমন পোকপা (৬৯) লাইরেঙ্গম লাইরেম্বী (৭০) থংবিজৌ থংবা (৭১) খুল্লেমা (৭২) লৌরেম্বম লাইরেম্মা (৭৩) কোঞ্জেংবম লাইরেম্মা (৭৪) লংমাই লৈমা (৭৫) ইচুম লাইরেম্বী (৭৬) য়াওরৈবী (৭৭) চংনিংলৈমা (৭৮) খোইমোম লাইরেম্মা (৭৯) লুরাংপোকপা (৮০) মোরিবা (৮১) কৈরাউ লাকপা (৮২) লাই রাংবা (৮৩) হিয়াংথাং লাইরেম্বী (৮৪) চীংবাল লৈমা (৮৫) পাসি লাইরেম্বী (৮৬) লাইনিংথৌহনবা (৮৭) অরাই লৈমা (৮৮) চীংগোল নিংথৌ (৮৯) অঙৌবা (৯০) সৌবোল লাইরেম্বী (৯১) লাইনিংথৌ অচংবা (৯২) পোইরৈতোন (৯৩) লৈমা লৈনাউতাবী (৯৪) খ্বাই নিংথৌ (৯৫) কোম্থৌজম লাইরেম্বী (৯৬) সয়াং নিংথৌ (৯৭) থাবৈমা (৯৮) সংসং নিংথৌ (৯৯) উরালৈমা (১০০) ব্রাখরাকপা (১০১) কালিকা (১০২) খোঙ্ঙাক লাইবেম্বী (১০৩) খাগী মাইবী য়ুম্ফম (১০৪) কৈবাউ লাকপা (১০৫) মৈনম লাইবেম্বী (১০৬) ময়াংঙম্বা (১০৭) লাইরেঙ্গম লাইবেম্বী (১০৮) খাগেম্বা (১০৯) মুংয়াম্বা (১১০) নুংথেল লৈমা (১১১) লাইশ্রম লাইরেম্বী (১১২) শামুবৌ লাকপা (১১৩) নিংথেম পোকপা (১১৬) মব্রাউ লৈমা (১১৭) ঙানু লৈমা (১১৮) লাংগোল নিংথৌ (১১৯) তকং লাইরেম্বী (১২০) হাওরৈমা সম্বুবী (১২১) তরাং সবাবা (১২২) ফৌওইবী চীং (১২৩) থনুংবা (১২৪) সব্রাং নিংথৌ (১২৫) লাল্লম কোবিবা (১২৬) লিক্লালৈমা (১২৭) কোংলৌতোন লৌথিবা (১২৮) সামদোন (১২৯) চান্দেবা (১৩০) ইচুম লৈমা (১৩১) কৌনু (১৩২) চাখাবা (১৩৩) মোংবহনবা (১৩৪) নুং সম্থোঙ (১৩৫) পান সম্থোঙ (১৩৬) চোথে থাংমাই পাখংবা (১৩৭) অমুদোন (১৩৮) কোন্দোং লাইরেম্বী (১৩৯) খুনবুলৈমা খুনমাবী (১৪০) তাংখুল হুইতোক পাখংবা (১৪১) লাই অঙৌবা (১৪২) নোংপোক অপাম্বা (১৪৩) মায়কৈ ঙাকপা (১৪৪) পাৎসোই নুবাবী (১৪৫) লোংজম লাইবেম্বী (১৪৬) খ্বাইবাকপা (১৪৭) লাইজিং নিংথৌ (১৪৮) মোইরাং হনুবা (১৪৯) কোনুং লাইবেম্বী (১৫০) সলাং নিংথৌ (১৫১) নুংঙাবী অসিনচিংবা।

মথক্তা পীবিবা লাইশকশিং অসি চাউবাকপা অমা পীবনি। মসিদা অথোই অহেন হায়বদি লাই অমত্তনা তোঙান তোঙানবনা মবম ওইদুনা খুবম মশীং থাবা লোযননা পীবিবা লাইফমশিং অসিদা চিথ-নাম্থ, অথোই অহেন খবা লৈবা তারবসু ঙসি ঙসিমক লাৎনবিবা লাই মখলশিং অসিদি চাউবাকপা মশিং অমা পীরিবা অসিদগী পঙহেন হেনগনি হাযবা থাজদে।

উমঙলাইশিংগী লাইচৎ ঃ

মৈতৈগী লাইগী পরমদা লাইচৎ হায়বা অমা লৈরি। লৈসেম নোংসেমঙৈগী লাইশিংনা লাংওন মথং মথং লাক্লুনা মপোক কয়া পোক্লকপবু পোক্লক্লিবা লাইশিং অদু লৈসেমঙৈগী লাই অদুগা লাইচৎ তিন্নে হায়না লৌনৈ। লাইগী লাইচৎ তিন্নবা লাই মশেন্দি অকক্লবা লাই অমগী লাইশোন তীনশোন, হৈকৎ-হৈকৎ খণ্ডদ্রবসু লাই অদুগী লাইচৎ অদু লাই করম্বগী লাইচৎনো হায়বা খণ্ডলবদি লাইদুগী লাইশোন তীনশোন, শক শোনবা অমদি হৈকৎ-লৈকৎ তন্নগা ঈরাৎ থৌরম পাঙথোকপদা অকায়বা লৈতে চপ মান্নবা মহৈ ফংঙি হায়না লৌনৈ।

লাইশিংগী লাইচৎ অসি মপুংদা লাই নিপা অহুম হায়বদি - (১) লাইয়িংথৌ অশীবা (২) লাইয়িংথৌ কোঞ্জিন তিংথোকপা অমদি (৩) অতিয়া সিদবদগী লাই নিপাশিংগী লাইচৎ মথং মথং চথৈ অদুগা লাই নুপী অহুম হায়বদি - (১) লাইরেম্মা লৈমবেন (২) লাইরেম্মা নোংথাঙ লৈমা, অমদি (৩) লাইখুরেম্বী হায়রিবা লাইরেম্বী অহুম অসিদগী লাই নুপীগী লাইচৎ মথং মথং চথৈ। মবম অসিনা লাই তরুক অসিবু লাইচৎ লাইওনগী মকোকনি হায়না লৌনৈ। হায়বিবা লাই নিপা অমদি লাই নুপী পুন্না লাই তরুক অসিদগী চথবকখিবা লাইচৎশিংদি ঃ

লাই নিপাগী লাইচৎ ঃ

১। লাইয়িংথৌ অসিবগী লাইচৎ ঃ

(১) সামদোন অয়াঙবা (২) খাকপা পুরাং পুবৈবোম্বা (৩) নোংপোক (৪) সবাবেন (৫) পুথিবা (৬) লোইয়ালাকপা (৭) ময়াং নহা সাবৈ থেকপা (৮) য়োইমোংবা (৯) সনামহী (১০) থোংনাং নিংথৌ (১১) চাউরোইনাই (১২) কুপত্রেং (১৩) খুমু তুংইন্নবা (১৪) ব্রাংথা মৈবোইনবা (১৫) ব্রাইকোক সবিবা (১৬) লাইয়িংথৌহনবা (১৭) য়েনলাংবা (১৮) হঙ্গোই নিংথৌ (১৯) সেংপান (২০) ব্রাংবরেন (২১) ব্রাখালাকপা (২২) কৈরাউ লাকপা (২৩) খোংজি লাকপা (২৪) অবোইনুং (২৫) লোকনিংথৌ (২৬) ঈশিং চাইবা (২৭) নোংকাচেং (২৮) ব্রানঙৌবা (২৯) নুংকা সিংপাক (৩০) মোংবহনবা (৩১) পললু লৈয়েনবা (৩২) ওকসুরাকপা (৩৩) থোঙাইবা (৩৪) য়ুচেং (৩৫) খোরিফাবা (৩৬) কোবৌহনবা হায়বিবা লাই নিপা ৩৬ অসি লাইয়িংথৌ অসিবগী লাইচৎ ওইবা লাইশিংনি।

২। লাইয়িংথৌ কোঞ্জিন তিংথোকপগী লাইচৎ ঃ

(১) কোংলৌরেন অপানবা (২) পাখংবা (৩) নাউহন অহনবা (৪)

খল্লাংবা (৫) মুৱা নিংথৌ (৬) তাউথিংমাং (৭) য়াংগোই নিংথৌ (৮) তুবু চীং নিংথৌ (৯) অচাবা (১০) য়াংগোই (১১) থাংজিং (১২) সেন্দ্রেং (১৩) ঈকোপ নিংথৌ (১৪) অয়াপা (১৫) লৈকাচেং (১৬) ৱানমুবা (১৭) নুংজোংবা (১৮) নোংথিলচাইবা (১৯) য়ৌঙাইবা (২০) কোংতিংলেন হায়রিবা লাই ২০ অসিনা লাইয়িংথৌ কোজ্রিন তিংথোকপা পাখংবগী লাইচৎ ওইবা লাই নিপাশিংনি।

৩। অতিয়া সিদবগী লাইচৎ ঃ

(১) নোংশাবা (২) চাখাবা (৩) মার্জিং (৪) লুৱাং নিংথৌ (৫) লাংবুম নিংথৌ (৬) সম্বুম নিংথৌ (৭) থৱারেন (৮) পোনবি লুৱাংবা (৯) সিংতাবুং (১০) পোইরৈতোন (১১) খুনথিবা (১২) পুদাংকোই (১৩) নুংপোকপা (১৪) নুংগাং মহাবাবা (১৫) চীংখৈ নিংথৌ (১৬) মহৌ নিংথৌ (১৭) উতিন উকাং নিংথৌ (১৮) ঈপুনলেন (১৯) ইতাইবেন (২০) মকুবেন (২১) থোংথোক কারান (২২) অন্দ্রো খুল্লাকপা (২৩) চেংঙা (২৪) থৱা (২৫) কৌব্রু হায়রিবা লাই নিপা ২৫ অসিনা লাইয়িংথৌ অতিয়া সিদবগী লাইচৎ ওইবা লাইশিংনি।

লাই নুপীগী লাইচৎ ঃ

১। লাইবেম্মা লৈমরেনগী লাইচৎ ঃ

(১) য়াবিবোক (২) হীবৈমা (৩) ঈবাইলৈমা (৪) হীকুবী (৫) তরুংলৈমা (৬) য়ুমজাউলৈমা (৭) উসোইলৈমা (৮) পেতঙা (৯) চীনবানলৈমা (১০) ঈবোংলৈমা (১১) নোংগালৈমা (১২) ইচুমলৈমা (১৩) চেঙলৈমা (১৪) চীংঙালৈমা (১৫) হৈবোকলৈমা (১৬) হিয়াংথাং লাইবেম্মা হায়বিবা লাই নুপী ১৬ অসি লাইবেম্মা লৈমবেনগী লাইচৎ ওইবা লই নুপীশিংনি।

২। লাইবেম্মা নোংথাঙলৈমগী লাইচৎ ঃ

(১) পান্থোইবী (২) তাম্ফোঙলৈমা (৩) লেমথোংলৈমা (৪) লমদেংলৈমা (৫) হৈনৌবোকলৈমা (৬) তাংজিংলৈমা (৭) চনিংলৈমা (৮) নুংগোইবী (৯) কোলোয়লৈমা (১০) থুমলৈমা (১১) ঙারৈমা (১২) থারৈমা (১৩) ফৌওইবী (১৪) য়োৎলৈমা (১৫) ৱাত্রে সিনহৈবী (১৬) কোনলৈমা (১৭) খাকপা নিংথৌ চনু (১৮) মোইনু চনু (১৯) পিথেৎলৈমা (২০) লেরালৈমা (২১) লাইনথানবী (২২) খাবী লুকোক চনু (২৩) লিক্লবিচা (২৪) য়াইবীলৈমা (২৫) পিগ্লাই খোংদ্রাইবী (২৬) সবিকলৈমা (২৭) পুকস্রিলৈমা (২৮) লৈমা নুংলাউবী (২৯) খাম্বী ইয়েংচা হায়বিবা ২৯ অসিনা লাইবেম্মা নোংথাঙলৈমগী লাইচৎ ওইবা লাই নুপীশিংনি।

৩।   লাইখুরেম্বীগী লাইচৎ ঃ (১) লৈনাউতাবী (২) লাইম্না (৩) চীৎনুলৈমা (৪) থমনুলৈমা (৫) অহমনু (৬) অরৈনু (৭) থেরেলোংবম চনু (৮) তোনথাংনু (৯) সৌবোন লৈমা হায়রিবা লাইনুপী ৯ অসিনা লাইরেম্মা লাইখুরেম্বীগী লাইচৎশিংনি।

**উমঙলাই মাপন পুথোকপা ঃ**

নোংমা কোরৌনোং পাখংবগা লাইম্নাগা অনীনা মোংবা সঙ্গাইরেন্দা হীপলৈঙে লৈনুং থারুক অসেবনা ম্নাহৌববু লৈমরেম্বী লাইম্নানা লাইয়িংথৌ ম্নাহৌহিগুনো নিংথৌ নহিসাং, ফমথৌ নঙাইরোই কনাসু লৈতরিএ হায়না মসাবী পাখংববু থৌখামখি। মদুদা পাখংবনা মহাক্তগী লাইফংথৌ মাপল চিংথোকখি। পাখংবনা মহাক্তগী চিংথোকখিবা লাইফংথৌ মাপলগী মমিংদি ঃ

(১) লাইয়িংথৌহনবা (২) খল্লাংবা (৩) মোংবহনবা (৪) চাখাবা (৫) নাউকন (৬) মুন্নানিংথৌ (৭) লুন্নাং পুন্সিবা (৮) মার্জিং (৯) কৌব্রু হায়রিবা মাপল অসিনি।

হায়রিবা লাইফংথৌ মাপল অসিবু উমঙলাই মাপল হায়রগনু খঙনৈ। পাখংবগী ফমলুপ নিংথৌ পোংবা তরা কৌবদি মখোয় অসিবু কৌই। মৈতৈগী লৈঙাক্লোন্দা উমঙলাই মাপল অসিগী লাইপাদি - খুরায়লাকপদি লাইয়িংথৌহনবনি, ন্নাংখৈবাকপদি মোংবহনবনি, নোংথোনবদি খমলাংবনি, পুম্লনবদি চাখাবনি, খ্বাইবাকপদি নাউকননি, য়াইস্কুল্লাকপদি মুন্না নিংথৌনি, অহল্লুপলাকপদি লুন্নাং পুন্সিবনি, হিয়াংলোই হঞ্জবদি মার্জিংনি, চোঙখানবা হঞ্জবদি কৌব্রুনি। হায়রিবা মাপল অসিবু খুনফাংথৌ উমংলাই কৌই। উমঙলাই মাপল অসিনা খুনফাংথৌ মাপলগী মকোকনি।

পাখংবনা মহাক্তগী উমঙলাই মাপল পুথোকখিববু উমঙলাই মাপল কৌবা লাইরিক্তা ইরম্বা ন্নাবোলদি - মপুগী মীৎ য়েৎতগী মুন্নানিংথৌ থোকএ, মীৎ ওয়দগী লাইয়িংথৌ থোকএ, নাকোং য়েৎতগী মোংবহনবা থোকএ, নাকোং ওয়দগী নাউকন থোকএ, নাতোন য়েৎতগী চাখাবা থোকএ, নোতোন ওয়দগী কৌবরেন থোকএ, য়াদগী খমলাংবা থোকএ, ঈশিং থোঙদগী লুম্নাং পুন্সিবা থোকএ, পেং থোঙদগী মার্জিং থোকএ। অসুম্না উমঙলাই মাপলনা থোক্লপগী লীখুল পী।

**খ্বরোই ঃ**

উমঙলাইশিংগী লাইচৎ লাইরি তাকপা হায়বসি তরাই তরাইবা খ্বফম অমদি নত্তে। মপুং ওইনা লাইশিংগী লাইশকশিংদি লমদম অসিদা ফংবা লাইরিক

লাইত্তশিংদা ইরম হায়রম্বা কয়াদগী খণ্ডবদা লায়না থোক্লবসু লম লমগী ওইবা লাইশিং অমদি য়ুম্লাক শাগৈশিংনা খুভম য়াদুনা লাৎনরিবা লাইশিংগী মশক তাক্লবা হোৎনবদা অচৌবা অৱাবা অমা ওইনরি। হৌজিক হৌজিক খুভম য়াদুনা লাৎনরিবা লাইশিং অসিগী মরক্তা লাইচৎ লাইবি খণ্ডবা লাই কয়ামরুক য়াওরিবশিং অসি লমদমসিগী অখণ্ড অহৈ কয়ানা চুংশিন্নদুনা লাইশিং অসিগী অশেংবা মশকশিং খণ্ডোক্লবা হোৎনবগী য়াম্লমক তঙায়ফদবা অমা লৈবে হায়না লৌদবা ঙমদে। মসিদা মায়কৈ খুদিংদগী হায়বসি লনাই মীওই কয়া অমদি লনাই লুপ কয়ানা অণ্ডম্বা থাক্তা হোৎনমিন্নদুনা অমদি মতেং পাংনদুনা চঙশিনমিন্নববদি পুন্নমকসিগী ওইথোকপা চাউনা লৈ।

মতেং লৌখিবা লাইবিকশিং ঃ

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | উকাক লাথা | - | খুৎই |
| ২। | লাইন্না ফমলোন | - | খুৎই |
| ৩। | লাই খুন্দাবোল | - | খুৎই |
| ৪। | লাইচৎ লাইয়াৎ | - | খুৎই |
| ৫। | উমঙলোন | - | খুৎই |
| ৬। | ঙাবিয়াম্বম কুলচন্দ্র | - | উমংলাইগী খুভমশিং |
| ৭। | বাজো | - | লাংদাই |
| ৮। | ইবোম অমুবী | - | লৈহৌ নাউফমলোন |
| ৯। | খুলেম চন্দ্রসেখব | - | উমংলাই খুন্দা |
| ১০। | ৱাহেংবম লুখোই সিংহ | - | লাই হবাওবা |
| ১১। | Dr M Kirti Singh | - | Religious Development in Manipur in the 18th and 19th Centuries |
| ১২। | Dr L Bhagyachandra Singh | - | A critical study of the religious philosophy of the Meeteis before the advent of vaisnavism in Manipur |
| ১৩। | Saroj Nalini Paratt | - | The Religion of Manipur |
| ১৪। | Dr Kh Ratankumar | - | Lai Haraoba in Manipur |
| ১৫। | N Tombi Singh | - | Manipur, The Mainstream |

থমজরিবা ব্রাহংশিং অসি নুমিৎ নিনিগী ওইবা অইবা চেরোল খন্নবগী থৌরমদুদা লেংবীরকপশিংনা থম্বীরম্বশিংদগী খনগৎচবনি (লৌখৎচবনি)। থমজরিবা পাউখুমশিং অসি অখণ্ড-অহৈশিং তান্নজরগা থমজবনি। লাই হরাওবগী মতাং ওইবনিনা নুংগী ওইবা ব্রাফমশিং পানদা পুথোক্নুনা তাকপা য়াদবা, খুম্বা য়াদবা কয়া য়াওবদগী পাউখুমশিং অসিদা পেন্দবা খবদি থেংনবীগনি। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু লৌখৎচবা য়াবমখৈদি লৌখৎচরগা থম্বা য়াবমখৈ থমজবনি।

## ব্রাহং-পাউখুম

১ ব্রাহং ঃ যেক লৌনবা মীওইশিংনা লাই পুবা নত্রগা লাই হবাওবগী লাই পাইবা/শোকপা য়াববা? হংবীবকপা : এস. হেবামোৎ,
নোংদা লাইবেল পাখংবা কম্মিটি।

*পাউখুম ঃ যেক লৌনবা মীওইশিংনা লাই হবাওবদ লাই পুবা, পায়বা য়াদে মবমদি মুংনৈ। যেক থোকপা হায়বসি ঈ মশেলগী মবী ওইবনা লাইগী কয়াৎতা অকায়বা লৈ।*

২ ব্রাহং ঃ লাই শেলুংবা হায়বসি কনাবুনো ? লাই শেলুংবা হায়বসিগা লাই পান্নবা হায়বসিগা কবি খেৎনবগে? হংবিবকপা : এন. গুনমনি,
সেক্রেটবি লুব্রাং পোকপা থৌগল লুপ, শেল্লুংবা।

*পাউখুম ঃ লাই শেলুংবা হায়বা অসি লাইদুগী হেক মথংদা লৈবা মীওই অদুবুনি। শেলুংবগী শংগোইদা লাই থমগনি, লোয়শংদ লাই হবাওবগী পাউ তাকপা চৎকনি। ক্না ৩ নত্রগা লৈ ৩ না পাউ তাক্কনি। লাই পান্নবা মী হায়বসিদি নোংমগী ওইবা হবাওবগী থৌবমশিংবু শিল-লাংলিবা মীওই অদুবু লাই পান্নবা কৌই, লাইপুনি।*

৩ ব্রাহং ঃ তোংকাপ ফনেক্কা, কনাপ ফনেক্কা করি খেৎনবগে?
হংবিবকপা : ব্রাংলেন, তেরা।

*পাউখুম ঃ ফনেক অনি অসি খেৎনবা খবা লৈ। মপান লোন্দবা, ইশাইফুদ (লৈমাবেল) য়েৎলিবা অসিগুম্বা অসিবু তোংকাপ ফনেক কৌই অদুগা পাম্থোইবী ইমানা ইহান হান্না শাখিবা, খ্বাইদগী হেন্না ফজখিবা ফনেক অদুবু কানপ ফনেক কৌই।*

৪ ব্রাহং ঃ উমঙ লাই হবাওবসি নুমিৎ লৈবিঙৈদা লোইশিনগদবনি হায়না ইপা-ইপুশিংনা চেৎনা তাকপিবম্মী অদুবু হৌজিক্তি থেংলবা ফাওবা হবাওনবিবা অসি তৌহৈবরা, তৌহৈদ্রগদি কয়াম থেংনা লাই লোইশিনগনি?

*হংবিবকপা : কে. গোজেন্দ্রা খুমনচা।*

*পাউখুম ঃ তৌহৈদে য়াম্না ফত্তে, মমদ্রিঙৈদা লাই লোইশিনগদবনি মবমদি লাই হবাওবা হায়বসি অচংবগী থবক তৌবনি অদুগা অমম্বা হায়বসি অশিবনি, অচংবগী থবকপু অশিবা মতমদ তৌরবদি অফবা ওইদে অমদি নুমিৎ থা খুরুমলগা লাই হবাওবিবনি।*

৫ ব্রাহং ঃ লাই হরাওবদ মাইবীনা চেং পুরিবা অসি য়াবরা? করম করম্বা মফমগীনা পুবা য়াবগে, করম্বগীনা য়াদবগে?

হংবিরকপা : সোরাম চাওবা, লৈমাপোকপম।

*পাউখুম ঃ লাইনিংথৌগী ফমখোং মরীগী য়েৎতা থাবসি মাইবগী অমা পেনাগী অমা ফংগনি অদুগা ওইদা থাবসিনা মাইবী অনিনা ফংগনি, চনিংনা শেলুংবনা, শাগৈ ওইবগনা শাগে পিবানা ফংগনি। লাইবুঙথৌ ৯ গী য়েৎতা থাবসিনা লাইপান্নবগীনি অদুগা লাইনুবাগীনা কৈকংবনা ফংগনি অদুগা অপোকপগী য়েৎতা থাবনে, লুকমাগুদা থাবনে, ঈশাইফুগীনে অসি খুম্না পুন্না ফংগনি।*

৬ ব্রাহং ঃ চাইবেলগী পাম্মোইবী হরাওবদা তাংখুল শাবদু মখোঙ তেকপা ওইনা শাই, অতৈদদি তেকতে করিগীনো? চাইবেলদ লুহোংবদা লুহোংফাল ফম্বা, দোলাই তোংবা য়াদে, জগোই শাবদসু কজেংলৈ হাপ্পা য়াদে করিগীনো?

হংবিবকপা : এল. রোহেন্দ, চাইবেল।

*পাউখুম ঃ নোংপোকনা ইবেম্মা পাম্মোইবী তান্নবা ফংদ্রবদা খোঙ তেকশিন্নদুনা লৌনম তৌবগা ইবেম্মবু চাম্মাবক লৌবগী মতৌদুনি। চাইবেল লাকপা অসি লোকনিংথৌনি, ফম্বাল তোংবা লাইনি, লাইনা ফম্বাল তোংবা মফমদা মীনা ফম্বাল তোংবা য়াদে পুন্সিদে।*

৭ ব্রাহং ঃ খুরাইদা লৈরিবা ইমা চিংজ্রোইবীগী পম্মৌসি অমুক্তা তাকপিয়ু।

হংবিবকপা : কৈশাম কৃষ্ণমোহোন, খুরাই।

*পাউখুম ঃ পাম্মোইবী শাইওননি অদুনা নোংপোক নিংথৌনা ইমাসিগী পাম্মৌনি। ইমা অসি উমা সনা চিংজ্রোইবী চিংগী মচা নানৌবী, তমগী মচা হেনৌবীনি। ইমাদি লাংওন নত্তে সাইওননি।*

৮ ব্রাহং ঃ ঐদি নিংথেমচানি, অহলশিংনা তাকপিবদ নিংথেমচা অমসুং বামোনদি লাইতোংবা য়াদে হায়নবম্মী। অদুবু ইবুংঙো নোংপোক নিংথৌনদি মাগী লোইনবী ওইনা সেবা তৌনবা তাকপিবি। ঐবু সেবারি অমা ওইনা সেবা তৌবদা অকায়বা লৈব্রা? হংবিবকপী : আব.কে. বানীবালা, তেরা লৌক্রাকপম।

*পাউখুম ঃ য়াবদি য়াই অদুবু মাগী-মাগী খাইদোকনবিবা তাইবঙগী লোনচৎ ঙাকপনা অথোইবনি।*

৯ ব্রাহং ঃ অয়ুক ইকৌথৎলগা নুংথিল লাই হরাওবা য়াব্রা? লাই পুবা অসি মশিং য়াম্না পুবা য়াব্রা? হংবিরকপা : এস. চাওবা, লৈমাপোকপম থাংজিং হরাওবুঙ।

*পাউখুম ঃ মসিদি শুকয়া য়াদে, য়াম্না ফত্তে, থা শুদনা অঙাং পোকপগা চপ মান্নে অদুনা খুন্দুদা লৈবা অয়াম্বা থা শুদনা অঙাং পোক্কনি। অদুগা লাই পুবদা মীওই ১২ না পুগনি, মীওই ১২ অসিনা অবেপ্পনি, হায়রিবা ১২ অসি তুবৌ চাবৌ ফজবা ওইগনি। লাংমৈদোংদদি হায়রিবা চংনবী অসি চেকশিন্না ঙাক্তুনা থমলি।*

১০ ব্রাহং ঃ খুন অমগী লাইদু হরাওবা নত্রগা কুম চন্দ্রিঙৈদা খুল অদুদা লৈবা লাই অতৈ হবাওবা নত্রগা কুম চনবা য়াবরা? হংবিবকপা : মাইবম সনাহল, লাংমৈদোং।

*পাউখুম ঃ মসি য়াদে অদুবু খুলগী লাইদুনা কুম অমগী চানৌ কংগ্রবদি অকায়বা লৈতে।*

১১ ব্রাহং ঃ লৈনুং লোনজা পাখংবা হরাওবদা হোরী হে নারায়ো, রাম কৃষ্ণবা নারায়ন হায়না লাওবসি য়াববা, য়াদবরা? হংবিরকপা : পুয়াম বৈকুল, লাংঙাথেল।

*পাউখুম ঃ লৈনুং লোনজা পাখংবদা নত্তনা উমঙ লাই পুম্নমক হরাওবদা হোবী হে নাবায়ো, বাম কৃষ্ণ নাবায়ন হায়না লাওবা য়াদে। অদুবু থিনুংগৈদ লৈবিবা বামজি প্রভু থক্তং হবাওবদদি লাওবা য়াই।*

১২ ব্রাহং ঃ লাংমৈদোং পাখংবগী লাইকোলগী পল্লিদা হৌবা হৈ-লৈশিং অসি হেক্তা হেকলগা চাবা চিনবা য়াদে হায়বীরে অদুবু করিগুম্বা তঙাইফত্রবদি কবম তৌবগা হেক্কনি। হংবিরকপা : সারাংথেম খোমদোন।

*পাউখুম ঃ ইবুধৌ মাগী মফমদা শেংনা হায়জবগা পৈশা অমত্তং ওইববসু হান্না কংলগা হেক্কদবনি।*

১৩ ব্রাহং ঃ লাই হরাওবদা খাগী লৈহাও তখেল্লে, কাবোকলৈ কংপা য়াববা? লৈশিং অসি মীরৈবাক্কী লৈ নত্রববা? হংবিবকপা : অঙোম মনিকাপুব, ব্রাংঙু।

*পাউখুম ঃ কংপদদি অকায়বা অমত্তা লৈতে, তৌবদবু কংনদে।*

১৪ ব্রাহং ঃ লাই হবাওবদা লাইগা হকথেংনরিবা থৌগললোইশিং মক ওইনা অমাইবা, অমাইবী, পেনা, শেল্লুংবনচিংবশিংনা ফংফম থোকপা হৈথা-লৈথাশিংগী মবমদা তাকপিয়ু। হংবিবকপা : এল. ইবোহল, শেলুংবা, চজিং।

*পাউখুম ঃ* মঙাশুবা ব্রাহংগী পাউখুম অদুগা মান্নে, মদু য়েংবীয়ু।

১৫ ব্রাহং ঃ মমাংঙৈ ইঙাদা হবাওরম্ব' লাইশিং অসি হৌজিক্তি কালেন্দা হরাওনরে। হান্না চংনরম্বা মতমদগী হোংদোক হোংজিন তৌনরিবা অসিবু য়াববা?

হংবিরকপা : লাইবা লুব্রাং।

*পাউখুম ঃ অকায়বদি লৈতে অদুবু চৎনবী অসি ঙাকপনদি ফৈ অদুনা পাৎশোইগী নোংদ্রেন অসি ইঙাদা হবাওরি।*

১৬ ব্রাহং ঃ মণিপুরদা থাংজিং, মারজিং, কৌব্রু, ব্রাংব্রেন হায়না হরাওনরগা কছাবদনা থৌব্রা, চেংঙা, য়ুচেং, য়ুহা হায়না হবাওরিবা অসি করি লৈবগীনো?

হংবিরকপা : লুব্রাং নিংথেমজাও, য়ুমনাম খুম্নৌ।

*পাউখুম ঃ লম-লমগী মিং খেৎনবগী ব্রানি, লাইদি অমত্তনি।*

১৭ ব্রাহং ঃ হিয়াঙ্গৈ থাদা চকপা ফয়েংনা মাইক খোংদ্রিবা অসি করিগীনো?

হংবিবকপা : সাপমচা সনাতোম্বা, সগোলবন্দ।

*পাউখুম ঃ লমদমশিং অসিবু কোল্লিবা ইবুধৌ লোইজিংলাকপদা হৈ-লৈ কৎপা (ঈবাৎপা) তৌদ্রিঙৈদা লাংবা খোংবা, ঈনিল থোকপা, খৎন-চৈনবা তৌহৈদে। মসিগী মকওইবসি লৌবোক পম্বানিনা লাংলবদি ফৌওইবী চেনখি হায়না লৌনৈ। অদুবু হিয়াঙ্গৈদা চনৌ কৎচদুনা ব্রাত্র-পাদবা চহি ওইহন্বীয়ু হায়না নিজৈ।*

১৮ ব্রাহং ঃ চোংখোং মবি হায়বদি থব্রা, চেংঙা, য়ুচেং, য়ুহা হায়বসিগী মাগী-মাগী মাইকৈদা কবি করি তৌগদগে? হংবিবকপা : নিংঙোম্বম বিদ্যাশ্বব, তেকচম।

*পাউখুম ঃ মাইবীনা পায়বিবদু লাইনিংথৌনি অমনা লাইবেম্মনি। মাইবী অহলনা থাংজিং অদুগা মথং মাইবীনা লাইবেম্মা পাইগনি অমসুং মবক্তা ঈশৈ লাইবোল অমা শক্কনি।*

১৯ ব্রাহং ঃ লাইনিংথৌ খোবফিবানা মৈবী উবা য়াদ্রিবা অমদি কুন্দো কৎপা য়াদ্রিবা অসি কবিগীনো তাকপিয়ু। হংবিবকপা : এস. লোকেশ্বব, নম্বোল।

*পাউখুম ঃ লাইনিংথৌ খোবীফাবনা মৈবী উবা যাদে হাযবা নত্তে মৈ চংবা পোৎ কৎপা যাদে হাযবনি। অদুগা মী লুহোংবগী লৈ কুন্দো অসি খোবীফাবদা নত্তনা লাই পুম্নমক্তা কৎপা য়াদে। খোবীফাবদা শবেংসু কৎপা যাদে।*

২০ ব্রাহং ঃ লৈনুং লোনজা পাখঙবা হায়বিবা লাই অসি হবাওবা য়াবরা, য়াদববা? হংবিবকপা : পি. অচৌবী, লাংঙাথেল।

*পাউখুম ঃ পি-পা অনি লৈমিম্নবা লাইশিংদি হবাওবা যাই। লৈনুং লোনজা পাখংবসু ইবেম্মা লৈ হবাওবা যাই।*

২১ ব্রাহং ঃ থৌবাল ক্ষেত্রি লৈকাইদা লৈবিবা যোৎপোকপা য়োৎনিংথৌ খন্নাংবা হবাওবদা কৎপা য়াদবা হৈবাং-লৈবাংশিং তাকপীয়ু।

হংবিবকপা : ব্রাইখোম মংলেম, থৌবাল

*পাউখুম ঃ থোইদোকপা য়াদবা লৈতে।*

২২ ৱাহং ঃ লাই লম থোকপদা পুনিংবা মীনা হেক্তা দোলাই পুবা য়াবরা?

হংবিরকপা : ৱাইখোম মংলেম, থৌবাল।

*পাউখুম ঃ অবাপতিদা লৈরিবা পুবৈবোম্বদি য়াদে, দোলাই পুগদৌবিবশিংদু লাইনা কৌই। অদুগা অতৈগীসু পুনিংবা মীনা হেক্তা পুবা য়াদে য়েক-লৌনদবা মীওইশিং অমসুং মচাশিং, শোইনাইদবা মীওইশিং অমদি তুমল লৌদবশিংনা লাই পুগদবনি হায়বগী চংনবী লৈরম্মী। মথক্তা পল্লিবশিং অসিদগী হেনবা পুবা য়াদবা অতৈসু লৈরম্বা য়াবি।*

২৩ ৱাহং ঃ লুৱাংশংবমগী ইবুধৌ লুৱাংপোকপা হরাওবদা ইবুধৌ ইবেনথৌগী চনিং অমমম পুম্না চনিং অনি থমই মসিবু অমখক্তমক থমগদ্রা নত্রগা অনি থমগদ্রা? করম্বনা অচুম্বনো? হায়রিবা চনিং অসি কনানা ফংগদগে?

হংবিবকপা : এন. গুনমনি, সেক্রেটরি ইবুধৌ লুৱাংপোকপা থৌগল লুপ।

*পাউখুম ঃ অমতং থমলবসু য়াই অদুবু লাই অনি গুববদি অনি থম্বসু কায়দে, থমদবদি যাদে, ৱাৎপসু য়াদে। অদুগা হায়বিবা চনিং অসি ফংবগী মতাংদদি মমাংগী ৱাহং ৫ গী পাউখুম য়েংবীয়ু।*

২৪ ৱাহং ঃ কনাগুম্বা য়ুম অমগী থোংগাল অসি উমঙলাইগী লাইবুঙ নত্রগা গুমাঙ ফাওদুনা চৎলবদি য়ুমদুদা থোকপা অশি-অনা লুহোং-খোংদোংবনচিংবা থৌদোকশিং থোরকপা মতমদ লাইবুঙদু ফাওদুনা চৎথোক-চৎশিন তৌবদা অকায়বা নত্রগা তিনবানবনচিংবা লৈগদ্রা? হংবিবকপা : এন. গুনমনি, লুৱাংশংবম।

*পাউখুম ঃ লাইগী শঙলেন্দুমক ফাওদুনা চৎপা থোকলবদি চৎত্রিঙৈগী মাঙওইননা হৈ-লৈ অমত্তং কৎলগা হায়জগনি অদুগা চৎপা মতমদা ফি অমনা লাইমাঙদা হায়বদি চৎলিবদুগা লাইগগী মরক্তা খনগনি অদুগা চৎকনি।*

২৫ ৱাহং ঃ লাই হবাওবগী য়াবা য়াদবশিং অসি কবম্না লৈরম্বনো, পুয়াদ ইদুনা থমলম্বা লৈবরা? হংবিরকপা : পি. সবতকুমার, খাবী, নম্বোল।

*পাউখুম ঃ ঐখোয়গী খুম্নাই অসিগী হৌবক ৱারী, লৈশেম ৱাবী পুম্নমক্তা লোইননা পুম্সিবোলগী মশক গুনা য়াওরবা লাই হবাওবগী থৌবমশিং অসিগী যাবা যাদবা চৎনবী কয়া অসি অরিবা পুয়াশিংদ ইবম্বদা নত্তনা পথাং-পুথাংগী চৎনবকপা কয়া অমসুনি।*

২৬ ৱাহং ঃ ইবুধৌ মাবজিংদা কৎপা য়াবা য়াদবা হৈ-লৈশিং তাকপীয়ু।

হংবিরকপা : ইবোমচা, হৈঙাং।

*পাউখুম ঃ অতৈ লাইদা কৎপা য়াদবশিং অদু মাবজিংদা কৎপা য়াদে অদুগা অতৈদি*

*লোয়না যাই। ইবুধৌ মাদি সনামহি লাইচৎনি পুম্নমকপু শেম্বনি, অমাইবশিং অসি ইবুধৌ মাবজিংনা লমজিংলিবনি।*

২৭ ৱাহং ঃ **পাখংবগী লাই হবাওবদা থম্বাল কৎপা য়াবরা?**

**হংবিবকপা : ইবোপিশক, ৱাহেং খুমন।**

পাউখুম ঃ *ইবুধৌ পাখংবা হবাওবদা থম্বাল, থম্বৌ, থমচেৎ কৎপা সুকয়া য়াদে। থম্বাল অসি পাখংবা মশানি, মশাবু মশাদা কৎপা তৌহৈদে।*

২৮ ৱাহং ঃ য়েকতা য়ুম পানবী অমাইবী অমনা লাই হবাওবা য়াওবা য়াববা?

হংবিবকপা : কুমাব, ৱাহেংখুমন।

পাউখুম ঃ *যেকতা যুম পানবী মাইবী অমনা লাই হবাওবা যাওদুনা জগোই শাবা ঈশৈ শকপনচিংবা যাওববদি যাই অদুগা লাই পাইবা, লাইমাং ফম্বা, লাইকৎপনচিংবদি শুকয়া যাদে, তৌহৈদে।*

২৯ ৱাহং ঃ উমঙ লাই হবাওবগী নুংগী ওইবা ৱাঙুলোন অসি কবিনো?

হংবিবকপা : সিনামচা অপানবা খুমন।

পাউখুম ঃ *তাইবংপাল অসিনা ওইগদবা মওং-মতৌ পুম্নমক অসি অশিবনা হাযবদি লাইনিংথৌ সনামহিনা অতিংকোক মক শিদবগী পিবুকনুংদগী চিংথোবকপগী মওং মতৌশিং অসি লৌবগা লাই হবাওবা হৌখিবগী মওং মতৌশিং অসিনা লাই হবাওবগী ওইবা ৱাংঙুলোননি। লাই হবাওবা হাযবসি তাইবঙ পুম্নমক্কী মবম্বু ফোংদোকপনি।*

৩০ ৱাহং ঃ লাই হবাওবগী মতম অসি কবম কবম্বা থা ওইগদগে? চহি চুপ্পা হবাওবা যাব্রা? হংবিবকপা : ৱাইখোম অমুথোই, খোঙহামপাৎ খুম্নৌ।

পাউখুম ঃ *ইঙেন, থরাল, লাংবল হাযবিবা থাশিং অসি লাই হবাওবা যাদে। অদুবু ৱাহেং লৈকাইগী যুমজাও লাইবেম্বীদি লাংবন্দা হবাওই।*

৩১ ৱাহং ঃ লাই পুম্নমক্তা শংব্রে, কুন্দো, অপাবজিতা হাযবিবা লৈ অহুম অসি কৎপা যাদে হাযবিবসি কবিগীনো? হংবিবকপা : সেবামচা সনাথোই অঙোম্বা।

পাউখুম ঃ *শংব্রে অসি গুরুবু কুপ্পা নাপীনি, কুন্দোনা মী লুহোংবগী লৈনি অদুগা আপাবজিত্তনা গৌবচন্দ্রা মহা প্রভুগী লৈনি অদুনা লৈ অহুম অসি লাইদা কৎনদে। অদুবু অৱাং কোইবেংগৈদা লৈবিবা লাই অসিতংদি হবাওবদা শংব্রে অসি কৎতবা সুকযা যাদে। অসিগুম্বা খবসু লৈতবদি নত্তে।*

৩২ ৱাহং ঃ লাইবোলগী মতাংদা পল্লিবা বোশো অসি কবিনো?

হংবিবকপা : সনাহল মঙাং কোংবা উচেক্লোন।

*পাউখুম ঃ* *থং-থং থংনবো, রোশো থংনরো। হো-বো-শো, তাইবঙগী থরাই ওইবা রাফমনি। নুংগী ওইবা রাফমদা ফমদিন্নবনি।*

৩৩ ব্রাহং ঃ নুমীদাংদা লাই ইকৌবা য়াবরা, য়াদবরা? মরম তাকপিয়ু।

হংবিবকপা : এম. তোম্বা, লাংগুথেল।

*পাউখুম ঃ* *নুমীদাং হায়বসি অমম্বনি, অমম্বা হায়বসি অশিবনি, তৌগদৌবিবা লাই ইকৌবদি অচংবগী থবকনি। অচংবগী থবকপু অশিবদা তৌবা শুকযা য়াদে। অদুনা নুমিদাং ইকৌবদি যাম্না তৌহৈদে, যাদে।*

৩৪ ব্রাহং ঃ উমঙ লাই হবাওবদা লাই খুরুম্বা লাকপশিংদা লাইবক্তা অঙাংবা মচু (শিন্দুব) নম্বসি য়াববা? হংবিবকপা : এল. সনজিৎকুমাব।

*পাউখুম ঃ* *মসি মতম-মতমগী ব্রানি অদুবু শিন্দুব নম্বসি যাদে। চৎনদে মালেম লৈশা ওইনা নমগদবনি।*

৩৫ ব্রাহং ঃ উমঙ লাই হরাওবিঙৈদা খুন্দুদা মী অমা শিবা তাববদি কবম তৌবা তাবগে? হংবিবকপা : অঙোম মনিকাপুর, ব্রাঙু।

*পাউখুম ঃ* *কবিগুম্বা লাই হবাওবিঙৈদা খুন্দুদা মী অমা শিবা তাববদি লাইশঙদু থোং লোনগনি অদুগা মপান্দা লং তিংলগা তাইবেল মনা খবা থেৎকনি। অশিবদু মশা তুম্লগা লংদু লৌথোক্লনি, মাইবনা অনম-অথৌ কোকলগা থোং হাংগনি অমদি অমুক হবাওগনি। শাগৈ লাই ওইববদি হবাওবা যাদে, যুম শেংদ্রিফাওবা।*

৩৬ ব্রাহং ঃ লাই পোৎ লান্নবা হাযবা থৌবম অসি কবিনো? অদুগা লুহোংবদা হৈক্রু-হৈনিং যাওবিবা অসিনা কবি তাকপগে?

হংবিবকপা : অঙোম বোমেন, লাই মাইবা, বাংঙু।

*পাউখুম ঃ* *লাইফম অমগা অমগা হৌবক ব্রাবীদা মান্নববদি চৎনবী অমা ওইনা হবাওবদা পোৎ লান্নে। মসিবু লাইপোৎ লান্নবা কৌই। অদুগা হৈক্রুনা কুবীযে, হৈনিংনা নীংননবনি। অমনা অমবু নিংননবা অমদি লাইংথৌনা কুবীদুনা কাযদনবা হৈক্রু, হৈনিং হাপলিবনি।*

৩৭ ব্রাহং ঃ লাই হবাওবা মতমদা নুংথেল লৈমা ইমাগী যেৎতা ফমগদবা নুপা অসি লোযালাকপবা নত্রগা খুমন পোকপবা শেংনা তাকপীবকউ।

হংবিবকপা : লক্ষমন, হৈক্রুজম মমাং লৈকাই।

*পাউখুম ঃ* *নুংথেল লৈমাগী যেৎতা লোযালাকপা ফমগনি, লোযালাকপগী যেৎতা খুমন পোকপা ফমগনি।*

৩৮ ব্রাহং ঃ বামোন্না লাই হবাওবদা লাই পুবা যাববা?

হংবিবকপা : কে.এস.ঐচ. খম্বা, সুগু।

*পাউখুম ঃ ইপা-ইপু হাক্তগী চৎনরক্তে তৌহৈদে হায়দুনা, অদুনা পাথাং-পুথাংগী চৎনবী কায়হন্দবা হায়বসি ঐখোয়গী ইথৌনি।*

৩৯ ব্রাহং ঃ নিংথৌখোংদা লৈরিবা লাইনিংথৌ ওকনরেললগী পারি-পুরি তাকপীয়ু।

হংবিরকপা : কে.ঐচ. তোম্বীনৌ, নিংথৌখোং।

*পাউখুম ঃ লাইনিংথৌ ওকনবেল অসি কৌব্রুগী মচানি, কৌব্রুনা মাগী পারি-পুবিনি অদুগা থংনরেললনা থাংজিংগী মচানি।*

৪০ ব্রাহং ঃ ইবুথৌ শন্দোং অমদি ঈশিং চাইবা লাই অনি অসি করম্বা লাইচৎনো? খুবমগী লাইরা, শাগৈগী লাইরা? হংবিরকপা : দবলিউ. য়াইমা, কুম্বী।

*পাউখুম ঃ হায়বিবা লাই অনি অসি সনামহি লাইচৎনি, শাগৈগী লাইনি। পাওনমনা লাইসিগী লাইপুনি।*

৪১ ব্রাহং ঃ লৈনুং থবো অশৈবা হায়রিবা লাই অসিগী মরমদা খবদং তাকপীবকউ। শৈথাবদা করম্না শৈথাগদগে? হংবিবকপা : য়াইমা, লুব্রাংচা, থম্বালখোং।

*পাউখুম ঃ লৈনুং থবো অশৈবা হায়বসি পেনা খোংবগী পুকোকনি। শৈথাবা মতমদদি হৈ--হায়া-হেনা শৈথাগনি।*

৪২ ব্রাহং ঃ লাইচৎ-লাইহুই হায়বসি কবিনো? হংবিবকপা : লাংমাই।

*পাউখুম ঃ লাইদগী থংথবকলগা লাইগা মীগা শম্নবকপা অদুগা মী ওইবকপা হায়বদি লাই পুম্নমক্তগী থংথবকপা অসি লাইহুইনি।*

৪৩ ব্রাহং ঃ থুমলৈমা হাযবসি থুমখোং খুদিংমক্তা লৈবা লাইরেম্বী ওইবরা? ইমা অসিগী লাইরেম্বদু কনানো? হংবিরকপা : কে.ঐচ. ইবোতোম্বী লুব্রাং, উমাথেল।

*পাউখুম ঃ লাইবেম্বী অসি থুমখোং খুদিংমক্তা লৈ অদুগা থুমখোং নিংথৌনা থুমলৈমগী লাইবেম্বানি। মসি মফম খবদা লৈ।*

৪৪ ব্রাহং ঃ লাইগা মীগা শম্নরিঙৈদা উমঙলাইশিং হরাওখিবা লৈববা? উমঙলাইগী ব্রাহম্পোক কবিনো? হংবিরকপা : এস লোকেশ্বব, নম্বোল।

*পাউখুম ঃ নোংপোক নিংথৌ অমদি ইমা পান্থোইবী অনিনা নোংমাইজিং চিংদোলদা হবাওখিবা অনিশুবা লাই হবাওবা অসিনা লাইগা-মীগা শম্নবিঙৈদা হবাওখিবনি। উবম্বদগী উখিদ্রবা উরম লাই হায়বসিনা উমঙ লাইগী ব্রাহম্পোকনি। মসিবু লাই হোইলাওবা, উবম লাই অমসুং উমঙ লাই কৌগনি।*

৪৫ ব্রাহং ঃ হৌজিক-হৌজিক খুভম য়াদুনা লাৎনবিবা খোইমোম লাইরেম্মা হায়বিবা লাইবেম্মা অসি করম্বা লাইচৎকী মনুং চনবগে?

হংবিবকপা : কুমার হৈম্নাম্বা, তৌপোকপী।

*পাউখুম ঃ ইমা ইবেন্মা খোইমোম লাইরেম্মদি লৈমারেল লাইচংনি।*

৪৬ ব্রাহং ঃ উমঙ লাই ৯ গী মনুংদা য়াওরিবা কৌব্রু হায়রিবসি চিংগী মমিংলা নত্রগা লাইগী মমিংলা? লাইগী মমিং ওইরগনা চিংসিগা করম্না মরী লৈনরিবনো?

হংবিরকপা : এস.কে. অপানবা।

*পাউখুম ঃ লাইবুথৌ ৯গী মনুংদা য়াওবিবা লাইনিংথৌ কৌব্রু হায়বসি চিংগী মমিংনি। লাইবুথৌ অসিগী মমিংদি অসুপ্পা হায়না কৌই, অব্রাং মায়কৈ কোপ্লি, কৌব্রু চিংদ লৈ হায়বগীদমক লাইনিংথৌ অসিবু অব্রাং কৌব্রু অসুপ্পা হায়না খঙনৈ। লাইনিংথৌ অসুপ্পনা অব্রাং মায়কৈ ঙাকুনা কৌব্রু চিংদা লৈবনি। মসিনি কৌব্রুগা চিংগা লৈনবিবা মবী।*

৪৭ ব্রাহং ঃ ব্রাংঙু তম্ফা লাইরেম্বী অসি উমঙ লাই ৩৬৪গী মনুংদা য়াওদে, লাইরেম্বী অসি মৈদিংঙু য়োইমোম্বগী মতমদগী লৈরকলগা চহি ৭ খুন্তাকপদা অব্রাশিংনা লাইবেম্বী অসিগী কোমাই পুখিদুনা কোন্দোং লাইরেম্বী ওইখিবগী ব্রারী অসি চুম্ব্রা? লাইরেম্বী অসি উমঙ লাই ৩৬৪ গী মনুংদা য়াওদ্রিবা অসি কবিগীনো?

হংবিরকপা : অমোম মনিকাপুর, ব্রাংঙু।

*পাউখুম ঃ অশেংবনি লাইবেম্বী অসি চহি ৭ খুন্তাকপদা অব্রাশিংনা পুখিবদগী কংলৈসিগী উমং লাইশিং মশিং থিবকপদা য়াওখিদবনি।*

৪৮ ব্রাহং ঃ লাই নুপীগী লাইচংকী মমিংদা লৈমা অমসুং চনু তাবা লাইশিং অসি হবাওবা য়াব্রা? হংবিরকপা : থোংঙাম বাজেন, তাওবুঙখোক।

*পাউখুম ঃ লাই নুপীশিং অসি লাইবেম্বা য়াওববদি হবাওবা য়াই য়াওদ্রবদি হবাওবা য়াদে।*

৪৯ ব্রাহং ঃ বিষ্ণেনপুবদা লৈবিবা উমঙলাই ময়াংঙম্বা হায়বিবা লাই অসি হবাওবদা ফনেক ময়েক নাইবা শেৎলগা হরাওবগী মহুত্তা ময়াংলং, পুঙৌফনেক শেৎলগা হবাওবা য়াওনৈ, পুঙৌ ফনেক শেৎনবগী চৎনবী অসি লৈ, কবিগীনো?

হংবিরকপা : কপোবতি মাইবী, বিষ্ণেনপুব।

*পাউখুম ঃ ফনেক ময়েক নাইবা অসি পাংনা শুগন্দে, অদুগা ময়াংলং অমসুং পুঙৌ ফনেক অসিদি তোইনা শু-চাম্মী, অদুনা অশেংবা শু-চামলবা ফি শেৎতুনা লাই হবাওবনি। লাই তাইনবদি পুঙৌ ফনেক শেৎকনি।*

৫০ ব্রাহং ঃ তাবুম্বা হায়বিবা লাই অসি মফম কদায়দ খুভম য়াবা লাইনো?

হংবিবকপা : সরাংথেম লোয়া, শগোলমাঙ

*পাউখুম ঃ লাইনিংথৌ তাবুম্বা অসি পুখাওদা খুভম য়াবা লাইনি।*

৫১ ব্রাহং ঃ খোঙজোম নিংথৌগী লাইচৎ অসি তাকপিয়ু।

হংবিবকপা : মোইরাংথেমচা তোম্বা, লাংঙথেল।

*পাউখুম ঃ খোঙজোম নিংথৌ অসি মীনা ওইখিবা লাইনি। নিংথৌ পনবা লাই অয়াম্বা মীনা ওইখিবনি।*

৫২ ব্রাহং ঃ করম-কবম্বা খুলদা সনামহি হরাওবগে? ব্রাঙ্গোইগী সনামহি খুভম অসিদা হরাওরিবা অসি য়াদে হায়নবা লৈ, অশেংবা মরম তাকপিয়ু।

হংবিরকপা : সাগম ভৈগ্যা, তেরা

*পাউখুম ঃ মফম অতৈদা সনামহি হবাওদে। সনামহিদি তাইবঙপাল শেম্বা য়ুমগী নিংথৌ ওইদুনা লৈবা লাইনি, মপান্দা পুথোক্নুনা হবাওখ্রবদি লমলাই ওইথ্রগনি অদুগা য়ুম অদুনা থব্রাই য়াওদ্রবা য়ুম ওইহৌগনি ফত্তে। কংলাদা লৈবিবা ইবুধৌ পাখংবা অসি হবাওবা যাদে, খুভমনি লেংবা য়াদে। ব্রাঙ্গোইদা লৈবিবা সনামহি খুভম অসিদা হবাওরিবা অসিসু হবাওবা তাববদি ঔগ্রী হংগেল চোংবা শকপা অমদি লাইবেল মখেক চৎপা য়াদে, তৌহৈদে।*

৫৩ ব্রাহং ঃ মৈতৈগী অশেংবা লাইফমশিংবু হিন্দুগী মমিং থোনজিনখিবা কয়া য়ামনা লৈবগে। হায়রিবা মমিং ওম্থোকখ্রবা লাইশিং অসি অমুক হন্না হবাওবা য়াবোইদ্রা? হংবিরকপা : একে. নেতাজী, য়াইবিপোক, কেদো।

*পাউখুম ঃ মৈতৈগী অকবা লাইফম কয়া হিন্দুগী মমিং থোনখ্রবশিং অদুদিঃ-*

| | | | |
|---|---|---|---|
| *১।* | *মহাবলি* | - | *মোংবা হন্বা* |
| *২।* | *কমখ্যা দেবী* | - | *হিয়াংথাং লাইবেম্বী (লাইবেম্বী অসি হৈবোক লৈমা মোনশম্বী, ঈবৈমা, নমুঙ লাইবেম্বী ওইনা লাংওলনি।)* |
| *৩।* | *থোংঙাম মোন্দুম মহাদেব* | - | *নুংকাং হলাবা (লাই অসি লৈশেম্বদা যাওবকপা লাইনি)।* |
| *৪।* | *কলিমাই* | - | *পুলিসলেন্দা লৈবা পাম্থোইবী খুভমনি।* |
| *৫।* | *আবাম্বম নিত্যাইন্দা* | - | *পাখংবগী খুভমনি।* |
| *৬।* | *গোবিন্দদা লৈবিবা বিষ্ণু* | - | *সলাইলেন শিদবনি।* |
| *৭।* | *বকনিগী শিবা মহাদেব* | - | *নোংপোক নিংথৌ পাম্থোইবীগী খুভমনি।* |
| *৮।* | *কৌব্রু লৈখাদা লৈবা মহাদেব* | - | *কৌব্রু অসুপ্পনি।* |
| *৯।* | *ইঙৌবোক মহাদেব* | - | *নোংপোক নিংথৌ, পাম্থোইবীনি।* |
| *১০।* | *চিংফু মহাদেব* | - | *চিংফু নিংথৌনি।* |

*১১। ব্রাইরোইচিং মহাদেব - সনামহিনি (লাই অসি নিংথৌ কাংবনা লাংলমবনি)।*

*১২। কায়না - পাংগুমবমগী খুভমনি।*

*মথক্তা পনবদা য়াওদবা কয়ানচিংবা লৈবমখিনি। লাইশিং অসি মতমগী মতুং ইন্না মশাগী শক্তম শাফোংলকখিগনি অমদি হবাওনবকখিগনি।*

৫৪ ব্রাহং ঃ উমঙলাই হরাওবগা, ইমা পান্থোইবী হরাওবগা হৈকৎ লৈকৎ, জগোই-ঈশৈ খেৎনবরা ? হংবিরকপা : নামৈরাকপমচা নবচন্দ্রা।

*পাউখুম ঃ খেৎনবা থোইদোকপা লৈতে।*

৫৫ ব্রাহং ঃ ঐথোয়গী খুঙ্গংশিংদা লৈরিবা উমঙলাইশিং অসি উমঙলাই হায়বনা চুম্রা নত্রগা উরম লাই হায়বনা চুম্রা তাকপিয়ু। হংবিরকপা : এল. মুনাল, সন্দংখোং।

*পাউখুম ঃ মফম-মতমগী মতুং ইন্না হায়নরম্বনি অনিমক চুম্মী।*

৫৬ ব্রাহং ঃ চাকখাবা হায়বিবা লাই অসিবু পাখংবগী নাতোন য়েৎতগী পুথোকপরা নত্রগা শুক শিদবগী নাতোন য়েৎতগী পুথোকপরা?

হংবিরকপা : আর.কে. নবিন্দ্রা, থাংমৈবন্দ।

*পাউখুম ঃ চাকখাবা হায়রিবা লাই অসি পাখংব মশামকনি।*

৫৭ ব্রাহং ঃ লাইনিংথৌ খমলাংবা, কোনজিন তিংথোকপগী লাইচৎনি হায়রিবা অসিনা চুম্বা তাববদি ককচিং খমলাংবগী থেলোন্দ সনামহিগী লাইচৎ ওইনা শোনখি অদুগা নাওরেম অমুয়াইমগী ককচিং খুম্থোকলোন্দ অতিয়া শুক শিদবগী য়াদগী ওইনা শাফোংলকই হায়না ইরি, কবম্বনা চুম্বগে তাকপিয়ু।

হংবিরকপা : কে. এস.ঐচ. আতো, ককচিং।

*পাউখুম ঃ নাওবেম অমুয়াইমাগী ককচিং খুম্থোকলোন্দা ইবিবা অসিনা অচুম্বনি।*

৫৮ ব্রাহং ঃ হেবিকোম্না লাই হবাওবগী মতাংদা পুথোকপিবিবা ব্রাফমশিং অসি চৎনহন্নবা হোৎনবদা খুঙ্গং খুঙ্গংদা লৈরিবা লাই হবাওফমশিংগা মতৌ করম্না পাও ফাওনগদগে? হংবিবকপা : সবাংথেম খোমদোন, কক্‌চিং খুন্নৌ তম্পাক ময়ুম।

*পাউখুম ঃ লাই হরাওবগী থৌবমশিং অসি পাথাং পুথাংগী পাবম চুম্না পাংথোক্ল বা হোৎনবদা হেবিকোম্না মতম চুপ্পদা মীয়ামগী মতেং নিজবি। মসিগীদমক হেবিকোনগী নোংমৈবুঙদা লৈবা ওফিসতা পাউ পিবীয়ু নত্রগা ইশা লাকপিয়ু অদোম্বু তেংবাঙজগে।*

৫৯ ব্রাহং ঃ উমঙ লাইগী অথোরিটি অসি মর্জব এগ্রিমেন্টকী মতুং ইন্না সনা কোনুংলা, গোবিন্দজী তেম্পল বোর্ডলা, সনামহি তেম্পল বোর্ডলা? অহুম অসি

কনানা ওইগদগে? হংবিবকপা : এল. বিরেল, জেন. সেক্রেটরি,
থৌবাল নিংথৌ থৌগল কাংলুপ, থৌবাল।

*পাউখুম ঃ উমঙ লাইগী অথোরিটি অসি মমাঙঙৈদগী হায়বদি মার্জর এগ্রীমেন্ট তৌদ্রিঙৈদগী হৌনা নিংথৌ অমদি সনা কোনুংনা ওইদুনা লাকই। খুম্নাই অসিগী কাংলোন খুদিংমক সনা কোনুং হায়বিবা ঐখোয়গী নেস্যনেল ইন্সটিট্যুট অসিদগী শেমলকই, চৎনহনলকই অমদি চৎনবকই। মবমদুনা অঙম্বা মতমদগী হৌনা খুম্নাইসিগী চৎন-কাংলোন পুম্নমক য়েংশিন্নবা ফমদৌ ৬৪ হাপ্তুনা খুম্নাইগী চৎনবী লৈজবা খুম্নাই অমা ওইবকই। চৎনবীশিং অসিবু অতোপ্পা লমদমসিবু লোয় চনলম্বা লৈবাকশিংনা থক থুগাইবমদে অদুবু লৈবাক অসিনা খুৎশেমগী মার্জর অমা ভাবতকা তৌনম্রবা মতুংদা ঐখোয়গী চৎনবী পুম্নমক্তা চয়েৎনবা কয়া থোকহনলকলি। লাই হবাওবদা নত্তনা খুম্নাইসিগী ওইবা কষ্টমবি বাইটকী মতাংদা খুৎশেমগী মার্জর অদুদা শুগাইনা পনলি,*

*লাই হবাওবগী অসুপ্পা মপু নিংথৌ অমদি সনা কোনুংনা ওইবগী হকশিং ঃ উমঙ লাই হবাওবগী লাইবোলগী ওইবা তক-তকবা শক্তমদা ইবাংগী মথেল হাপচিন্দুনা অচৌবা অহোংবা অমা লাক্লিবা অসিগী মকওইবা মবমদি উমঙলাইগী ওইবা ওথোবিটি (মপু) দা চযেৎনবা হায়বদি ওথোবিটি নত্তনা ওথোবিটি শাশিনলকপা অমদি উমঙলাই পান্নবিবা (লাই পান্নবিবা) মীওইশিং নত্রগা খুঞ্জাশিংনা উমঙলাইগী মতিক ময়াইবু মমুৎ তানা খঙনদবা অমদি নৈনদবা অসিননি।*

*অদুনা উমঙ লাইগী অশেংবা পাথাং-পুথাংদগী হায়বদি যেলহৌঙৈদগী লৈবক্লবা মপু ওথোবিটি অদু কনানো হায়বদু খঙদোকমিন্নবা চঙই। হৌজিক হৌজিক লৈপাক মীযামদা চমন্নবিবা ব্রাফমদি ওথোবিটিনি হায়দুনা উমঙ লাই পান্নবিবা (১) সনা কোনুং (২) গোবিন্দজি টেম্পল বোর্ড (৩) সনামহি টেম্পল বোর্ড অহুমসিগী মনুংদা কনানা অবেপ্পা অচুম্বা ওথোবিটিনো হাযবা ব্রাহংসিনি।*

*মসিগী অশেংবা পাউখুমদি লৈপাক নিংথৌ (সনা কোনুং) না অশেংবা ওথোবিটি - লাইবোল অমদি কষ্টমনা হাযবনি।*

*অমুক্তসু ইং কুমশিং ১৯৪৯ সেপ্টেম্বর ২১ দা লৌখিবা মর্জর এগ্রীমেন্টনসু লৈপাক নিংথৌনা কষ্টম অমদি লাইনিংগী মপুনি হায়বা তাক্লি। এগ্রীমেন্ট অসিগী ২ শুবা আবটিকল দা অসুম্না ইবি - "His Highness the Maharaja shall continue to enjoy the same personal rights, privileges titles, authority over religious observances, customs, usages rites and ceremonies and institutions in charge of the same in the state which he would have enjoyed*

had this agreement not been made " অসুম্না মর্জর এগ্রীমেন্ট অসিনসু নিংথৌগী কষ্টম অমদি লাইনিংগী ওইবা লাইরেলদগী শাগোম্নরকপা হক অদুদি অসুম ভাক্তুনা থমলি, ইকাই খুম্নবি।

অমুক্তসু উমং লাইগী লাই পাম্নবা (ফমনাইবা) হাম্নগী মতাংদা লৈবাক নিংথৌনা হাম্না তাংজেং খুঞ্জাওগী লাইনিংথৌ লোকনিংথৌ সনামহিগী ফমনাইবা নোংমাইথেম মঙলেম, হিদংগা গোবিন্দ টেম্পল বোর্ডনা হাম্না থাইদেম মোহোন অমদি কাংবু (লাইগী ফমনাইবশিং) অনিগী মবক্তা লাই (লোকনিংথৌ সনামহি) অমদি লাইগী মরল মথুম মুম্নবগী কেশ অমদা সিভিল জজ থৌবাল কোইনা তাখিবা বাইদা মহারাজ (নিংথৌ) না কষ্টমগী মপুনি অমদি উমং লাইগী ফমনাইবা হাম্নসি নিংথৌ (মহাবাজ) গী হকনি (right & authority) হায়না পীবি।

বাই অদুগী ১২ শুবা জজমেন্টতা অসুম্না পনলি : "To clarify whether the Maharaja is the customary head of the State, the Ld Conucel submitted that according to Article 363A of the Indian constitution though recognition granted to Rulers of Indian States are ceased and privy puses are abolished the succession according to custom of His Highness, authority over religious observances, custory, usages rites and ceremonies and institutions guaranteed by the Merger Agreement is still in force and as such there is still Maharaja of Manipur being the customary Head of the State"

অদুগা ১৩শুবা জজমেন্ট তা অসুম্না পনলি ঃ "Considering the above facts and circumstances I am of the opinion that the Maharaja of Manipur is the appointing authority of the Hanjaba and Hidang of the deity Lokningthou Sanamahi

Hence the issue is decided in favour of the plaintiff

অদুগা ১৭শুবা জজমেন্ট তা অসুম্না পনলি ঃ

In the result it is declared that the plaintiff was appointed by a legally competent authority and he is now in-charge of the Hanjaba also of the deity Lokningthou Sanamahi of Tangjeng Khunjao etc etc

কেশ অসিগী plaintiff না নোংমাইথেম মংলেমনি, নিংথৌনা হাম্না হিদংনি কেশ নং. না OS No 9 of 1995/4 of 1997 নি, মরমশিং অসিনা লৈপাক নিংথৌনা কষ্টম লাইনিংথৌ মপুনি অদুনা উমং লাইগী মপু (ওথোরিটি) লৈপাক নিংথৌনা অসুম ওইবি হায়বদি তশেংনা তাকলি।

য়েৎশিনলকলিবা ওথোরিটিশিংগী মতাংদা মখাগী অসুম্না থমনিংই :

১) গোবিন্দ টেম্পল বোর্ড : বোর্ড অসিগী এক্ট তা উমঙ লাইগী রাফম শুকয়াও য়াওদে। অমুক্তসু "গোবিন্দ" অমদি "উমঙ লাই" অনি অসি তোঙান

তোঙানবা লাইনিং (ধর্ম্ম) গী লাইশিংনি। অদুবু বোর্ড অসিনা মাগী বাই-লো দা উমঙ লাই পায়নবা ৱাফম (ক্লোজ) কয়া হাপচিন্দুনা উমঙ লাই পাইশিনলকপবু য়ানিংদদুনা হিজম ইবোবী না গৌহাটি হায় কোর্টতা থাঙ্গৎখিবা কেশ (CR No 206 of 1987 - Hijam Ibobi Singh Vs State of Manipur) গী Judgement & Order দা মখাগী অসুম্না ময়েক শেংনা পনলিঃ

Para 5 অসুম্না য়াওবি "We have gone through the entire Act of the Shri Govinda Temple Act, 1972 and we do not find anywhre the word "Umanglai Committee" This would show that the Act does not cover the Institution of Umang Lai Section 30 of the Act makes abundantly clear that the Shri Govindajee Temple Board, may make Bye-laws not inconsistant with the Act By now it is well settled principle of laws that the Rules framed under the Act can not be contrary to the Act In the instant case the Board has been empowered to frame Rules under section 30 of the Act strictly in accordance with the Act As already said nowhere in the Act the Institution of Umang Lai has found place In this view Rule 12 (V) and Rule 23 as referred above, covering the Umang Lai Institution is Ultra - Vires the Act

Para 6 অসুম্না য়াওবি Indian Constitution গী Article 26 (B) দা পীবিবা Freedom of Religion গী মতাংদা কুপ্না নৈনবি লোয়ননা অসুম্নসু পনলি "A law which takes away the right of administration from the hands of a religious denomination altogether and vest it in any other authority would amount to violation of the right guaranteed under clause (d) of Article 36"

Para 7 দা অসুম্না পনলি ঃ "In view of the settled principle of law enunciated by the Apex Court it would clearly appear that the Board has framed the Rules contrary tó the mandate of section 30 of the Act and also ultra-vires the madate of Article 26 (d) of the constitution In the result, Rule 12(v) and 23 of the Bye-Laws and other relevant provisions in the Bye-Laws with regard to functioning Umang Lai Loishang and Lai Haraoba are hereby quashed as Ultra - Vires the Act"

মবমশিং অসি লৈবনা গোবিন্দ টেম্পল বোর্ডনা উমঙ লাইদা খুৎ থিংজিনবা অমদি ওথোবিটি শাবা আইনগী মতুংইন্না য়াদে হায়বসি ময়েক শেংলে।

২) সনামহি টেম্পল বোর্ড ঃ সনামহি টেম্পল বোর্ড এক্ট ১৯৭৬ অসিদসু লাইনিংথৌ সনামহি নত্তনা উমঙলাই পাইশিনবগী হায়বদি ঙাক শেনবগী ৱাফম বোর্ড অমত্তা যাওদে। গোবিন্দ টেম্পল এক্ট কুমবনি। অদুগা বোর্ড অসিগী খ্বাইদগী থেংনা ফোংবা লানিংথৌ সনামহি টেম্পল বোর্ড বাই-লোজ ২০০৬ (Manipur Gazettee Notification dt 2/8/2006) তত্ত উমঙলাই ঙাক শেনবগী কল অমত্তা য়াওদে। বাই-লো অসিগী কল নং ৪. মখাদা পীবি।

**4 Constitution of Loishang**

i The Board shall constitute the following Loishangs/ Committees to ensure efficient working

a) "Amaiba Loishang" for dealing with the matters relating to conventions and practices of Social taboo, rites of Lainingthou Sanamahi and Ima Leimarel Shidabi

b) "Amaibai Loishang" for dealing with the conduct of paojel of Lainingthou Sanamahi and Ima Leimarel Shidabi and also decide the form of movement of the ritual dances etc

c) "Pena Loishang" for dealing with the matter relating to Yakairol, Naosum, Anoirol etc of Lainingthou Sanamahi and Ima Leimarel Shidabi

d) "Umanglai Loishang" for dealing with the control and management and also for guiding and supervising the "Pena Loishang", "Amaiba Loishang" and "Amaibi Loishang"

*অসুম্না বাই লোদা পনলিবা উমঙলাই লোইশঙ অসিদি উমঙলাই পাইবগী নত্তে লাইনিংথৌ সনামহিগী লৈরিবা অমাইবা অমাইবী পেনা লোইশঙশিং পাননবা শেম্বা লোইশঙনি।*

*লৈরিবা ফিভম অসিদা সনামহি টেম্পল বোর্ডনা উমঙ লাইগী মপু (ওথোবিটি) ওইবগী হক অমত্তা এক্ত অসিনা পীদে হায়বসি ময়েক শেংলে।*

*অসুম্না লৈপাক নিংথৌনা কষ্টম মপুনি উমঙলাইগী মপু ওথোরিটিনি অমদি কনাগুম্বা অমত্তনা মেনশিনবগী হক লৈত্রে। মরম অদুনা উমঙলাইগা মরী লৈনবা লোইশঙ পুম্বা লৈপাক নিংথৌগী মথাদা মহৌশাগুম থমদুনা লাইথৌ তৌগদৌবিবা অমাইবা অমাইবী পেনানচিংবা নিংথিংনা মমুৎ তানা তাকপী তম্বীদুনা হৈহনলগা উমঙলাইশিংগী থৌগল চুম্না তৌহনবনা পাথাং পুথাংদগী চৎনরকপা উমঙলাই হবাওবগী তক তকবা শক্তমবু ঙাকপা ঙম্বগী পাম্বৈ ওইবতা নত্তনা লৈচাও খুঞ্জাওবা পুবক্তুনা মপাঙ্গল কনবা মবা তম্না ঈবৈপাক অদু ওইবক্তনি হায়বগী থাজবা লৈজে।*

*অদুনা লাই হবাওবগী অথোবিটি অসি নিংথৌ অমসুং সনা কোনুংনা ওইদুনা লাকই ওইদুনা লৈবি হায়বসি ঐখোয়গী মীয়াম্না খঙমিম্নরসি।*

৬০ ৱাহং ঃ লাইফম খুদিংদা লৈরিবা লাইগী ফমদৌশিং হঞ্জবা, হিদাং অমসুং লাই শেম্নুংবা হায়রিব অসিগী মথৌ অসি করিনো? অদুগা লাই হবাওবদা করি করি ফমদৌ লৈগদগে? অমসুং ফমনাইবশিংগী ফমফমদু তাকপিয়ু। হংবিরকপা : ইবোমচা, হৈঙাং ময়াই লৈকাই।

*পাউখুম ঃ হিদাং হায়বসি চকপা শিংগীনি, অদুগা লাই হবাওবদা লৈগদবা ফমদৌশিংদি লাই শেল্লুংবা, লৈবোই হঞ্জবা, লাবোই হঞ্জবা, শিংলোই হঞ্জবা হায়রিবশিং অসি লৈগনি। অদুবু হবাওবা খেৎনবগী মতুংইন্না ফমদৌশিং অসি হেনগৎপসু লৈ। শেল্লুংবগী মথৌদি লাই পান্নবনি। অদুগা ফমনাইবাশিংগী ফমফমদিঃ*

**খুল নুপীশিং অমদি শরুক য়ারিবী নুপীশিংগী ফমফম**

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| মাইবীগী ফমফম | ☐ | ▨ | ☐ | লৈবোই হঞ্জবগী ফমফম |
| লাইশঙ (লাইনিংথৌ লাইবেম্মা) | ☐ | | ☐ | লারোই হঞ্জবগী ফমফম |
| শেল্লুংবগী ফমফম | ☐ | ☰ | ☐ | শিংলোই হঞ্জবগী ফমফম |

মাইবা, পেনাগী ফমফম　　খুলগী অহলশিং অমদি মীয়ামগী ফমফম (নুপাশিংগী)

৬১ ব্রাহং ঃ উমঙ লাই হরাওবগী নোংমগী ওইবা থৌরমশিং অসি মথং মনাও নাইনা তাকপীয়ু। হংবিরকপা : খোরিল্লাংবা, খোংজোম।

*পাউখুম ঃ হবাওবা পুম্নমক্কী চপ মান্নদ্রগসু অয়াম্বনা মান্নবিবা নোংমগী ওইবা থৌবমশিংদি পেনা য়াকৈদুনা লাই হৌদোক্কনি, মাইবীনা লাইমাং ফমদুনা লাইপাও চেনগনি, লৈ লাংগনি, মাইবনা হোই লাওগনি, মাইবীনা লাইবৌ লা থাগনি, মাইবীনা লাইচিং জগোই শাগনি, (ময়ামদু পুবগা মাইবীনা মকোক চিংদুনা অহমলক কোইগনি), পেনানা হোইবৌ হয়া লাওবগাআনোইবোল শক্কনি, মাইবীনা হকচাং শাবগী জগোই, য়ুমশাবোল জগোই, ফিশা জগোই, লোংখোল জগোই, তুথুপ জগোই, পাউশা জগোই শাগনি। মাইবনা লাইবেল মথেক চৎকনি, লাই ওকশল্লগা ব্রাকোল লাওগনি, পেনানা লাই নাউশুমগনি অমদি মাইবীনা লাই ফি কুপকনি। থৌবমশিং অসি নোংমগী ওইবা লাই হবাওবগী থৌবমশিংনি।*

৬২ ব্রাহং ঃ লাই হরাওবগী থৌবম অসি কুম্মে অমা ওইনা লৌগদ্রা নত্রগা লাইথৌ অমা ওইনা লৌগদ্রা? হংবিরকপা : ব্রাইখোম অমুথোই।

*পাউখুম ঃ লাই হবাওবগী থৌবম অসি অশেংবদি লাইথৌনি, লাইথৌদুগী অহাংবা য়েংলগা মচা মনাই ওইবশিংনা কুম্মে খবদং হাপচিনবনি।*

৬৩ ব্রাহং ঃ উমঙ লাই হবাওবা অসি মমাংঙৈদগী হৌনা সনা কোনুংগী অয়াবগা লোয়ননা হবাওনরকই। হায়বিবা পাথাং-পুথাংগী চৎনবী পাবম অসি থুগাইবকপশিং/থুগাইনবা হোৎনবিবশিংদা কবি কবম তৌরগা তৌহল্লোইদগে?

হংবীবকপা ঃ য়েংখোমচা চাওবা, লুব্রাংশংবম।

*পাউখুম ঃ ইশাগী চৎনবী ইশানা ঙাকচগদবনি, চৎনবী থুগাইবকপশিং তৌবীদনবা হায়জগনি, য়াদ্রগনা থৌবম য়াওহনলোইদবনি। মীয়াম্না মুন্না খঙমিন্নবনা অথোইবনি।*

৬৪ ৱাহং ঃ সনা কোনুংনা লাই হরাওবগী অসুপ্পা মপু (অঠোবিটি) নি হায়রিবসি মতৌ করম্না ওইগদবনো? মপু ওইবগী হক অসি করিনো?

হংবীরকপা ঃ রোপেন চেংলৈ, থৌবাল।

*পাউখুম ঃ লৈবাকসিনা ভারত্তা তিনখিবদা ইন্নখিবা য়াম্না চেবোল (মর্জর এগ্রীমেন্ট) অদুনা হৌজিক্কী মতমসিদা মপু ওইবগী হকনি। লৈবাকসিনা ভারত্তা তিনদ্রিঙৈদদি ঐখোয়গী চৎন-পথাপনা মপু ওইবগী হকনি। (মপু ওইবগী হকশিং যাওবা লমায়শিং ৭৬ অমসুং ৭৯ য়েংবিয়ু)*

৬৫ ৱাহং ঃ উমঙ লাই হরাওবগা পাম্লোইবী ঈবাৎপগা খেৎনবা খরদং হায়বীয়ু।

হংবীবকপা ঃ চোংথামচা চৌবজিৎ, থম্বালখোং।

*পাউখুম ঃ অমনা হবাওবনি, মসিদদি হবাও মথোই কাদুনা থব্রাই মিলেন পুথোক্তুনা শান্নবনি। অদুগা অমনা ঈরাৎ থৌনিজবনি, লাইশোন তিনশোল তৌদুনা।*

৬৬ ৱাহং ঃ য়েলহৌঙেদা লাই ময়াম্না হবাওবদা শেৎখিবা ফিজোলগী মচুশিং লাইশক্কা কোম্ননা তাকপিয়ু।

হংবীরকপা ঃ থোকচোমচা জিতেন লাইবিকয়েংবম লৈকাই।

*পাউখুম ঃ হৌজিক হৌজিক তোঙান-তোঙানবা লাইশিংনা শেৎনবিবা ফিজোলশিং অসিনা মতম অদুদা লাইয়াম্না হবাওবদা শেৎখিবা ফিজোলশিংদুনি। লাইশিংদি খুম্নোকপদা মাগী মাগী ফিজেৎ লোইনবকই।*

৬৭ ৱাহং ঃ সনা কোনুংগী পণ্ডিট লোয়শঙ কদায়দা লৈবগে? হায়বিবা লোয়শঙ অসি শক্তি লৈরক্তবা হায়রিবা অসিনা তাকলিবসি করিনো? কনাগী মখাদা পণ্ডিট লোয়শঙ লৈবগে? হংবীবকপা ঃ লানচা চেংলৈ, চিফ কাউন্সিলব, সনা কোনুং।

*পাউখুম ঃ লৈবাক অসিনা হিন্দু লাইনিংদা মপুং ফানা ওনখ্রবা মতুংদা সনা কোনুংদা পণ্ডিট লোয়শঙ হায়বা অখণ্ড-অহৈশিংগী কাঙবু অমা লৈরম্মী। অদুবু নিংথৌনা মশাগী হৌরকপগী লাইনিংদা হক্তিনখ্রবা মতুং হৌজিক অসি হায়বিবা পণ্ডিট লোযশঙ অসি গোবীন্দ তেম্পল বোর্ডকী মখাদা মণিপুব পণ্ডিট লোয়শঙ হায়না লৈবি। হৌজিক্তী হায়বিবা পণ্ডিট লোয়শঙ অসি সনা কোনুংগা থোইদোকপা মবী অমত্তা লৈনদ্রে অদুবু নিংথৌদি লৈবাকসিদা লৈবিবা পুন্নমক্কী নিংথৌনিনা মবী লৈনফম থোকই।*

৬৮ ব্রাহং ঃ লাই হরাওবা মখল ৪ লৈবদা অতোপ্পা লম-লমগীনা লাই নুপা অমগা লাই নুপী অমগদা লৈবদা ব্রাংঙুগী লাই হরাওবদদি লাই নুপা ৪ নুপী ৪ পুম্না লাই ৮ নি। হরাওবগী মমিং লৌবদদি তম্ফা লাইবেম্বীগী ওইনা হরাওই। করম্বা মাইবা, মাইবী, পেনানা থৌগলগদগে? নোংশাবা, লাইনিংথৌ পাখঙবা শনদোংনচিংবা লাই নিপা ৪ অসি লাৎলি। ব্রাংঙুগী হবাওবদি থাবৈ হরাওবা হান্নগা ইপা-ইপুশিংনা তাকপিবম্মী।

হংবীবকপা ঃ অঙোমচা মনিকাপুর খুমন, ব্রাংঙু।

*পাউখুম ঃ লাই অনি/অনি লৈগনি। ব্রাংব্রেলগী লাইবুঙদা য়েংবীয়ু, সনামহিনে, লোকনিংথৌনে, ব্রাংব্রেলনে পুম্না লৈবগী মওংদু মান্নগনি।*

৬৯ ব্রাহং ঃ লাই অনিরক হবাওবা য়াদে হায়বিবসি খুল অমদা হবাওবা লাই অনি লৈববদি কবম তৌগদগে শেংনা থম্বীয়ু।

হংবীবকপা ঃ ব্রাইখোমচা অমুথোই, খোংহাম্পাৎ

*পাউখুম ঃ অকক্লবা অমা লৈবদি নত্তে অদুবু অমা লোযবগা অমা হবাওগদবনি, অনিমক মতম অমদা পুম্না হবাওবদি চৎনদে।*

৭০ ব্রাহং ঃ লাই হবাওবা লোইশিনবগী হিজিং হিবাওদা হিগাবম চুম্না হিগাবক্লগা লাইবুঙ য়ৌবে, চুবি তাফমদা হি থাংলম্নগা লাইবেম্বা/লাইবেম্বী অনিনা লাইশঙদা লেংশিনখ্রগা হিদু কদায়দা থমখ্রবগে তাকপিয়ু।

হংবীবকপা ঃ ব্রাইখোমচা অমুথোই, খোঙহাম্পাৎ।

*পাউখুম ঃ হিদু হিগাবম কায়দনা অমুক হনখিগনি।*

৭১ ব্রাহং ঃ লাইবুঙদা হিন্দুগী মন্দোপকুম শঙ শাজিনবগী অশোযবা অবানবদু খবা হেম্না তাকপিয়ু। পুম্নমকনা খল্লিবদি লাইবুঙদা শঙ অচৌবা অমা শাববনিনা নোংজু-নুংশানা মবম ওইদুনা হবাওবা কায়দ্রে নুংঙাইরে অসিনি।

হংবীবকপা ঃ মযেংবমচা নিংথেমজাও, শেল্লুংবা, ব্রাবগাই।

*পাউখুম ঃ সুংশা শাবা যাদে মবমদি অতিযাগা মালেমগা ফাওনবগা শান্নগদবা হবাওবনি। শঙনা মবক্তা খনজিনখ্রবদি মথক মখা ফাওনদ্রবনিনা অশেংবা হবাওবা ওইদ্রে। কবিগুম্বা শাবা তাববদি উখোং মাপলনা মযোল ওইবগা, কুপলিবদুদা অচৌবা অহোবা অমা থন্নগা শাগনি। পংশা-শাজিনবদি য়াদে।*

৭২ ব্রাহং ঃ ফৌওইবী হবাওবদা লনাই মীওই অমনা ছত্র কৎকে হায়ববদি মথোল কয়া কৎপা য়াবগে, অদুগা কবম্বা হৈ-লৈ ফৌওইবীদা কৎপা য়াবগে?

হংবীবকপা ঃ এন. বসন্তা, কৈবুল লমজাউ।

*পাউখুম ঃ ছত্র হায়বসি মৈতৈলোন নত্তে, সেকপিন হায়গদবনি। লনাই মীওই*

*অমনা সেকপিন কৎকে হায়ববদি ৩ দগী হৌগনি অদুগা ৭ ফাওবা কৎপা য়াগনি। ফৌওইবী লাইবেম্বীদা হৈ-লৈ কৎপদা থোইদোকপা মচু লৈতে।*

৭৩ ব্রাহং ঃ লাই হরাওবগী লৈছল হুনবা অসি লাই শেল্লুংবনা হুনগদ্রা নত্রগা মাইবা-মাইবীনা হুনগদ্রা অমুক্তা তাকপিয়ু।

হংবীরকপা ঃ এন. বসন্তা, কৈবুল লমজাউ।

*পাউখুম ঃ অয়াম্বা মতমদা মাইবা-মাইবীনা হুনবা চৎনৈ অদুবু মতম মতমগী মতুংইন্না মাইবা-মাইবীদা নত্তনা শেল্লুংবনা হুনবসু য়াই।*

৭৪ ব্রাহং ঃ কৌব্রুগী হরাওথেলদা লাইয়াম্না ইহান-হান্না লাইয়াম্না লাই হবাওবা অদুদা লাইশঙ নত্রগা শঙশিং শাখিবরা? শারন্নবদি শঙশিং অদু তাকপিয়ু।

হংবীরকপা ঃ চোংথামচা ইবোচৌবা।

*পাউখুম ঃ লাইশিংনা হবাওবা হৌদোবকপদদি লাইশঙ নত্রগা শঙশিং শাবমদে।*

৭৫ ব্রাহং ঃ থৌবাল ক্ষেত্রি লৈকাইদা লৈবিবা ইবুধৌ য়োৎ নিংথৌ খন্নাংবা অসি কবম্বা মাইবী শঙলুপ্না হবাওগদগে? হংবীবকপা ঃ ব্রাইখোমচা মংলেম্বা, থৌবাল।

*পাউখুম ঃ ককচিং হবাওবদা পুবিবা মাইবীনা পুগনি।*

৭৬ ব্রাহং ঃ লাইবৌ শান্নবিঙৈদা লাইগী শেনপোৎ পুবী নুপী অমনা মশা শেংলক্রুবদি মতাং অদুদা অতোপ্পা নুপী অমদা শিন্নগনি হায়নদি তাকপিবগা নৌনা চংলকপা নুপী অমদা পিবা য়াদে হাযবা ব্রাফমসি শন্দোক্লা তাকপিয়ু।

হংবীবকপা ঃ ব্রাইখোমচা মংলেম্বা, থৌবাল।

*পাউখুম ঃ লাইবৌ শান্নবিঙৈদা লাইগী শেনপোৎ পুবী নুপী অমনা শোক্ল-পন্নবা যাবক্রুবদি মহাক অদু খুদক্তা কনামত্তগা শোক্লদনা হন্দোক্তুনা লেপকনি অদুগা লা অমতং পিবীনবা হাযজগনি অদুগা ফংদ্রবদি অফংবা উনা অমগী মথক্তা মহাক্লা পুবিবা শেনপোৎ অদু থনম্নগা মশাদু হন্দোকখিগনি। অদুদগী লাইদু মাইবনা কোকথোক-শেংদোক্লনি, অনম অথৌনচিংবা কোকথোক্লবা মতুংদা লাই পুগদৌবিবী অতোপ্পী নুপী অদুবু অনম-অথৌ কোকপিবগা পুবা যাবে। অসুম্না তৌবগা হবাওবদু অমুক হৌগনি।*

৭৭ ব্রাহং ঃ লাই হবাওবগী লাইবুঙগী অকোইবদা শঙ ৬ শাবনা অচুম্বনি হায়বিবগী মতাংদা ঐখোয়গী লাইবুঙ থাংমৈবন্দ নাউথিংখোং পাখংবগীদি শঙলেন অচৌবা অমগা লম্পাক মচা অমগদা ঙাইবে, মমাংঙৈগী চৎনরকপা অচুম্বা মওংদু কবম্না তৌবা তাবগে? হংবীরকপা ঃ লৈশাংথেমচা কুমাবজিৎ, থাংমৈবন্দ

*পাউখুম ঃ চপ চানা হান্নগী মওংশিং অসি তৌবীগে হায়ববদি মতম খবগী শঙ অসি শাবীগদবনি।*

৭৮ ৱাহং ঃ মতৌ কবম্না কোনুং লোয়শঙদা লাই হবাওবগীদমক্তা চে থাগনি? থাপাল অমদি লাইচা কোনুংদা লাক্লগা য়েংগদ্র, করম্না হরাওবগী মতম লেপকদগে?

হংবীবকপা ঃ সোবাইশমচা তোম্বা, সুনুসিফাই।

*পাউখুম ঃ কোনুংদা লৈবিবা অখণ্ড অহৈশিংগা হবাওবা হৌবগী মতম লেপ্পা অমদি অসুপ্পা মপুদা লাই হবাওবগনি হায়বা খণ্ডহনবা হায়বসি অচুম্বনি। হবাওবগী পাউ পিবদা লৈ অহুম নত্রগা ক্না অহুমগা লোয়নননা পাউদু তাক্কনি। পাউদি শেল্লুংবনা পিগনি।*

৭৯ ৱাহং ঃ শঙ ৬ অসি কবম-কবম্বা কনা-কনাগীনো?

হংবীবকপা ঃ কারটিক মাইবা, তেম্থা।

*পাউখুম ঃ ৱাহং ৬০ কী পাউখুমদু য়েংবীয়ু।*

৮০ ৱাহং ঃ লাইনিংথৌ সম্পোঙ হবাওবদা কবম্বা সলাইগী অমাইবীনা হবাওগদগে অমসুং খুলগী মাইবী য়াওহনবা য়াব্রা? হংবীবকপা ঃ ইবোতোম্বী, কুম্বী।

*পাউখুম ঃ লাইনিংথৌ অসি হবাওবদা সলাইগী মাইবা মাইবী খাইদে হবাওবা যাবী মাইবীনা অদুম হবাওবা য়াই।*

৮১ ৱাহং ঃ লমদমসি লৈবিবা উমঙ লাইশিং হবাওবদা থোকলিবা ঐখোয়গী চৎনবীবু মাঙখিনবগী মশক ওইববা থৌবম কয়ামুক তৌবকলিবা অসি থিঙনবা কবম্না হোৎনগদগে? হংবীবকপা ঃ ইবোতোম্বী, লাইনিংথৌ শন্দোং, কুম্বী।

*পাউখুম ঃ ঐখোয়গী নাৎ, লাইনিং, চৎনবী পুন্নমক্তা য়ানশিন্নবা হোৎনবিবা পুন্নমক পুন্না থেংনমিন্নবা তাই, তৌহন্দবা তাই। মসিগী মতাংদা লাই হবাওফমশিংদা তৌবীগদবা / তৌবীবোইদবা হেবিকোন্না থমজনিংবা ৱাফমশিং হাপচবি।*

৮২ ৱাহং ঃ হৈবোক পার্ট টু কৈথেলদা লৈবিবা ইকোপ নিংথৌ উমঙ লাই অসি কবম্বা মখলগী লাইচৎকী মনুং চনবগে?

হংবীবকপা ঃ এস. তৌবাংবা, হৈবোক পার্ট টু।

*পাউখুম ঃ ইকোপ নিংথৌ, লাইচৎকী মনুং চনলোই।*

৮৩ ৱাহং ঃ নোংপোক নিংথৌ, পাম্থোইবী অনিগী লাইশঙগী মায়ওন মায়কৈ অসি অৱাং ওল্লগা শাবা য়াববা?

হংবীরকপা ঃ নোংপোক নিংথৌ পাম্থোইবী কম্মিটি, লাইঙৌবী খুল।

*পাউখুম ঃ অয়াম্বনা লাইশঙ শাবা অসি নোংপোক্তা মখাগা ওল্লগা শাবা য়াই। অতৈ মায়ওন য়াদে হায়বদি লৈতে। অয়াম্বনা নোংপোক, অৱাং, চিংখৈ ওল্লগা লাই খুকমনৈ।*

৮৪ ব্রাহং ঃ অপুনবা খুঙ্গাগী ওইনা শেকপিন মখোল ৯ কৎপা য়াব্রা?

হংবীরকপা ঃ ব্রাই. বিবা, চজিং খুনৌ।

*পাউখুম ঃ য়াদে, ৩ দগী হৌরগা ৭ ফাওবা কৎকদবনি।*

৮৫ ব্রাহং ঃ নিংথৌ নত্তনা শেকপিন (ছত্র) মখোল ৯ অমদি অঙাংবা কৎশিনবা যাদ্রিবগী মরম তাকপিয়ু। শেকপিন মখোলগী মতুংইননা মীচম্না কৎপা য়াবা য়াদবা লৈববা? অঙাংবা নত্তবা করম্বা শেকপিন নত্রগা থাক্কল কৎপা য়াদ্রবদি করম্বা য়াবগে?

হংবীরকপা ঃ কংলৈ পাথৌ চিংলেম্বা, সুনুসিফাই।

*পাউখুম ঃ লমদম অসি সলাই ৭ না পানবা লমদমনিনা ৭ কৎপনি অদুগা নিংথৌদি সলাই মচা নত্তবা মপান্দগী খুন্দাবকপশিং হাপচিনলগা ৯ কৎপনি। নিংথৌনা পুম্নমক্কী মকোকনিনা পুম্নমক্কী কৎতবা য়াদে। মীচমদি ৩ দগী হৌবগা ৭ ফাওবদং কৎকনি, মচুদি অঙৌবা কৎনৈ।*

৮৬ ব্রাহং ঃ লাই হবাওবা হৌবা অমদি লোইবগী অফবা নুমিৎ কবম করম্বনো?

হংবীবকপা ঃ কে.ঐচ. মংলেমজাও মৈতৈ

*পাউখুম ঃ লাইনা মী চাদবা অমসুং তৎনবা থবাল তাদবা নুমিৎপু অফবা নুমিৎ থবাল কৌই। অফবা নুমিৎ থবালদা লাই হবাওবা হৌবা লোইবা লেপনৈ। লাইনা লাই চাবা নুমিৎসি লাইবোই তাবা যাদে।*

৮৭ ব্রাহং ঃ ঐখোয়না মখল মখল লাই হবাওনবি অদুবু কনানা অব্রাং কৌব্রু চিংদা কবি লাই হবাওনখিবগে? হংবীবকপা ঃ সবাংথেমচা খোমদোন, থোঙাম মোন্দুম।

*পাউখুম ঃ লাইয়াম্না মালেম তাইবংপাল অসি লৈশেম্বা লোইবগা হবাওমন্দুনা ঐখোযনা শেমজবা তাইবংপালনি খন্দুনা সলাইবেল শিদবগা ইমা লৈমাবেল শিদবীগা অনিবু মযাযদা ফমহল্লগা লাইযাম্না পুল্লপ্না হবাওখি। অহানবদা লাই হোই লাওবা হায়বম্বদগী লাই হবাওবা হায়না তাবকখি।*

৮৮ ব্রাহং ঃ লাইচৎ-লাইয়াৎকী মতুংইন্না উমঙ লাই মখল ৩ থোক্না খায়দোকলি মদুদি ফুবা লাইচৎ, লৈমবোল লাইচৎ, নোংমাই লাইচৎ হায়রিবা লাইচৎ অহুম অসি মতৌ কবম্না শেমখিবনো, মসিগী মতাংদা শুগাইনা তাকপিয়ু।

হংবীবকপা ঃ এল. মুনাল, ব্রাংঙু সন্দংখোঙ।

*পাউখুম ঃ লাইচৎ ৩ হাযবদি ফুবা, লংমাই অমদি শঙলে অহুম অসি শেমখিবা/ ওইখিবগী মরমদি : (১) শঙলেন ঃ থব্রায় অচেৎপা অবেপ্পা পুম্নমক অসিগী মনুং ওইনবা তীল্লোল-লাইরোল, ইরাৎ-থৌনি, তেংথা-নারোই, কুমহৌ-থাহৌ, কুমচন-থাচন তৌনববু য়োইবেলনে মাইবনে, অশৈবনে শঙ ৩ মাদা মাগী-মাগী*

*মসিনবু হায়নবা কুরুনা খায়বীরমএ। অসিগী মতুংদা নোংথাং লৈমনা মপান ফাওনা খঙহল্লগে হায়না চোংথোকলকএ। মপান ফাওববদা মমিং পাম্মোইবী কৌএ। মাইবীগী মবোল-মবি তম্বীবে, কুকগী লৈমবেলগী মশঙবু ঐনা শঙলুগে হায়না নীংলকএ হায়বগী ''শঙলেন'' কৌই। (২) ফুরা ঃ কুকবু কৈদা লৈবা হায়না নুংফুবা মনুংদা চঙলগা থিএ অদুনা 'ফুবা' কৌএ। (৩) লংমাই ঃ কুকবু লৈতে হায়না নোংথৌ লৈপাক্তা লংদনা থিক হায়বগী 'লংমাই' কৌএ।*

৮৯ ৱাহং ঃ কংলৈ হবাওবা, চকপা হবাওবা, থারৈ হবাওবা, মোইরাং হবাওবা হায়না লাই হরাওবা মথলশিং অসি থেংনৈ, হরাওবদা খেন্নরিবশিং অসি লমদা খাইবরা, লাইদা খাইববা? হংবীবকপা ঃ এল. বোহেন মৈতৈ, চাইবেল।

*পাউখুম ঃ লাই হবাওবা খেন্নবিবশিং অসি কাংলোন্দা খেৎনবনি।*

৯০ ৱাহং ঃ লাইনিংথৌ মঙানে, লাই নুবা মবিনে হায়বিবসিদা কনাগুম্বী অমাইবী অমাইবনা লাইবুঙথৌ ৯ (মাপল) লাই নুরা ৭ হাযবা যাওই। লাইবুঙথৌগা লাই নুবাগা মশিং মান্নদ্রিবসি কবিগীনো? হংবীবকপা ঃ কপাবতি মাইবী, বিষ্ণুপুর

*পাউখুম ঃ লাইবুঙথৌ ৯ অসি লাল্লি, সলাই ৭ কী লাইবুঙথৌ ৭ লাই নুবা ৭ ওইবম্বদগী পুথোকপা য়াদবা লাইবুঙথৌ ২ পুথোক্লগা লাইবুঙথৌ ৯ ওইহনবসি লাল্লি।*

৯১ ৱাহং ঃ শগোলমাঙদা লৈবিবা ঈবৈমাগী খুভম অসি লৈশেমঙৈগী ঈবৈমা নত্তববা? হংবীবকপা ঃ এস. লোযা মৈতৈ, শগোলমাঙ

*পাউখুম ঃ লৈশেমঙৈগী ঈবৈমা ইমাদু নত্তে হাওবৈবী শম্বুবীগী সাইওননি।*

৯২ ৱাহং ঃ কংলৈ হরাওবগী শান্নবদা কাংদ্রুম হুনট্রেড হুনলিবা অসি খোইযুম লাই কনা কনা শান্নবিবনো?

হংবীবকপা ঃ টি.ঐচ. গোবিন্দ, ককচিং খুনৌ, থোংঙাম।

*পাউখুম ঃ কাংজৈ কাংদ্রুম হুনট্রেড অসি অদুঙৈ লাইযাম্না মীচং অনি থোক্লা খাইদোক্লবগা নাকল অমদা লাই ৭/৭ লৈনবগা পুন্না লাই ১৪ না শান্নখিবদুদি। মসি অমবোমদসু লোযালাকপা অমদি লাইনিংথৌ অনিনা শান্নবিবনি হায়না লৌনৈ।*

৯৩ ৱাহং ঃ লাই হরাওবদা লাইবুঙদা নুপী পেনা শকপিনা লাইগী থৌগল তৌবসিবু য়াব্রা? হংবীবকপা ঃ টি.ঐচ. ইনাও, তৌবেম।

*পাউখুম ঃ মসি যাদে, অদুবু চুম্নগী মতাইদা ফম্লগা তৌবদি কায়দে, মপুঙ ওইবদি যাদে।*

৯৪ ৱাহং ঃ পেনাগী লম্মীন মবোল হায়বসি করি শৈশকপুনো? হোয়রৌ হোয়া

লাউবা হায়বসি করিবুনো? হংবীরকপা ঃ এল. মণ্ডলেম, পোৎশণ্ডবম খুল্লেন।

*পাউখুম ঃ লম্মীন মবোল হায়বসি কলিন শৈদিননি, মসি চকপশিংনা অয়াম্বা ওইনা শকনৈ, কংলৈগীদি য়ামদে। নিংথৌনা লম চৎপা অদুগা লাইনা লম থোক্রসু লম্মীন ঈশৈ শক্কনি।*

৯৫ ৱাহং ঃ হকচাংনা উমঙনি থৱায়না লাইনি হায়রিবা করিগীনো? উমঙ লৈতবা মতমদা লৈবিবা লাইফমশিং অসি উমঙ লাই কৌররোইদ্রা?

হংবীবকপা ঃ ব্রাইখোমচা রোমেস, শিংজমৈ।

*পাউখুম ঃ উমঙগী মশক ওইবা হকচাং পোলাংনি, হবাওবগী মওংশিং অসি হকচাংদগী লৌথোক্লগা হবাওবিবনি। হরাওবা লোইবগা পুম্না অমুক তাশিন খোমজিনলিবনি। অদুনা উমঙ লাই কৌবনি। উমঙ লৈতবা মতমদা লৈবিবশিং অসি উমঙ লাইনি। উমঙ লৈ হায়দুনা উমঙ লাই কৌবা নত্তে।*

৯৬ ৱাহং ঃ হুম্নি শুবা নুমিত্তা লৈ খোম্মী হায়বিবসি হৌজিক্কী অমাইবা অমাইবীনদি মণ্ডানিদা লৈ খোম্মী মসিগী খেন্নবা হায়বীয়ু।

হংবীবকপা ঃ ব্রাইখোমচা বোমেস, শিংজমৈ।

*পাউখুম ঃ লাই হবাওবা লোইবগা মুক্না-কাংজৈ, লমজেলনচিংবা কুম্মৈশিং পাংথোক্লগা হুমনিদা লৈ খোমগনি। লাইবোই নুমিত্তনা লাইগী থৱায় কোনগনি। পুম্নমক লোইবগা শেলুংবগী য়ুমদা পেনা ফমশক শক্কুনা মীগী থৱায় কোনগনি। নুমিৎ খুদিংগী লৈহন কাবশিং অদু হুমনিদা লৈহল খোমগনি। ৫ নিদা খোম্বা য়াদে, ওক্লবা মীদি হিংলোই।*

৯৭ ৱাহং ঃ ঈশিংদগী ঈকৌবগা হনলক্লগা লাইগী মমাঙদা খাম্বী মৈ ওক্লগা ফৌদাং কাল্লিবা অসি কবিগীনো? মসিনা কবিবু তাকপগে?

হংবীবকপা ঃ ব্রাইখোমচা বোমেস, শিংজমৈ।

*পাউখুম ঃ অনম-অহা চুবকপা পুম্নমক্কু কোক্লনবগীদমক্তা মৈ ওক্লিবনি অমদি ফৌওইবী ইমাবু থৌনিজদুনা মীনম্বা থনম্বা পুম্নমক কোকচনবনি।*

৯৮ ৱাহং ঃ নোংগাদবা লাইদি কবম্না লাই লোইশিনগদগে? নোঙ্গাবা লাইগা নোঙ্গাদবা লাইগা অনিগী মরক্তা করি খেৎনবগে?

হংবীবকপা ঃ ব্রাইখোমচা রোমেস, শিংজমৈ।

*পাউখুম ঃ নোঙ্গাদবা লাইদি থৱায় কোনশিল্লগা লাই লোইশিনগনি অদুগা নোঙ্গাবা লাইদি শোবাবেললনা নোংথক কাগে হায়বে, অপাম খৌবুবা পুখবো-পুখবো অৱাং কৌবা চিংদোলদা লাংগোই শাপোৎ হাপ্তুনা শিংমুৎনা মৈরা চাওনাচম,*

*লাংগোল শামৈ পাইদুনা নোংথক কাগে হায়বে। হা পাং থৌবুবা পুখ্রো, পুখ্রো পুখ্রে অসুম্না লাইলোইশিনগনি।*

৯৯ ব্রাহং ঃ লাইনিংথৌ খোরীফাবা অসি নোংমাইজিং খুদিংগী থোং হাংদুনা থৌনি খবা তৌরে। মসিবু য়াববা, য়াদববা? নোংগবালাই ওইরবদি য়াগদ্রা?

হংবীবকপা ঃ মোংজমচা বিতিচন্দ্র খুমন, নম্বোল

*পাউখুম ঃ নোংগবা লই ওইববদি থোং হাংনিংবা মতমদা হেক্তা হাংবা য়াদে। খোবিফাবা অমদি নোংগদবা লাইশিংদি অফবা নুমিৎ য়েংদুনা থোং হাংলগা হৈকৎ লৈকৎ তৌবা অকাযবা লৈতে।*

১০০ ব্রাহং ঃ লাই হবাওবা মখল কয়া শুবগে? পাওশা জগোইনা লৈশেম জগোইগা কবি খেন্নবগে? কনানা হান্না শাগদগে? ব্রাকোন ব্রাইনু হায়বসি উচেকলা পাওবৌবা, কবি হায়বিবনো? হংবীবকপা ঃ খুনজাওবা খুমন, চাইবেল

*পাউখুম ঃ লাই হবাওবা মখল ৪ শুই মদুদি কংলৈ, মোইবাং, ককচিং অমসুং চকপা হবাওবা অসিনি। লৈশেম জগোইনা লৈশেম নুংশেম চুফাবোলনি অদুগা পাওশানা লৈতেং জগোইনি। লৈশেম জগোইনা হান্না শাগনি। ব্রাকোল ব্রাইনু হাযবসি উচেক্তা পাউবৌ তৌবনি থব্রাইনি। ব্রাকোম্না ফাসে লিফাসে হাযবসি মী লাইগী থব্রাইবু ফাদুনা শান্নবনি। অদুনা লোইবা নুমিত্তা ব্রাকোম্না থাসে লিথাসে লিফাসে হাযগনি।*

১০১ ব্রাহং ঃ হোবৌ হোয়া লাউবা হায়বিবসি কবিবুনো?

হংবীবকপা ঃ এন. মংলেম, পোৎশংবম, খুল্লেন।

*পাউখুম ঃ মসি অসুপ্পা শৈবোলনি। মসিনা খুদিংমকপু হোইদোকপগা লোযননা শান্নবা হৌগদৌবিবনি।*

১০২ ব্রাহং ঃ অমাইবা অমাইবীনা তিনমু-লাইমু তানবা মতমদা লাইনিংথৌ মাইগৈ ঙাকপশিংগী মমিং শৈথাবদা থাংজিংদগী হৌবগা কৌব্রুদা লোয়শিনবা থেংনজে মসি চুম্ববা? চুমদ্রগদি কবম্বনা হৌবগা কবম্বনা লোইশিনগনি।

হংবীবকপা ঃ কপোবতি মাইবী, বিষ্ণুপুব।

*পাউখুম ঃ চুম্মী, থাংজিংদগী হৌবগা, থাংজিং মাবজিং, ব্রাংব্রেল, কৌব্রু হায়না লোইশিনগনি। মসিবু পল্লান্দবী কৌই।*

১০৩ ব্রাহং ঃ লাইচৎ-লাইয়াৎকী মতুংইন্না মখল অহুম থোক্না খাইদোকলি, মদুদি: ফুবা লাইচৎ, লৈমবোল লাইচৎ, নোংমাই লাইচৎ হায়রিবা লাইচৎ অহুম অসি মতৌ কবম্না শেমখিবনো? তাকপীয়ু। হংবীবকপা ঃ এল. মুনাল, সন্দংখোং ব্রাঙ্কু।

*পাউখুম ঃ নোংথাং লৈমনা অতিংকোক শিদবা (পাখংবা) থিবকপদা নোংফুক মনুংদা চংদুনা থিকবগীদমক ফুবা কৌথি, থিবা ফংদ্রবদা কদাযদা লৈ মফম থংদবে অমুক হন্না থিনবা লংথবকই হাযবগীদমক লংমাই কৌখি। অবোইবদা গুকবু ফংলগা শংলগা লৈবে হাযবগীদমক শংলেন কৌখিবনি।*

১০৪ ৱাহং ঃ পা-পী খল্লগা শবিক পুন্দুনা থৌবি পবেং শমদুনা জুবা-জুবা য়েৎলগা হুইথি যেনখি য়েপ্তুনা ঔগ্রী লাইবো, লাইবেল পাউশা শক্তবা য়াববা? মতাং অসিগী নুংগী ৱাহম্মোক কবিনো?

হংবীবকপা ঃ ইবোতোম্বী, লাইনিংথৌ শন্দং খুভমলেন, কুম্বী

*পাউখুম ঃ যাদে। খুলদুদা লৈবিবা মযামদু তাশিন খোমজিনবনি পুনশিনবনি অদুনা খোঙ খুৎশানচিংবা লেংবা যাদে।*

১০৫ ৱাহং ঃ অমাইবা, অমাইবী, পেনা লৌবদা শিংলোই, লাবোই, লৈবোই অহুম অসি কনাগুম্বশিংনা লাবোইনা অমাইবী লৌবা অমসুং শেল পুন্নমক তৌনবম্মী। মসিদা কনানা কবি লৌফম থোকপগে?

হংবীবকপা ঃ কাবতিক মাইবা, তেম্থা।

*পাউখুম ঃ শিংলোইনা মাইবা লৌগনি, লাইবোইনা পেনা লৌগনি অমসুং লৈবোইনা অমাইবী লৌগনি।*

১০৬ ৱাহং ঃ ঔগ্রী চোংবগী ৱাহম্মোক কবিনো? পেনানা যাকৈবদা হৈবাং লৈবাং কৎপিবম্বা যাববা? হুইথি যেনথি হাযবা অসি কবিনো?

হংবীবকপা ঃ মোংবুংখোঙবমচা বোমিও, ৱাঙু।

*পাউখুম ঃ ঔগ্রী চোংবা হাযবসি ঙহানমখৈ লাংলুবা তাশিন-খোমজিনবনি। হুইথি যেনথি হাযবসি পা-পীগী মকবুনি।*

১০৭ ৱাহং ঃ পেনানা লাই হবাওবগী নুংগী ওইবা ৱাফমশিং তাকপিযু।

হংবীবকপা ঃ টি.ঐচ. ইবোমচা, ইবোম মৈস্ত্রাও।

*পাউখুম ঃ মীবাই ওইবা লাইশিংগী মবক্তা হবাওবা যাদবা লাই য়াওই অদুনা ঈশৈনা ওইনা হবাওবনি। ঈশৈ অসি পেনা ঈশৈনা ওইহনবনি।*

১০৮ ৱাহং ঃ খোংদিং মবীগী পেনা হায়দুনা এলিমিনিযামনা শাবা পেনা অসি লাই হবাওবদা শিজিন্নবা য়াববা? হংবীবকপা ঃ তোইজামচা য়াইমা লুৱাং, থম্বালখোং।

*পাউখুম ঃ পেনানিনা যাই তৌবদবু নোংমা নোংমগী চাওখৎলকপগী মতুংইন্না ঐখোয়গী ওইবা মহৌশাগী ওইবা উবৈবোম লাবনা চৈজিং ওইবা, নোংশারিকনা শবিক ওইবা খুং তুম্বানা (ৱাক-উকনা খেৎলগা শেম্বা) মখোক ওইবা অশেংবা পেনাগী মশক অসি মাংখিবা যাবগী অকিবদুনী ঐখোয়না উমিন্নগদবা মিৎয়েং অসি।*

# কংলৈপাক্কী ফমদৌ ৬৪ গী মমিংশিং অমদি মথৌ

কংলৈপাক অসিগী শাংলবা চহি ২০০০ গী পুৱারী নৈনদুনা য়েংলুবদা ইপা-ইপুশিংনা কবিসু ৱাৎতনবা থম্বীবম্মী। মতম মতমদুগী নিংথৌশিংনা খুম্নাইসিগী ৱাখল্লোনগা চানগদবা থৌওংশিং য়েংলগা লৈঙাকলম্মী। লৈঙাকপদা খুদোং চানবগীদমক্তা তোঙান তোঙানবা ফমদৌ কয়া হাপ্তুনা মতিক-মথৌনা লৈবা লৈবাক অমা ওইনবা মাগী মাগী মথৌ তৌহল্লম্মী। ফমদৌশিং অসিনা কৎথোকপগা লোয়ননা ঈবৈবাক্কীদমক থৌপুবিবম্মী। ফমদৌশিং অদুদি ঃ

| লোইয়ুম্বা | খাগেম্বা |
| --- | --- |
| ১। পুথ্রম্বা = লাম্হোঙ শিনবা | ১। পুথ্রম্বা |
| ২। নোংথোম্বা = শেনসুবোল শিনবা | ২। নোংথোনবা |
| ৩। খ্বাইবাকপা = ঙাকশেল হঞ্জবা | ৩। লাইফমলাকপা |
| ৪। যাইস্কুল লাকপা = ঙাকশেল হিদাং | ৪। খাবম লাকপা |
| ৫। হিয়াংলোয় হঞ্জবা = | ৫। অহল্লুপ লাকপা |
| ৬। চোংখনবা হঞ্জবা = | ৬। নহাকপ লাকপা |
| ৭। ইমঙলোয় হঞ্জবা | ৭। খুবাই লাকপা |
| ৮। ইমিংলোয় হঞ্জবা | ৮। ৱাংখৈ লাকপা |
| ৯। ফমথকচা | ৯। খ্বাইলাকপা |

১০। খুরাইলাকপা :- লৈতাই ঙমদাইবা

১১। অঙোম নিংথৌ = উত্রা ৱাখৈ

১২। লাল্লুপচিং = সেনাপতি

১৩। মাইবা হনবা = লাইথৌ তিনথৌ থৌদোক শিনবা

১৪। মাইচৌ = লাইখৌ ঙমথং

১৫। লাইফম লাকপা = লৌউ শিংউ শিনবা

১৬। অহল্লুপ লাকপা = মহৈ-মবোংগী থৌবাংবা

১৭। শঙলেন লাকপা = পানা ৪ গী শঙকোক পান্নবা

১৮। থাঙশুহনবা = থাঙ-তাগী মবম শিনবা

১৯। তেনশুহনবা = লিকং-তেনগী মবম শিনবা
২০। লমলৈরাকপা = মৈ-ঈশিং পান্নবা
২১। য়েন্দ্রেন হনবা = য়েনশাং নাপী পান্নবা
২২। য়োইবেল হনবা = মাইবী পান্নবা
২৩। অশৈবা হনবা = পেনাগী মবম পান্নবা
২৪। লৈচোল হনবা = অরু-অহেন (হকশেল পান্নবা)
২৫। তোল্লোং লাকপা
২৬। লাইরেল লাকপা = লাইখুন-তিনখুন লাইবম তাইনবা
২৭। অচ্রনবা
২৮। শগোল হঞ্জবা = শগোল পাউ চৎপা
২৯। খুৎহৈবা হঞ্জবা = লাংমৈ পুংলেল (মনা-মথুম পীবা) পান্নে
৩০। অমেৎপা হঞ্জবা
৩১। দোলাইবোই হঞ্জবা = দোলাইগী মবম পান্নবা
৩২। উশাবা খুল্লাকপা
৩৩। ব্রাংখৈবাকপা = লৈতাই-ঙমদাইবা মথং
৩৪। খাবম লাকপা = নাৎকী থৌশিনবা
৩৫। নহাকুপ লাকপা = পাৎ-কোম শিন্নবেম্বা
৩৬। চাক্কম নিংথৌ
৩৭। চূংশূ হনবা = চূং অমদি চূংগোই পান্নবা
৩৮। ঈবাৎ লাংবা / ঈবাং লাকপা = ঈশিং পান্নবা
৩৯। ফমথকচা
৪০। শিন্নাইবা হনবা = লৈতেংগী পোৎলম (লৈবেল-লৈজাউ)
৪১। ওক্রেন হনবা = ওক য়েন পান্নবা
৪২। কোনশা হনবা = খুজি-তান পান্নবা
৪৩। উমু খুল্লাকপা = উচেক্কী মরম পান্নবা
৪৪। হুইত্রোন হনবা = লানমী থবক তৌবা
৪৫। কৈক্রেন হনবা = চেঙ-চাক পান্নবা / লোইপোৎ (খাজনা) লৌগনি।
৪৬। নাকপ লাকপা = শবেনগী শা পান্নগনি।
৪৭। শামু হঞ্জবা = শামু পান্নগনি
৪৮। হিশাবা হঞ্জবা = ফমফম শিনবা লাওবা তৌগনি।

৪৯। নাইফাবাকপা = ষন নাই পীবগী থবক
৫০। নাইখুবাকপা = ষন নাইগী পাখোল চৎকনি।
৫১। অয়েকপা হঞ্জবা = য়েকপা-খোৎপগী থবক পান্নগনি।
৫২। মোইফেংবা হঞ্জবা = মোইবুংগী মবম শিনগনি।
৫৩। অহৈবা হঞ্জবা = কোন লিক শাবগী থবক
৫৪। ফি শাবা হঞ্জবা = ফিশা লোনশাগী থবক পান্নবা
৫৫। উনুংতা খুল্লাকপা = উমং-ব্রামং শেম-শাবগী পান্নবা
৫৬। ফুবিৎশাবা খুল্লাকপা = ফুবিৎ তুবা ফি তুবগী থবক পান্নবা
৫৭। খুন্দোংহনবা = চফু-ইব্রান চান-থক্লবা পান্নবা
৫৮। থাঙজ হনবা = য়োৎন শাবা পোৎ পান্নবা
৫৯। হুযবোয হঞ্জবা = হুয়গী মবম, কৈ চন্বগী মবম পান্নবা
৬০। দোলাই পাবা = মীফা-মীপুন পান্নবা
৬১। পাচাহনবা = নুপীগী মবমদা ব্রাযেন থৌদা তৌবা
৬২। কৈকংহনবা = কৈ পান্নবা
৬৩। ফৌকংহনবা = মহৈ-মবোং পান্নবা
৬৪। উকংবা হনবা = উমঙ পান্নবগী যাথং পীগনি।

---- লোইববা ----

